# অকোয়বা কল্লু







এন মহেন্দ্রা সিংহ

# অকোয়বা কল্লু




অইবা ঃ
নিংথৌজম মহেন্দ্রা সিংহ



লমজিং পব্লিকেসন্স

# Akoiba Kallu

*By:*

*Ningthoujam Mohendra Singh*






অহানবা থোকপা: জুন ২০০০
অথোংবা: লমজিং পব্লিকেসনস
মমল: লুপা ৫০/-

মখুম : I I E E New Delhi



নম্ফম : এডভান্স অফসেট প্রিন্টার্স, ভুপেস, গুপ্তা শডলেন, ইরাবোৎ রোড, ইম্ফাল

# করিগীদমক লাইরিক অসি

**লাইরিক** অসি অইবনা মণিপুর, ভারত অমদি পৃথিবীগী মফম খরদা কোয়না চত্তুনা অকোয়বগী মওং কাইথরক্লিবা অসিগী মরমশিং অমদি মসিবু থিংনবা উপাইশিং থিজিনবগী তোঙান তোঙান্না খন্না নৈনবশিং য়াওজরকবা মতমদা থেংনরকপা, অমদি তারক উরকপা কয়াদগী ফংলকপা রাখল বরা মীয়ামদা পাওদম ওইনা য়ৌনবা হোৎনজবদা ইজখিবনি। অইবনা য়াম্না খংঙে হৈরে হায়দুনা তৌবা নত্তে। মীওইবগী পুন্সিদা পারফেক্ট হায়বসি লৈতে হায়না লৌজে অদুবু ***Perfect determine knowledge - knowledge determine perfect*** হায়বসি চুমই।

চীঙমাই খুদিং মরু কোকল্লে, পাং তুরেল ঈচেল লেপখ্রে, অশেংবা নুংশিংসু লেপল্লে, খুঙ্গং সহর লৈকংলা ওইরে। য়ামখৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা হন্দোরকপা লুথাক চপ্তুম ফত্ত-হৌদি কয়ানা মলেমগী অইঙবা কীজোলবু তত্তনা মোংশিলহল্লিবা অসিনা অসুম তুংকোইনা চখরক্রবদি অবাবগী মশক্লি। ঙসিগী মীরোল অসিগী খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবা পোং অমখক তুংগী মীরোলগীদমক খুদোল তত্নমগদবদি মমল য়াম্বা সানা লুপা লৌ-ইখোল নত্তে, মমল য়াওদ্রবা অশেংবা ওক্সিজেন পীবা ঙন্বা মালেমগী উ-পাম্বীনি। মসিগীদমক মীপুম খুদিংনা অকোয়বগী মরু ওইবশিং মীয়ামদা মরু ওইনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা তাকপা নুমিৎ ব্বার্ল্ড ইনবারোনমেন্ত ডে জুন ৫, উমং শেমগৎপা চয়োল, জুলাই ১-৭ ফাওবা, ওজোনগী মরোল কনবা নুমিৎ সেপ্তেম্বর ১৬, ব্বার্ল্ড ইনবারোনমেন্ত মন্থ, নোবেম্বর ১৯দগী ডিসেম্বর ১৮ ফাওবা চহি খুদিংগী *ইনবাইরোনমেন্তেল সাইন্স একাদমিনা* মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা তোঙান তোঙানবা প্রোগ্রামশিং পাংথোক্লি।

অকোইবগী ফীভমদা শোকচিল্লপনা মালেমগী ইকোলোজিকেল বেলেন্সতা অচৌবা অহোং বা লাকপনা মীওইবগী খুন্নাইদা অইংবা অতম্বগী মমি শামখিবগুম তৌই। তেনসন ব্রাংখৎলকপা শাওনিংবগী চাং হেনগৎলকপা তোয়না থোকপা থৌওং অমা ওইরক্লিবা অসি খজিক্তং ওইরবসু খঙমিন্নবা লাইরিক অসি ময়ামদা খুদোল তমজবনি।

ব্রাল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে
জুন ৫-২০০০

*এনঃ মহেন্দ্র সিংহ*
*সেক্রেটরি ইনবাইরোনমেন্তেল*
*সাইন্স একাদমি, মণিপুর।*

# অকোংবগী ৱারোল

উসি জীব কয়া না হিংদুনা লৈরিবা অসি অকোয়বগী ফিভম অসিননি। তশেংনমক মালেম লৈমায়থক অসিদা জীব কয়া লৈরকখ্রিবা অসি থোইদোকপা তোপ-তোপ্পা অকক্পবা ফিভম খরগী মখাদা ওইরকখিবনি হায়বসি ময়াম্না য়াল্লরে। লোয়নননা মালেমগী শকওং হোংলকপগী তুংইন্না অনৌবা ফিভমগা চান্নরকত্রবা জীব কয়া ইতিহাসকী চেনাদা হিংঙলি।

লেপ্তুনা হোংলিবা নত্রনা হোংহল্লিবা মালেমগী শকওং অসি হোংলকপগা ইয়োয়নননা হিংবা ঙমলকত্রবা জীব কয়া অশুম অশুম মুৎশিল্লক্লি। অশুম্না হিংদুনা লৈনবগী ফিভম অদুগী ঙমখৈ ৱাংমা লাল্লক্লবদি নুংশিরবা শংবান্নবা গ্রহ অসিগী লৈমায়দগী মীওইবা জাতি মুৎখিবা য়াই হায়না খনবা ৱাখল কয়া থোরকখি। মখোয়গী ৱাখল অসি অশুম অচুম্বা ওইরম্লি।

ঙরাং ওইরম্বা অকোয়বগী ফিভম ঙসিদি ফনা নিংথিনা হোংখরে। মীওইবনা চাওখৎপগী মিংদা পায়খৎখিবা থবক থৌওং কয়ানা মহৌশাগী ফিভমদা য়েখায়-থিনগায়বা কয়া তৌবনা মরম ওইদুনা অকোয়বগী ফিভম অসিদা শাথিবা অহোংবা কয়া পুরক্লি। উ-ৱা লেপ্পা লৈতনা য়াম্থৎপনা উমং কোকশিল্লকপা, পাৎ কয়া লৌবুক ওল্লকপা, দাম শাবদগী অহোংবা পুরকপা, ঈশিং নুংশিৎ মোৎশিল্লকপা, অঙ্গং-অশাগী চাং হোংলকপা, নিল থোংবা হেনগৎলকপা অমদি অতৈ কয়ানা শোকহল্লকপগী ফলনা তাইবংমীনা হিংদুনা লৈনবগী ফিভমদা য়েখায়বা পীরক্লি।

হয়েংদি মীওইবনা চেকশিলহৌদ্রবা অমদি অকোয়বগী ফিবম ফগৎহলহৌদ্রবদি মালেম অসি জীবশিংনা হিংবদা ৱারবা মফম অমা ওইরকপগী ওইথোকপা নক্লা লৈ। অদুনা অকোয়বগী ফিভম শোকচিল্লকপা থিংবা অমদি হিংবদা নুংঙাইরবা ফিভম অমা ওইহন্নবা হোৎনবা ঐখোয় পুম্নমক্কী থৌদাং ওইফম থোক্লে। **ঈ এস এ এম** গী সেক্রেটরি নিংথৌজম মহেন্দ্রনা লাইরিক অমা ইবীরক্তুনা মীয়ামদা **লমজিং পব্লিকেসন্স** না খুদোল তম্বা ঙমজবসিনা হিরম অসিবু মীয়ামদা ভাব তাহনবদা খরদং মতেং ওইগনি নিংজে। অওঙ্বমক্তি লাইরিক অসিদা য়াওরিবসি নুংতিগী ফোংবা পাউ চে *খোল্লাও* অমদি *পোক্রফম*দা হান্ননা ফোংখ্রবা ৱারেংশিংনা অয়াম্বনি। ৱারেংশিংদুবু অমুক তাশিল্লগা লাইরিক ওইনা পুথোকচবদা য়াবীরকপা অসিদা মরী লৈনবা পুম্নমকপু থাগৎচরি॥

*সনসম ভরত সিংহ*

## য়াওফম তাকপাঃ-

০৪
ইনবাইরোনমেন্ত
০৭
করিগীদমক ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে
০৮
সমাজ অমগী ইনবাইরোনমেন্ত
১০
স্কুল অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত
১২
এডুকেসন অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত
১৩
ইনবাইরোমেন্তেল লো
১৫
ইনবাইরোনমেন্তেল এডুকেসন অমসুং এনজিও
১৬
ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং উ থাবা
১৮
মালেমগী মরুওইবা লন-থুমশিং
১৯
রিমোট সেন্সিং অমসুং ইনবাইরোমেন্ত
২০
ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী চীঞ্জাকশিং
২৪
মীনা মাঙহনবা ইনবাইরোনমেন্ত মীনা কনফম থোকই
২৭
মণিপুরগী ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং মীয়াম অসিগী চৎনবী
৩১
ঐখোয়গী শক্তম কনবদা আইনগী মতেং

৩৩
থৌরাঙ তৌরবদ্দি ফগৎকনি
৩৬
রেলগাড়ীগী মৈখু
৩৭
নুংশিত্তা য়াওবা ওক্সিজেনগী মগুন
৪০
ঈশিং অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত
৪৪
পোলুটেন্টশিংদগী ঈশিং ঙাকথোকপা
৪৫
নাশিক অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত
৪৭
হিংসা অমসুং লান
৪৯
মিলেনিয়ম অসিগী অশঙবা ইনবাইরোনমেন্ত
৫২
নিল খোঙবা অমসুং লাঙবা
৫৪
বাইওগ্যাস ইনর্জি
৫৬
মালেমগী ওজোন কনবা নুমিৎ
৫৮
পেট্রোলিয়মগী মহুত্তা প্রোপেন ?
৬০
ইম্ফাল অমসুং মসিগী অকোয়বা
৬২
লোক্তাক অমসুং মাগী অকোয়বা
৬৭
লৈবাক লৈহাওগী পোলুতেন্তশিং
৬৯
মণিপুরদা ইনবাইরোনমেন্তেল ইন্দষ্ট্রি
৭৩
লায়েংশঙ অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

# অকোয়রবা কন্নু

* মালেম কনশি, মীওইবা খুন্নাই কনশি।
* মহৌশাগী ওইবা অকোইবা কনশি।
* উপাল থাদুনা অশঙবা পার্ক শেম্লসি।
* শান্তি ওইনা এখোয় মশেল হিঙমিন্নসি।
* এখোয়গী ইনবাইরনমেন্ত এখোয়গী থৱায়নি।

# মহৌশাগী শক্তম কন্সি

**ঙসি** মালেমসিদা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি চাওখৎলকপগা ইরোইননা অকোয়বগী শক্তমদসু অহোংবা অওনবা কয়া লাকপনা থবাই পানবা জীবশিং মরুওইনা মীওইবা জাতীনা হিংবদা শিংনবা কয়া লাক্লে। চহী লিশিং কয়াদগী লৈজরকপা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অচৌবা অকায়বা অহোংবা কয়া লাকপনা ঙসিদি মালেমদা খ্বাইদগী হৈশিংলবনি হায়না লৈজরীবা মীওইবা জাতী অসি মালেমসিদা কয়াম কুইনা হিংদুনা লৈখিগনি হায়বা ৱাহং ফাওবা হংনরবনি। মালেমসিগী মফম খুদিংদা অহিংবা জীবশিংনা থেংনরিবা অইং-অশা, হৱা-নুংশিং অমদি ঈশিং নুংশিং মোংশিল্লকপা অমদি লৈবাক লৈহাও মাংশিল্লকপা কয়া অসিনা মালেমগী অহিংবা জীবশিংদা হেন্না মরুওইবা শকলোন ওইরিবা ওজোনগী কুয়োম (মরোল)পাথরক্তুনা ঙসিদি নুমিত্তগী লাকপা অকীবা ফংলবা অল্ট্রভাইওলেট অমসুং ইনফ্রা রেনচিংবা কয়ানা অহিংবগী মালেমদা নিউক্লিয়ার ৱারদগী হেন্না তমথিবা লান তাশিল্লক্লে। অসিগুম্বা জিব পানবশিংগী পুন্সিদা তেমশিংনরিবা লান অসিদগী ঙাকহৌনবা ঙসিদগী চহী ২৮ গী মমাং শোক ১৯৭২ গী জুন তাং ৫দগী ১৬ ফাওবা নুমিৎ ১২ নিগী স্বিদেনগী কোনুং স্টোকহোলমদা ফমখিবা মীওইবা অমসুং মাগী অকোয়বগী শক্তম শেমগৎপা হায়বা ইউ এনগী অখন্নবা মীফম অদুনা জুন তাং ৫বু চহী খুদিংগী **ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে** হায়না পালন তৌনবা য়ান্নদুনা ইংশোক ১৯৭৩ দগী চহী খুদিংগী লেপ্তুনা পালন তৌদুনা লাক্লি। অদুগা শোক ১৯৮৬ তগী নবেম্বর তাং ১৯ দগী ডিসেম্বর তাং ১৮ ফাওবনা **ৱার্ল্ড ইনবারোনমেন্ত মহ** হায়দুনা পালন তৌরি।

মতম অমদা লোয়বা নাইররোই খল্লম্বা মমল নাইদ্রবা মহৌশাগী লনগৈ ওইরম্বা কয়া লোইশিল্লকপগী মমি লাকপা হৌরে। ঐখোয়না চাওখৎপগী নমাদা পাইখৎলিবা তোঙান-তোঙানবা থবকশিং - কল করখনা চলাইবা, অনৌবা লৌউ পথাপ শিজিন্নবা, সহর মথং শেমগৎলকপা য়ুম কৈ শানবগীদমক জঙ্গল কোকথোকপা, অচৌ অচৌবা দাম শাবা, মৈখু থোকপা গাড়ীগী মশিং হেনগৎলকপা, অৱাংবা অতিয়াদা পাইরিবা সুর্পসোনিক জেট প্লেনশিং, নিউক্লিয়ার চাংয়েং লোইননা মীওইবনা য়ুম পানবদা শিজিন্নরিবা মখল মখাগী অনৌবা খুজু-খুৎলাই, অকে-অমৌগী পোৎলমশিং , মফম চাদনা লংথোক্লিবা অপুম-অশা কয়া অসিনা মীওইবা অমদি মহৌশা (নেচর ) গা অনিগী মরক্তা লৈবা ফল অদু মাঙশিল্লক্তুনা মমাংঙৈদা ওইরমদবা কয়া ঙসিদি ওইরক্লি। লায়না মখল কয়া শন্দোরক্লি, পোলুসনগী চাং হেনগৎক্লি, ঈশিং ইচাও অমদি ইকঙ তোইনা থোকপা,অঈঙ-অশাগী চাংদা অহোংবা কয়া লাকপা,লৌউ-শিংউ য়ারম্বা লম কয়া মরুভূমি ওল্লকপা, তাংনা ফংবা পাম্বী মখল, শা-ঙা মখল কয়া মাংশিলকপা অসিনচিংবা লেপ্তুনা লাক্লি, শেন্দোংগী য়েংদুনা

পুথোক্লিবা অনৌবা পোৎথোক কয়ানি শাবদা নুংশিংতা য়ানশিনম্রিবা হগী মশক ওইরবা পোৎলমশিংদি - চহিগী ওইনা কার্বোনমোনোওক্সাইড মিলিয়ন তোন ২০০, তোঙান-তোঙানবা মখলগী কার্বোন কম্পাউন্দশিং মিলিয়ন তোন ৫০, চাকথেক্রবা অরেমখাক (উৎ)মিলিয়ন তোন ১২০, অমদি সলফরডাইওক্সাইড মিলিয়ন টন ১৫০ নি। মখোয়না এটমোস্ফিয়ারদগী এসিদ রেন ওইনা পুন্না লৈমায়দা তারকুনা মখোয়গা থেংনরবা শম্নরবা পোৎশিংবু পোলুট তৌই। অসিদা নত্তনা রেদিও স্টেশন, টি.ভি টৱার অমদি অতৈ ইলেক্ট্রিক এল্লাইয়েন্স শিজিন্নবা মফমশিংদগীসু মখল কয়াগী হকচাং শোকনিংঙাই ওইবা মচাকশিং ওইনা থোরক্লি।

ইন্দস্ট্রিয়েল রিভোলুসন মতুংদগীদি মালেম লৈমায়থক্কী নুংশিংকী কুয়োমগী শাকগী চাং অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। অসিগুম্বা গ্রিন হাউস নত্রগা হোট হাউস ইফেক্ট থোকহল্লিবা গ্যাসশিংদি মরুওইনা -

কার্বোন্দাইওক্সাইডঃ - নুংশিত্তা য়াওবা কার্বোন্দাইওক্সাইদকী চাং অসি ইন্দস্ট্রিয়েল ইউনিটশিং চলাইবদা শিজিন্নরিবা পেত্রোন, ডিজল, কয়লানচিংবা কাহেন্না শিজিন্নরকপা,অমবোমদসু উমং-ৱামং কোকশিল্লকপনা পাম্বীশিংনা কার্বোন্দাইওক্সাইড চুপশিনবগী চাং হন্থরকপা কয়াসিনা মরম ওইদুনা নুংশিংত্তা য়াওবা কার্বোন্দাইওক্সাইডকী চাংসি চাদা ২০গী চাং য়ৌশিল্লকে। অদুগা নুংশিত্তা য়াওবা ওক্সিজেনগী ভোল্যুম অসিনা চহিদা মিলিয়ন তোন ১০,০০০ রোমগী চাংদা হন্থরক্লি। উপাল ৱাপাল লৈরমদ্রবদি মালেমসিদা থৱায় পানবা জীবশিং লৈরমলোই। পাম্বীশিংনা মীওইবা অমদি অতৈ থৱায়পানবা জীবশিংনা হোন্দোরক্লিবা কার্বোন্দাইওক্সাইডপু মচিঞ্জাক ওইনা লৌশিল্লগা ওক্সিজেন পিথোরকপনা জীব পাম্বাশিংনা হিংবা ঙমলিবনি। অদুবু মীওইবা ঐখোয়না ঙাইহক ঙাইহাক্কী অপাম্বা থুংনবগীদমক উপাল ৱাপাল কয়া য়ানথল্লি। অসিগুম্বা থৌওং অসিনা মালেমগী জঙ্গলগী শরুক্কী চাং অসুম অসুম হন্থরকপনা ঙসিদি চাদা ১৫দমক জঙ্গল ওইহৌরে। মসিনা জীব পানবগা পাম্বীগগী মরক্তা লৈফম থোকপা বল কাইরকপনা কার্বোন্দাইদওক্সাইদগী চাং হেঙ্গৎহন্নবগী অচৌবা মচাক অমা ওইরি।

মিথেন ঃ- গ্রিন হাউস ইফেক্ট থোকহনবদা মরুওইরিবা মিথেন গ্যাস য়াওবগী চাংসু পৃথিবিগী নুংশিংকী কুয়োমদা অসুম অসুম হেঙ্গৎলক্লি। মিথেল গ্যাস মপুংওইনা থোহল্লিবদি শা- ঙাগী মথি-মখুং নিংথিনা লোইশিন্দবদগী পৎথ- পুমথরকপা, পাৎথি-কোমথি, ফত্ত-হৌদি হুন্দোকফম কয়াদগীনি। ঐখোয়না সেনিটরি লো ঙাকশেন্দুনা চৎপা ৱাৎপা অমদি মশিং হেনগৎলকপগা ইরোইন্নগা এমোসফিয়ারদা মিথেল গ্যাস য়াওবগী চাংসি চহিদা চাদা অনিগী চাংদা হেগৎলক্লি।

ক্লোরো -ফ্লোরো কার্বোনঃ - গ্রীন হাউস ইফেক্ট থোকহনবদা মরুওইরিবা অতোপ্পা গ্যাসনা ক্লোরো ক্লোরো কার্বোননি। মসি অকে-অমৌগী পোৎলমশিং শাবদা, তিলহাৎহিদাক

শ্যাবদা , অশোক-অপল অমদি মহি লাংথোকপদা শোকলিবা মফমদু অহিংবা ফাওহনবা, রেফ্রিরেসন, এয়ার কন্দিসনশিং , মৈচাকপা মুৎথৎপা, চিঙ্গাক লিবনচিংবগী মচল ওইনা শিজিন্নৈ। মসিনা ওজোনগী কুয়োমদা মাংতাকপা থোকহল্লি ।

ওজোনগী কুয়োম অসি পৃথিবিগী লৈমাইদগী কিলোমিটর ১৫-৩০ রাংবা ফাওবগী মনুংদা শন্দোক্তুনা পৃথিবিগী লৈমাইদা নুমিৎকী কল্লবা মৈশা - অলট্রাভায়োলেট রে চংলক্কদবদু ওজোনগী কুয়োমসিনা ঙাথোক্তুনা থম্মী , অলট্রাভাওলেট রেদিয়েশননা উনশাগী কেনশর নাহনবদা , হকচাংগী লায়না ঙাকথোকচনবগী মপাঙ্গল হন্থহনবদা , মহৈ-মরোংগী পোৎথোক হন্থহনবদা চাওনা তেংবাংই।লোইননা রে অসিনা ঈশিংগী ইমাইদগী মিটর ২০ ফাওবা চংবা ঙম্মী। অসিগুমবা জেব পানবশিংনা হিংবদা য়াম্না চাওনা তেংবাংলিবা ওজোনগী কুয়োম অসিনা অপিকপা মখুল অমা অন্টার্কটিকাগী হেলি উপশাগরগী মনাক্তা লৈখ্রে।

মীওইবনা তংতানা খুন্দা লৈতাবদা খুদোংথিনিংঙাই ওইরিবা ফিভম কয়া অসিদগী কন্ননবদগীদবক্তা মালেমগী অকোয়বগী শক্তম অসি হেন্না শোকচিল্লক্তনবা ঐখোয় মীয়াম পুন্না হোৎন্দুনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম কননবা হোৎনবগী তঙাইফদবা লৈরে।ইনভাইরোনমেন্তেল সাইন্স একাডমি মনিপুরনা মহৌশাগী ওইবা অকোইবগী শক্তম কন্ননবা হোৎনবদা চহি খরসিদা মখল কয়াগী অকনবা কেম্পেন চঙশিল্লকপগী মনুঙদা জুন তাং ৫ ৱালর্ড ইনভাইরোনমেন্ত ডে পালন তৌবা অমদি মখল কয়াগী সেমিনার মরুওইনা নেপালদা Sustainable development of environment দা international level দা seminar নচিঙবা পাঙথোকলুই। লোইননা technology and Environment, Plastic and Environment, Women and Environment নচিঙবা খন্ন নৈনবা মীফম কয়া পাঙথোকখ্রে। শান্তিপুর শঞ্জেনবমদসু Greenary Ecological park অমা শেমগৎতুনা ইনভাইরোমেন্ট কনবদা মীয়ামগী পুক্নিঙ চিঙশিন্নবা হোৎনৈ। মীয়াম পুদুনা লোক্তাক্কী হোঙলক্লিবা শক্তম , খোঙজোম পিছ পার্কতা শেমগৎলিবা কয়া য়েঙহন্দুনা মীপুম তিঙনা অকোয়বগী ওইনা শক্তম কনবদা শরুক য়ানিঙবা পোকহন্নবা হোৎনরি।

অসুম্না মহোশাগী শক্তম কন্নবা চঙশিল্লক্লিবা ইহৌ কয়াসিগী শরুক অমা ওইনা Environmental Science Acadamy গী সেক্রেটরি প্রোঃ এনঃ মহেন্দ্রনা ইবা **অকোয়বা কল্ল** হায়রিবা লাইরিক অসি মীয়াম্না নৈনবিদুনা মহৌশাগী শক্তম কনবনা অচৌবা মতেঙ ওইগনি হায়না খনজে।

লাইশ্রম শোটিনকুমার
প্রসিডেন্ট - ইনবাইরোনমেন্তেল
সাইন্স একাদমি, মণিপুর।

# ইনবাইরোনমেন্ত !

*ইনবাইরোনমেন্ত* হায়বা ৱাহৈসিমক ফ্রেন্সকী ৱাহৈনি। মসিগী ৱাহম্বোক্তি *অকোয়বা* হায়বনি। মালেমদা লৈরিবা অহীঙবা অমদি হিংদবা কাঙলুপ অনীমক মতোম-মতোমতা অহাঙবা মফম অমদা হেক্তা লৈবা য়াদে। পোৎ খুদিংগী অকোয়বা অমদি লৈমিন্নবা-হিংমিন্নবা অদুমক লৈজে। মরম অসিনা মালেমগী অহীঙবশিংগী থৱায় অসি হিংদবশিংনা ওইগনি অদুগা হিংদবশিংগী মরলসু অহীঙবশিংনা ওইরি। অসুম্না মালেমগী খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইরিবা ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী করিগুম্বা মফম অমগী মহৌশাগী খল অমবু কায়থরক্লবদি মালেমগী মফম খুদিংদা ইনবাইরোনমেন্ত শোক্লকপগী চৈথেঙ ফংই।

ইনবাইরোনমেন্তকী মরু ওইবা মচাক্তি মরু ওইনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অমসুং লৈবাক লৈহাওনি। অদুবু থায়নগী অহল-লমনশিংনা হায়বগী মতুং ইন্নদি মৈ,ঈশিং,নুংশিৎ, লৈবাক, অতিয়া মঙানি হায়বসু য়াওই। মঙা অসিগা মীওইবগী থৱায় মঙাগা মান্নে হায়রি। থৱায় মঙাগী মনুংদা অমবু ৱাৎলবদি মালেমদা হিঙবা ঙমদে। অদুবু মালেমগী নোংমা কাঙদনা হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী মরু ওইবা মচাকশিংবু হন্না-হন্না মোৎশিহল্লকপনা ঙসিগী ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী শক্তম অসি ওইরকপনি হায়বসি পুম্নমক্না য়াফম থোকই। মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী ফিভম অসি মোৎশিল্লকপা অসিসু মী কুংনা তাশিনবা সহরশিংদনা অয়াম্বনি। উমং-ৱামং অচৌবা জঙ্গলশিং কোকথোকপা অসিসু খুঙ্গংদগী সহরশিংদনা অয়াম্বনি। পাৎ,তুরেলশিং, লমহাঙ কয়ামুক সহর ওম্বোকখিবগী ৱানি। ঙসিগী মালেম শিনবা থুংনা ফাওরিবা ওক্সফোর্ড (ইংলন্দদা লৈবা ফাওরবা য়ুনিভর্সিটি অমা) হায়রিবা অসিমক ষনগী খোঙ্গুন্না কোংকুৎ ওইনা লৈরম্বনি হায়রি। মহৌশাগী ওইবা খল কায়থরকপা অসিসু চাওখৎলবা লৈবাকশিংদগী অমদি সহরশিংদগী অয়াম্বনি। আফ্রিকাগী মফম অয়াম্বদা জঙ্গলশিং মরাঙ কায়না লৈরি, নেপালদা জঙ্গলশিং অদুমক লৈজরি। অমরোমদা লম্বী-থোং ফৎত্রি। চাওখৎপ্রবা, পৃথিবীগী চাওখৎপগী লমজেলদা মাঙ থাম্ব্রবা লৈবাকশিংদা লম্বী-থোঙ বিজ্ঞানগী পোত্থোক কয়াগী কান্নবা ফঙগ্রে। জপানগা শিঙ্গাপুরগা ফাওনবা নোংথক্কী লম্বীদা নোংমদা এরোপ্লেন ৫০০/৫০০ পাইরি। অসিগুম্বা স্পেসক্রাফ্টশিংদগী থাদোরকপা মৈখুশিংনা ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী মশক থিহল্লি। বিজ্ঞান্না চাওখৎপা হেনগৎলক্লিবা মখৈ পোলুসনগী চাং ৱাংখৎলকপা মশানা তাই। সাইন্সকী চাওখৎপা লৈবাকশিংদা পুথোরকপা ইয়ার কন্দিসন, ফ্রিজ, রিফ্রীজরেটর, কম্প্যুটর, জেরোক্স

মেছিন, কোসমেতিক অমসুং মনম নুংশিবা পার্ফ্যুমস ময়ামদগী থোরকপা অমদি ক্লোরোফ্লোরোকার্বোননচিংবা ময়াম অসিদগী থোরকপা ফ্রিওন কয়ানা মালেমগী অহীঙবা জীবশিংগী ফুরিৎ লাইফ জেকেৎ ওজোনগী মরোল পাথরকপা ঙসিদি অনৌবা নৎত্রে। ময়াম অসিবু নিংথিনা ফাজিল্লগা থমদুনা মীওইবগী খুনাইবু য়োকপীগদবা অশঙবা অচৌবা উমংসু মরাঙ কায়দ্রে। *ত্রোপিকেলগী মফম অয়াম্বদা চহী খুদিংগী অচৌবা উমং হেক্টর মিলিয়ন ১৭/১৭ মাঙশিল্লক্লি। ভারতকী ওইনা লৈফম থোকপা উমং অপুনবা চাদা ৩৩ নি। অদুবু ঙসিদি চাদা শুপ্নতগী ১৬ খক্তং ওইরি। মণিপুরগী ওইনা লৈজরিবা অয়াম্বা চীঙগী লমদা চহী অমদা বর্গ কিলোমিটর ৮০০ গী উমংগী শরুকশিং মাঙহল্লি।* লমদম অসিদা উমং মরাঙ কায়না লৈরিঙৈ মতমদা কুমগী নোং চুরকপদা উনা-ৱানা অমদি মশা-মরেঙ উরানচিংবশিংনা চুপশিন্দুনা ঈশিং অয়াম্বা তপ্না-তপ্না তম্পাক্কী লমশিংদা তুরেল, পুখ্রি-পাৎনচিংবদা ঈচেল নাইনা চেহল্লম্মী অমদি চহী চুপ্পা ঈশিং কংলমদে অদুবু ঙসিদি মাঙখ্রে। নোং তাবগী চাংসু থুনা থুনা হোংবা নোং চুবগা ঈশিং চাউরকপগা চপ মান্নবা, নোং হাংবগা ঈশিং কংবা তোয়না থোকপা মওং অমদা চঙশিল্লক্লি। শাবগী চাং চহী খুদিংগী হেনগৎলক্পা অনৌবা নৎত্রে। অসিদসু নত্তনা ঈশিংনা চীঙদগী চেম্থরকপা চীঙ লৈবাক নুং-নুংচাক্লচিংবা কয়ানা তম্পাক্কী লৌ কয়াসু ফুনজিন্দুনা মাঙহনবগী মশিং চহী খুদিংগী হেনগৎলক্লি। মসিনা মীওইবগী শেন-থুমগা অনকপা মরী লৈনবনা ইমুং খুদিংগী শেন-থুমগী ফিভম হায়নিংঙাই লৈতনা শোকহল্লি। **পৃথিবীগী মনুংদা চাউবদা অনীশুবা ওইরিবা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী পান্দুঘাৎকী মফম অনীদা চহী অমদা লৈঙোই মেত্রিক তোন মিলিয়ন ৪০০ পৈশিল্লি। ঈশিং ঈচাও মনুংদদি তোন মিলিয়ন ২ দগী তাদনা পৈশিল্লকপা য়াওই (এনইসি)।** মণিপুরগী ওইনদি চীঙদগী হৌরকপা তুরেলশিংনা তম্পাক্তা মতম খরা চেল্লম্নগা লোক্তাক্তা অমদি ব্রম্মারোমদা চেম্থখিবা মতমদা পুথরক্পা লৈনাঙ লৈঙোইগী চাং অসি চহী অমদা তোন ৬,৩৬,০০০ ওইবা য়াই হায়না পানরি। মসিনা পাৎ অসি চহী খুদিংগী থেনবা হেনগৎলক্লি হায়না মোত পীরি। ঙসিগী য়ামখৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা হেঞ্জিন্না নুংঙাইবা পাম্নরকপদগী সাইক্সনা পুথোকপা মৈখু থোকপা থাউ হানবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ী লিশিং লিশিংনা নুমিৎ খুদিংগী থাদোরকপা মৈখুনা ঐখোয়গী ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী মশক থিহল্লি, মমহল্লি মীওইবা কাঙলুপকী অমম্-অঙান তাক্লিবা মিৎ উহন্দে, মমশিলহল্লি। চহী ৫০ গী মথক্তা লৈবা অহলশিং অয়াম্বা কেতরেক্ট ভৌদোংনা কুপশিন্দুনা মিৎ শেংনা উহন্দে। মতম চানা ওপরেসন তৌদুনা ভৌদোংগী শরুক লৌথোকহৌদ্রবদি পুন্সিচুপ্পা মিৎ উবা ঙমদবা কয়া অমসু য়াওরিবনি। মেত্রোপোলিতান সিতিশিং দিল্লি, মুম্বাই, কলকত্তাদা লৈবা মী অয়াম্বনা নুংশিৎ শেংলক্তবদগী শ্বর হোনবা ৱাবগী লায়নাশিং-ব্রোনকাইতিশ অমসুং আজমাগী

মশিং য়ামখৎলক্তুনা ক্রোনিক ওইবা য়াওরে। মণিপুরগীসু মী অয়াম্বনা ক্রোনিক রেস্পিরেতরী দিজিজ অঙকপা মশিংদা হেনগৎলক্লি। নুংশিৎ শেংলক্তবগী চাংনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপনা লায়না কয়া পোকহল্লকপা অনৌবা নৎত্রে। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী মোৎপা পোলুসন ওইবা সিতিশিংগী মনুংদা দিল্লিনা অনীশুবা তারে। মরুওইনা মোৎহল্লিবা অসিদি নুংশিৎতা য়াওরকপা কম্পাউন্ডশিংননি, খুদম খরা পল্লবদা কার্বোন মোনোক্সাইড, নাইট্রোজেন ওক্সাড, হায়দ্রোকার্বোন, সলফর ওক্সাইড অমসুং নুংশিত্তা তাউদুনা লৈবা মচাকশিংনি।

**সেন্ট্রেল পোলুসন কন্ট্রোল বোর্ডকী মতুং ইন্নদি এটমোস্ফিয়ার অসিদা নোংমদা পোলুতেন্ত মেত্রিক তোন ২০০০ দি থাউ হাল্লগা চেন্নরিবা ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিংদগীনি অদুগা খরনা ইন্দষ্ট্রি অমদি থর্মেল পাৱারশিংদগীনি।**পুন্নমক অসিদগী কন্নবা হরিয়ানা সরকারগীদি অখন্নবা ইনবাইরোনমেন্ত কোর্ট অমা ফরিদাবাদতা লিংখৎখ্রে। অসিদা নত্তনা শিজিন্নরিবা ঈশিংদা মোৎহন্নবা য়াবা ফত্ত-হৌদি, অমোৎ-অকায়শিং লংথবশিংগী মথক্তা কেশ লৌখৎপা য়ানবা অমদি শ্বর হোল্লিবা নুংশিৎ মাঙশিল্লকপদগী থিংনবা, মরম চাদনা মৈখু থোকপা গাড়ীশিং শিজিন্নবা থিংনবা, উমং নিংথিনা য়োক্তুনা অমদি লম্লক্কী শা-উচেকশিং ঙাক-শেন্দুনা থম্নবা অখন্নবা আইন বিচার লোয়শঙ থম্নবা হোৎনরি। অমরোমদা অশঙবা সহর, ইকো-সিতি অমদি অশঙবা ইন্দষ্ট্রি ইকো-ইন্দষ্ট্রিগী থৌরাঙ কয়া পায়খৎতুনা ইনবাইরোনমেন্ত অসিবু মশক থোকহন্নবা হোৎনরি। ইকো-ভিলেজ ওইখিবসু য়াওখ্রে।

অমরোমদনা, অন্ধ্রাপ্রদেশতা ইমুং-মনুংগী চাকখুমগী ফত্ত-হৌদি ময়াম অমা খোমজিল্লগা পাৱার প্লান্টশিংদা শিজিন্নরিবা কায়লাগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নরি। মসিবু ইকো-ফ্রিয়েন্দলি রিফ্যুস ফ্যুইল (আরদিএফ) কৌই। থৌরাঙ অসি য়ুনাইটেদ নেসন্সন্নসু অয়াবা পীখ্রবনি। মরম অসিনা অন্ধ্রা বিজয়ৱাদানচিংবশিংদা গর্বেজ অসি পাক চাউনা লৈবা য়োনবগী কারবারশিং হৌখ্রবনি। গর্বেজ তোন ২০০ দগী ফ্যুল পাৱার প্লান্টকী টেক্নোলোজিনা বিজুলি মেগৱাত ৩.৭৫ পুথোকপা ঙম্মী। (গবের্জ প্রোসেসিং প্লান্ট য়ুএনআইঃ ১৯৯৬) অদুবু লমদম (মণিপুর) সিগীদি ইনবাইরোনমেন্ত শেমজিনবগী ৱাফমশিংদা তেবলগা উমংগা মরী লৈনবা খরদি ৱাৎলি হায়না লৌবা য়াই। ইনবাইরোনমেন্ত কনবগা থুগাইবগা তোঙান-তোঙানবা গ্রুপশিং নত্তে অমত্তনি। জঙ্গল কোল্লিবা কাঙবু ফাদুনা দন্দি পীবগী মহুত্তা কার তোংহন্দুনা মীয়াম মমাঙদা ফোঙনা চৎহল্লি। ইনবাইরোনমেন্ত প্রোতেক্সন এক্ট ১৯৮৬ বু মশক থিহল্লি। কান্নহন্দে। কান্নহন্দবতা নত্তনা এক্ট অসিবু পুথোক্লুবা মহাক্তুম মখোঙ-মখুৎ পুনশিল্লগা শারঙ মনুংদা থমজিল্লি। ইনবাইরোনমেন্তকী মগুন পৈশানা লেপ্পী। অদুবু মহৌশাগী খলনা কায়থরক্লবদা পৈশানা

লৈবা ফংব্রা য়েংবা তারি। মতম অদুদা চপ মান্নগনি। লায়রবা-ইনাকখুনবা! মতম অদুদা খঙলকপা য়াই ইনবাইরোনমেন্ত করিনো????

## করিগীদমক ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে

জুন তাং ৫ অসি ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডেনি। ইভোলুসনগী পরিংদা খ্বাইদগী থেঙনা মালেমদা থুংলখিবা পৃথিবীগী মচা ইতোন তোনবা তাইবঙ মীনা হৈমন-শিংমনবদগী চাউখৎপগী মীংদা লিশাং শিংনা চত্থরকপা থবক থৌওং কয়ানা মরম ওইরদুনা হান্না লৈজরম্লিবা প্রকৃতিগী খলদা চাওনা অকায়বা কয়া লাক্লি। চহী লিশিং কয়াদগী লৈজরক্লবা অকোয়বগী ফিভমদা অশুঙ্কী মতিক শোকচিল্লকপা হৌরে মদুদি ঐখোয় মীওইবা য়াওনা থৱায় পানবা জীবশিংনা মালেম অসিদা কয়াম কুইনা নে-তানা হিঙবা য়াখিগদগে হায়বা ৱাফম ফাওবা হংনরক্লি। মফম খুদিংমক্তা থেংনরিবা ঈশিং-নুংশিৎ মোৎশিল্লকপা, লৈবাক-লৈহাও মাঙশিল্লকপা, অঈং-অশা অমদি নোংজু-নুংশাগী ফিভমদা অহোংবা কয়া লাক্লিবা অমসুং মালেম পৃথিবীবু নুমিত্তগী লাকপা তমথিরবা অলত্র ভাইওলেট রেডিয়েশন্দগী ঙাকথোকপীরিবা ওজোনগী কুয়োম পাথরক্লিবা পুম্নমক চাওরবা সমস্যা ঙাক্তনি। মরম অদুনা মালেম অসিনা হান্না অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা লুরবা তাঞ্জা অমা মায়োক্লরে খঙনরকপদগী সমস্যাশিং অসি করম্না থেংনগনি অমসুং তরু-তনানবা ইনবাইরোনমেন্ত অমা করি করম্না থমগনি হায়না খন্ননবা ঙসিদগী চহী ২৫ হায়বদি ইং ১৯৭২ গী জুন তাং ৫ দগী ১৬ ফাওবা নুমিৎ ১২ নি চঙনা স্বিদেনগী কোনুং ষ্টোকহোলমদা ফার্ষ্ট কনফরেন্স ওন হ্যুমেন ইনবাইরোনমেন্ত এন্দ ডিভলপমেন্ট হায়বা য়ু এনগী অখন্নবা মীফম অমা পাঙথোকখি। হায়রিবা মীফম অদুনা য়ু এন গী জেনরেল এসেমব্লিদা জুন তাং ৫ বু "**ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে**" হায়না মীংথোন্দুনা পালন তৌনবা ৱারেপ থাগৎখি। জেনরেল এসেমব্লিনসু ৱারেপ অদুবু লৌখি অমসুং ইং ১৯৭৩ দগী চহী খুদিংগী নুমিৎ অসিবু ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডে (মালেমগী ইনবাইরোনমেন্তকী নুমিৎ) হায়দুনা পৃথিবীগী কাচিন-কোয়া খুদিংদা পালন তৌনরক্লি।

মতম অমদা লৌথোকপগী লোইবা নাইররোইদবগুম উরম্বা মহৌশাগী মমল নাইদ্রবা লনগৈ কয়া লোইশিল্লকপগী মমি তম্বা হৌরে হায়বা খঙনরক্লি। মহৌশাগী মশাইগোন্দা মীওইবা য়াওনা শা-ঙা অমদি পাম্বী পুম্নমক অসি অমনা অমগী মতৌ লৌনদুনা হিঙলিবনি হায়না খনবা অমসুং খঙবগী মহুত্তা মহৌশাবু জয় তৌবগী ৱাখল অমগা লোয়ননা চঙশিল্লুবদগী জীব মখল কয়া ঙসিদি মালেমসিদগী মুৎখ্রে। কয়া অমনা মুৎখিবা য়াবগী থাক য়ৌশিল্লক্লে।

অঙ্গৈং-অশা অমদি নোংজু-নুংশা চাং নাইহনবদা, ঈশিং নুংশিৎ শেংনা থম্মদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা অদুগা ঐখোয়না হিঙবদা তঙায়ফদনা চঙলিবা ওক্সিজেন গ্যাস পীথোরক্লিবা উমং-ৱামং কয়া ঙসিদি উ থাজিনবগী হৈনবী লৈতনা পাক-শন্না য়াম্থুৎপীবদগী লৈশিল্লক্তরে হায়বা য়াই। জীব মখল কয়াগী শৈদাংফম ওইরিবা ট্রোপিক্কী শুক্লবা উমং হেক্টর মিলিয়ন ১৮ রোমদি চাংচত্তা চহী খুদিংগী পৃথিবীগী লৈমায়দগী কোকথোকই। হৌজিক ফাওবদা পৃথিবীদা শক খঙলবা জীব মখল লাখ ১৪ রোম লৈ। মখোয়গী মনুংদা অমুক তীল কাঙশিংগী মখলতনা লাখ ৭ মখায়, য়াংলেন শরু পানবা জীব মখল লিশিং ৪০, পাম্বী মখল লাখ ২ মখায় অমসুং মাইক্রোস্কোপ য়াওদ্রবদি উবা ফংদ্রবা কুপ্পবা জীব হায়বদি মাইক্রোব লাখ ৩ লিশিং ৬০ রোম য়াওরি। উমং কোকশিল্লকপনা মরম ওইরদুনা লাক্কদৌরিবা চহী ৩০ মুক্কী মতুংদা অপুনবা জীব মখলশিং অসিগী চাদা ৫ দগী ১০ ফাওবদি মালেমসিদগী মতম চুপ্পগী ওইনা মুৎথ্রগনি হায়না পানৈ।

মরম অদুনা মালেম পৃথিবীগী মখা তানা শোকচিল্লকপা থিংননবা ঐখোয় মীয়াম হুপ্পা সমস্যা অসি খঙমিন্নবা অমসুং থেংননবা খোঙথাং অমত্তা ওইনা চঙমিন্নবা অমা দরকার ওই। মসিদি ন্যুক্লিয়ার লাঞ্জাও অমা থেংনবদগী হেন্না লুই। মরমদি ন্যুক্লিয়ার শক্তিশিংগী মকোক থোংবা খরা থোরক্লুনা হয়েংদগী ন্যুক্লিয়ার বোম-তোপ শাবা অমসুং শিজিন্নবা লেপ্পরসি হায়না সন্ধি অমা তৌনরগা লাঞ্জাও থোক্তবা য়াই। অদুগা মীয়াম হুপ্পা জ্ঞান তামিন্নদ্রগদি লুচিংবা খরা থোরক্লগা হয়েংদগী পাক্তকুবা উ য়ানবা লেপ্পসি অমসুং অনৌবা উ-ৱা থাজিল্লসি হায়না সহী তৌনবথক্তনা ইনবাইরোনমেন্ত ফগৎহনবা অমসুং উমং কনবা ঙম্লোই। ৱার্ল্ড ইনবাইরোমেন্ত ডেনা মীয়ামদা য়ৌহন্ননবা হোৎনরিবা পাউজেলসু মসিমক্কি অমসুং ঐখোয় পুম্নমক প্রকৃতিদগী খক থাপতোকপা য়াদে, উ-ৱা য়াওদনা অশেংবা নুংশিৎ লৈতনা অমসুং অতোপ্পা জীবশিংগা মহৈ-মহৈ মতেং লৌনদনা হিঙবা ওইথোক্তে হায়বসিনি।।

# সমাজ অমগী ইনবাইরোনমেন্ত

*মালেমদা* মীওইবনা খুন্দা-লৈতাবা হেক হৌরকপদগী হৌজিক ফাওবদা মাগী মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম অদুগী মখা পোন্দুনা অদুমক লাক্লি। মী অমা হিংবা তারবদি মাগী অকোয়বগী শক্তম অদুগী অচৌবা মতেঙ চঙঙি। অসুম্না মালেমগী জীবশিংনা হিঙবদা মশা মশাগী অকোয়বগী শক্তম অদুগা নক্লবা মরী লৈনৈ। মরম অসিননি শা-ঙাশিংগী মপাল নাপীনা তাংঙি নাপী মপাল শানা তাঙই হায়নরিবা। অসুম্না মী অমসুং

মাগী অকোয়বগী শক্তম অসিবু ঐখোয়না ইনবাইরোনমেন্ত হায়না কৌনরিবনি।

ইনবাইরোনমেন্ত হায়বসিদি মতেক নাইবা অমদি করিগুম্বা অকক্লবা মফম খরখক্কী ওইনা খায়দোকপা য়াবা পোৎ নত্তে। ইনবাইরোনমেন্ত হেক পল্লক্লবদি মালেমগী ওইবা ব্রাফম ওইগনি। অদুবু মসিগী মনুংদা অমুক অহিঙবা জীবশিংনা হিঙদুনা লৈবা ঙম্বা মফম অসিসু অকক্লবা মফম খরখক্তনি। মালেম পৃথিবীগী ঈমায়দগী মথক্লোমদা কিলোমিটর ১১০ ফাওবা ব্রাংবা মফম য়ৌবা অদুগা মালেমগী মখারোমদনা কিলোমিটর ১১ ফাওবা লুথবা নৎত্রগা কুৎথবা মফম ফাওবদা মালেমদগী মথক-মখা অনীদা পুন্না কিলোমিটর ১২১ গী মফম অসিবু ঐখোয়না অহিংবা জীবশিংগী মফম ***বাইওস্ফয়ার*** কৌনৈ। অসিগুম্বা মালেমগী অকক্লবা মফম অসিদসু অমুক তোঙান-তোঙানবা শা-ঙাগী মখল কয়ানা মাগী মাগী জাগা মফম অমদি কাঙলুপ কাঙলুপ শেমদুনা হিঙনবা হোৎনৈ। মরমদি মীগী সোসাইতিদা ঙানা হিংবা ঙমদে মরম অদুনা ঙাগী কাঙলুপ্না ঈশিং লৈবা পুখ্রি, পাৎ, তুরেলশিংদা কম্যুনিতি শেমদুনা হিংঙি। অসুম্না জীবশিংনা হিঙনরিবা পুক্সিগী মওংশিং অসি মা-মানা লৈজরিবা শক্তমশিং অদুগী মখা য়াম্না পোল্লি। ঈশিং লৈত্রবা পুখ্রিদা করম্বা ঙা হিংবা ঙমগনি? ওইথোক্তে। অদুবু ঈশিং লৈবা পুখ্রিদা ঙা য়োকপা য়াদ্রবদি শক্তম অদুগী অশোয়বা অমা লৈরে হায়না লৌই। মরম অদুনা পুখ্রি অদুগী ইকোলোজীকেল ইমবেলান্স ওইরে। মরমদি শক্তম অদুদা হিঙদুনা লৈজরিবা জীব অদুবু ঙাকপীগদবা লৈশিল্লক্লবদি শক্তম অদুগী মওং কায়রকপননি। তাঞ্জা অসিদনি ঙসিগী পোলুসনগী ব্রাফম লাক্লিবা! অহিংবা জীবশিংনা লৈজরিবা শক্তম অদুগা জীবশিংগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। অদুবু ঙসিদি কল্লবা মরী অদু থদৎনবা হোৎনৈ, কয়া পুল্লম্বা মরীশিং অদু ইরৈ লৈনদবগুম তৌবসু য়াওই। মরম অসিনা ঙসিদি মালেমগী জীবশিংনা থেংনরিবা খ্বাইদগী হেন্না চাউবা অমসুং খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইরিবসি ইনবাইরোনমেন্তকী সমস্যা অসিনা ওইরে।

হৌজিক ইনবাইরোনমেন্তকী সমস্যা অসি লেপ্পা লৈতনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। মীওইবগী অকোয়বগী শক্তমশিংবু লুনা-চান্না থম্বা অমদি মাগী অকোয়বগী শক্তম্বু মথ্বায় হাপ্লিবা শা-উচেক, তিল-কাঙ ময়াম্বু নুংশিবদি লায়রদনা ঙসিদি কাঙলুপ অমত্তদা হিঙমিন্নবা করেক্টর মান্নবা মীওইবগী মরক্তা নুংশিবগী মরী লৈনদ্রে। নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা সমাজ অসিদগী তোঙান্না মতোমদা হিংবগুম খনখিবনা মতোমতগী সমাজ ওইনা লৌনরে। মসিমক্লা মালেমগী মীশিংনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা যুম-কৈ শাজিন্নরকপা জঙ্গল কোকথোকপা, পান্ত্রৌ উশিনবা, বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজি কয়াগী পোথোকশিং মরাঙ কায়না শিজিন্নবগী চাং হেনগৎলক্তুনা পেট্রোল দিজলনচিংবা কার্বোনগী পোথোক কয়াগী ইঞ্জিন পানবা

গাড়ীশিং মরাঙ কায়না শিজিন্নরকপনা অহিঙবা জীবশিংগী থরায় পুদুনা চৎলিবা নুংশিৎপু অঙকপা ফংনা মোৎহন্দুনা মালেমগী জীবশিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা অরাবা কয়া পীরি। মালেমদা প্রকৃতিগী খুদোল ওইরিবা উমং-রামং কয়ানা শক্তি লৈ হায়না খঙরিবা মীওইবগী কাঙলুপ য়াওনা শা-ঙা কয়াগী স্বর হোলহল্লিবা ওক্সিজেনবু মরাঙ কায়না পীথোক্তুনা মালেমদা হিংহল্লি। অদুবু ঙসিদি অশেংবা ওক্সিজেনদি নোংম-নোংমগী রাৎশিল্লকপা অদুগা হূ গী মশক ওইরবা কার্বোন ডাইওক্সাইডনা নোংম-নোংমগী হেনগৎহন্দুনা ইনভাইরোনমেন্ত অসিবু অঙকপা ফংনা মোৎহল্লি, মসিনা মীওইবগী হকচাং মনুং ফাওবদা মোৎহনবা অনৌবা নত্তে। লমচৎ-শাজৎ রাখল মোৎপদগী মীঙোন্দা এচআইভিগী লায়না এইদসনা নারকপা অঙকপা নত্তে।

ইংশোক ১৯৯২ গী জুনগী তাং ৩ দগী ১৪ ফাওবা নুমিৎ তরানিথোইনি চুপ্পা য়ুএন গী লৈবাক ১৫৪গী পৃথিবীগী মীফম অমা ব্রাজিলগী রাইও দি জানৈড়োগী মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম কনবগী মীফম্না লৌখিবা রারেপশিং অদু করি তৌরবগে হায়দুনা অমদি রারেপশিং অদুনা মীয়ামদা করি কান্নবা পীরবগে হায়দুনা নৌনা য়েংবা তাই। মীফম অদুগী মরু ওইবা পান্দমদি-ইনবাইরোনমেন্ত অসিবু নিংথিনা ঙাক-শেন্দুনা থম্না অমদি য়োকখৎতুনা অশঙবা মালেম অমা শেম্বনা মীফম অদুগী রাইও দিক্ল্যারেসন ওইখি। অদুগা দরকার ওইবা শেনফম পুন্নমক রার্ল্ড বেঙ্ক অমদি ইন্টরনেসনেল মোনিতরি ফন্দদগী কাইথোক্তুনা মালেমগী শক্তম কন্দুনা অশেংবা ইনভাইরোনমেন্ত অমা মালেমগী মীয়ামদা ফংহনগনি হায়বসিনি। অদুবু মমাঙদা রারী কয়া লৈজখ্রবসু হন্দক্তা মার্চকী তাং ২০,২০০০ য়ুএসএ গী প্রসিদেন্ট বিন ক্লিন্টন্না ভারত্তা লাক্তুনা ভারত অমদি আমেরিকা অনীমক্তা অকোয়বগী শক্তম ঙাকপদা লৈবাক অনীনা অচৌবা থৌদাং লৌমিন্নগনি হায়রিবসিনা থম্মোয় শেংনা থবক ওইনা হোৎনরবদি মালেমগী মীয়ামদা শোয়দনা কান্নগনি॥

## স্কুল অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

*চাওখৎলবা* বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজি ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরি কয়ামুক স্কুলদগী লাকখিবনি হায়বা য়াই। অসুম্না ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরি কয়ানা মখোঙ য়াংনা চেনখৎনরকপনা মালেমদগী অহিঙবা জীব কয়া মাংশিল্লকপা অমসুং ঙসিসু মাংখিবা য়াবা অহিঙবা জীব কয়া লৈরকপনা মীওইবা হায়বা কাঙলুপ অসিসু কয়া কুইনা লৈখিগনি হায়বা রাহং কয়া হংনরক্লি। মরম অসিনা ঙসিগী অমখক্তা ঙাইরবা খ্বাইদগী চাওবা রাথোক্তি মালেমগী মহৌশাগী ওইবা শক্তম কাইথরকপনা ওইরে। স্কুলনা ছাত্রশিংগী য়ুম ওইবনা মালেম অসিগী অহিঙবা জীবশিংগী ময়ুমসু ইনভাইরোনমেন্তনা ওই। মরম অসিনা ঙসিগী মহৌশাগী ওইবা

অকোয়বগী শক্তম কাইথরক্লিবশিং অসিগী মরম খঙদোকপগা লোয়ননা মফম অদুগী মরু ওইনা হোংলক্লিবা জীবশিংগী শক্তম অদুগা লৈনরিবা মরীশিং অমদি মদুগা মরী লৈনবা ঈ-পাউ কয়া খোমজিন্দুনা শক্তম অদুবু চপ চানা ঙাক্তুনা থম্নবা তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা মহৌশাগী খল কাইহন্দনবা স্কুল শঙশিং অমসুং লোয়শঙশিং শেমগৎ-শাগৎপা হায়বসিনা ওইগনি। থৌরাং অসিগীদমক সরকার অমদি লন্নাই সংস্থান, নন-গভর্নমেন্ট ওর্গেনাইজেসন (NGO) শিং ক্লবনচিংবা সংস্থানশিংগী অচৌবা থৌদাং লৈ।

স্কুলগী ছাত্র-ছাত্রিশিংবু ইনভাইরোনমেন্ত অমসুং বাইওডাইভর্সিটিগী ভাবোকশিং ওইহনবগা লোয়ননা জর্জ ফাওবা ওইহনবা তারি। স্কুলগী ছাত্র হায়বসি ঙসিদি অকোয়বগী শক্তম অমসুং মহৌশাগী খল কাইহন্দনা থম্নবা তুংগী জাতি অসিগী যুম্বীনি হায়বা য়াই। মরম অসিনা স্কুল কলেজগী ছাত্রশিংবু অসুম্না কৌবা য়াই মদুদি, ``Students are the future citizen who need to perceive concept of environmental conservation'' মরম অসিনা স্কুলশিংদা ইনভাইরোনমেন্তকী এদুকেসন প্রোগ্রামশিং পায়খৎতুনা ওডিও ভিজ্যুল, প্রজেন্টেসন অমসুং ক্লাস লেকচর কয়া ছাত্রশিংদা পীদুনা ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং মসিগী ইলিমেন্টশিংগী লৈনরিবা মরীশিং তাক্তুনা খঙহনবগী তঙাইফদবা লৈবনা স্কুলগা ইনভাইরোনমেন্তগা য়াম্না নক্লবা মরী লৈ। এদুকেসনগী পান্দমদি, ``Making the future generation capable of sounding building their nation'' না ওই। অদুবু ঙসিগী স্কুলগী এদুকেসন্দা শুপ্নগী পোৎলম অহুমদা (ওজা, তম্নবা লাইরিক অমসুং ,স্কুল শঙ) যুম্ফম ওইবনা ওজাশিংদি ছাত্রশিংগী জ্ঞান-লৌশিংগী হৌরকফম্নি অদুনা ,``Source of knowledge for students rather than as facilitator of learning process'' না ওইগনি। অদুনদি স্কুলশিংদা ইনবাইরোনমেন্তকী প্রোগ্রাম কয়া হাপচিনবা য়াই। তৌবতবু থৌরাং অসি মীয়াম পুম্বা, ছাত্র-ছাত্রিশিং অমসুং মমা-মপা ওজাশিংনা হেন্না পাম্নহনবা অমা চংই, মসিনা হেন্না দিমান্দ লৈগনি। থৌরাং অসিগীদমক খরচ হেন্না চংদনবা চাং নাইবা ইনকম অমা দরকার ওইগনি। মসিগীদমক কোটেজ ইন্দষ্ট্রি স্কুলশিংদা ছাত্রশিংনা শিজিন্নরিবা চেথী-চেরাংশিং রিসাইক্লিংগী থৌরাং তৌবা, চীঙ্গাক পাম্বীশিংগী মরু-মরাংশিং খোমজিন্দুনা স্কুলশিংদা ফোরেষ্ট নরসরি বেঙ্কশিং হাংদোকপনা ওইগনি।

মণিপুরগী ওইনা য়েংলবদি প্রাইমারী স্কুলগী থাক্তগী কলেজ যুনিভর্সিটি ফাওবগী অপুনবা ছাত্র-ছাত্রি ৪,৩২,৯৪৭ (লাখ মরি লিশিং কুন্থ্রানিথোই চামাপল নিফুতরেৎ) কী মনুংদা প্রাইমারী ছাত্র-ছাত্রী ২,৪১,৫০০ গী মনুংদা নুপী ১,১৩,৭৬০ নুপা ১,২৭,৭৪০ নি। হায়স্কুল অমসুং জুনিয়র হায়স্কুলগী থাক্তা অপুনবা মহৈরোই ৯৮,৪০০

গী মনুংদা নুপা ৫৩,১৫০ নুপী ৪৫,২৫০ নি। সেকেন্দরি অমসুং হায়র সেকেন্দরিগী অপুনবা মহৈরোই ৭১,০৫৪গী নুপা ৩৯,৯৭৪ নুপী ৩১,০৮০ নি। অদুগা কলেজ অমসুং হায়র এদুকেসনগী মহৈরোই ২১,৮৯৩ দা নুপা ১২,৩১৯ নুপী ৯৫৮৪ নি (১৯৯০ গী সেন্সস)। মথক্কী মহৈরোইশিংদা ইনভাইরোনমেন্তকী মমি তাহনবগী চাংদি অদুমক ৱাৎলি। অমরোমদনা ইংশোক ১৯৯২ নবেম্বর তাং ২৭ তগী য়ুনিভর্সিটি গ্রান্ট কমিসন (য়ুজিসি) গী নেসনেল ইলিজিবিলিটি টেষ্ট (নেট) কী ত্রেনিং প্রোগ্রাম পীরবসু অৱাং নোংপোক লমদমগীদি মশিং অশুক্কী মতিক ৱাৎলি। মদুদি লমদম অসিদগী কেন্দ্রিদেট শুপ্পগী ৩৮ খক্তং ওই। (য়ুনিভর্সিটি ন্যুজ-১৯৯৮)।।।

## এডুকেসন অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

*এডুকেসন* হায়রগা মীয়াম্না লৌনরিবা অসি লাইরিক তন্নগা সরকারগী থবক তৌবা, তলব ফংবা হায়না লৌনৈ। অদুবু চপ চাবা পান্দমদি জাতি অমগী তুংগী মীরোন শেম্বা ঈংনা তপ্না শান্তি ওইনা নুংঙাই-য়াইফনা লৈহৌনবা হোৎনবনা ওইগনি। ওজা হায়বসিদি ছাত্র-ছাত্রিশিংগী লৌশিংগী হৌরকফম্নি। মরম অসিনা, মালেম অসিগী বিজ্ঞানিকশিং, ইঞ্জিনিয়ার, দিসিসন মেকর অমদি ডোক্টরনচিংবা কয়ানা মীচম প্রজাশিংদা অকোয়বগী শক্তমগী মনুংদা লৈরম্বা অমদি লৈবিবা জীবশিংগী অহোংবা কয়া লাক্লিবশিং অসিগী মরমদা মমুৎ তানা শেংনা খঙহনবা তারি। মালেম অসিগী মীওই খুদিংমক্না তুংগী করিমত্তা খল্লবা তৌদনা মহৌশাগী লাইরেম্বীনা পীবা মমল য়াম্লবা খুদোল কয়া মাঙহনবনা ঙসিদি নেচরগী শক্তমগা খুৎশেমগী শক্তমগা অচৌবা শিংনবা অমা লাক্লি। মসিমক্না ঙসিদি অঙকপা থৌওং কয়া ইকঙ থোকপা. ঈশিং ঈচাও অমদি কালেনগী মতম শাংদোকপনচিংবা কয়ানা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অচৌবা অহোংবা কয়া পীরি। অকিবশিং অসিদগী কলহৌনবা স্কুল কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিগী থাক্তা অনৌবা ইনবাইরোনমেন্তেল এডুকেসনগী থৌরাং তৌবগী মতম য়ৌরে। থৌরাং অসিগী মখাদা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমগা শক্তম অদুগী অহিংবা জীবশিংগা লৈনরিবা মরীশিং নিংথিনা খঙদোক্লবা ওজাশিং অমদি ছাত্রশিং লোয়ননা মাস মেদিয়াশিংদা ত্রেনিং প্রোগ্রামশিং পীবগী মরু ওইবশিং লৈরে। ইনভাইরোনমেন্ত হায়বসি কাঙলুপ অমখক্কী নত্তে। মসিবু শেমগৎলিবা মচাকশিংগা শক্তম অসিগা নক্লবা মরী অদুনি। ঙসিদি স্কুল কলেজ অমসুং য়ুনিভর্সিটিশিংদা ইনবাইরোমেন্তেল ইঞ্জিনিয়ারীং অমসুং পোষ্ট গ্রেজুয়েটনচিংবা হাংদোক্লনা তোঙানবা লম অসিদা য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইবা টেক্নিকেল সেল হাংদোকপগী মরু ওইবা লৈরে। মসিনা খুঙ্গং সহরশিংদা লৈরিবা লাইরবা লৌমী

প্রজাশিংদা শেম্লোক লম্বী লাকপগী মরমশিং লৈগনি। ইনভাইরোনমেন্তেল সাইন্স এদুকেসন দা জোর ওরিএনটেদ ওইহনবনা নুপা নুপী খুদিংমক্কী থবক পীবা ভমগনি। মোরতেলিতি অমসুং ফরত্রেলিতিগী চাং হস্থহনগনি।

ঙসি ফাওবদা মালেম অসিদগী চহী কয়াগী মমাংদগী হৌনা মাঙথরকখিবা শা-ঙা মখল কয়াগী মরমদা থিজিন-হুমজিনবগী থৌরাংশিং পায়খৎখিবা লৈতে হায়বা য়াই। ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরিশিংগী অওনবা কয়ানা মালেম অসিদগী শা-ঙাশিং মাংশিল্লকপগী মরম ওই। এদুকেসনগী মরু ওইবা পান্দমনা তুংগী জাতি অসিগী মীরোনশিং শেমগৎপা ওইবনা জাতিগী লন ওইরিবা নেচরেল রিছোর্সশিংবু মশক ফজহনবা, মশক খঙদোকপা, ঙাক্তুনা থম্বা অমদি মসিগী কান্নবনা প্রজাশিংদা ফংহনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী শক্তম অসিবু মশক ফজহনগনি। মসিগী চপ চাবা খুদমদি ইংশোক ১৯৭২ দা য়ুনাইটেদ কিংদম (য়ুকে) দা নেসনেল এসোসিয়েসন ওফ ইনভাইরোনমেন্ত এদুকেসন (এন এ ই ই) অমসুং চহী অসিমক্তদা য়ুনাইটেদ ষ্টেটস ওফ আমেরিকাগী লো ওন ইনভাইরোনমেন্তেল প্রোটেক্সন অমসুং কঞ্জারভেসন (লেপ পেক) মায় পাকখ্রে। থৌরাং অসিদা লন্নাই মীওই খরনা নত্রগা লৈবাক অমা অনীখক্তা তৌরম্বা অদু ঙসিদি জাতিগী অমদি ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা য়ুনাইটেদ নেসন্স এদুকেসনেল সাইন্টিফিক অমসুং কলচরেল ওর্গেনাইজেসন (য়ুনেস্কো) অমসুং ইন্টরনেসনেল য়ুনিয়ন ফোর দি কঞ্জারভেসন ওফ নেচরেল রিছর্স (আইয়ুসিএনআর) নচিংবনা থবায় য়াওশিল্লকপা পৃথিবীগী অখণ্ড-অহৈশিং অমদি কবিশিং অমদি ওরনিনথোলোজিষ্ট (উচেক্কী মরমদা নৈনবা বিজ্ঞানিকশিং) হেন্না পুক্রিং চংশিল্লক্লিবা অসি সরকার অমদি দিপার্টমেন্টশিংনা মশক খঙবগা লোয়ননা হিরম অসিদা এদুকেসনগী থবক ওইনা পায়খৎপগী মতম ওইরে॥

## ইনবাইরোনমেন্তেল লো

*পৃথিবী* মীশিংনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপা টেক্নোলোজি, ইন্দষ্ট্রি, গাড়ীগী মৈখুশিংনা ঙসিদি পৃথিবীগী শাবগী চাং হেনগৎলকপা অকিবগী মশক ওইরবা এসিড রেইন, ওজোনগী মরোল পাথরকপা খণ্ডহৌদনা ঈকং থোকপা, ঈশিং ঈচাও থোকপা নিউক্ল্যারগী অকিবা মৈখু কয়ানা মালেমগী শক্তমদা অচৌবা চেথেং পীররি। অসিগুম্বা চৈথেং অসিগী মরু ওইবা মরমদি লাইরবশিংগী কাঙলুপনা মপুং ওইরি। মরমদি, দরকারগী মতুং ইন্না নেচরেল রিছোর্স কয়াবু শিজিন্নথোকপনা মখোয়বু অচৌবা পোলুটর কৌবা য়াই। মালেম অসিগী অহিংঙবা জীবশিংনা হিংগলিবা অসিগী মরুওইবদি লৈবাক লৈহাও, ঈশিং অমসুং নুংশিৎনি। ১৮ শুবা শতাব্দীদগী ইন্দষ্ট্রিগী অহোংবা লাকখিবনা ১৯ শুবা

শতাব্দী অমসুং ২০ শুবা য়ৌপরকপদদি মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অচৌবা শিংনবা লাকপা থেঙনরে। খুদমদি, গ্রিন হাওস ইফেক্ট, এসিড রেইন অমসুং ওজোনগী মরোল্দা অহোংবা লাকপা অসিনি। পুম্নমক অসিনা ভারত সরকারনা অহানবা ওইনা নুংশিত্তা য়াওবা পোলুটেন্টশিং ঙাকথোক্নবা ইংশোক ১৯০৫ দা *বেঙ্গল স্মোগ নুইসেন্স এক্ট*, ইংশোক ১৯১২ দনা *বোম্বে স্মোগ নুইসেন্স এক্ট* শেমখি। সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা ইংশোক ১৯৫৬ তা *ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট* শেমদুনা ১৯৭২ গী ষ্টোকহোলমদা ফমখিবা মী অমসুং অকোয়বগী শক্তমগী কনফরেন্সতা পুথোক্নুনা থন্নরবা মতুংদা নেসনেল কমিটি ওন *ইনভাইরোনমেন্ত প্লানিং এন্দ কোরদিনেসন* (এনসিঈপিসি) গী কাঙলুপ অমা শেমদুনা টিৱারী কমিটিদা রিকোমেন্দ তৌদুনা ১৯৮০ গী নবেম্বর তাং ১ দগী হৌনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমগী তোঙানবা কা অমা লৈবা হৌরকখি। মসিদগী হৌনা চহী খুদিংগী নবেম্বর থাবু ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ট মহ্থ হায়না পালন তৌদুনা লাক্লি। ইংশোক ১৯৭৪ গী *ৱাটর এক্টপু* ১৯৮৮ দা অমুক এমেন্দ তৌদুনা সংবীধানগী সেক্সন ৩৩ (এ) দা হাপচিন্দুনা মহৌশাগী ওইবা শক্তম্থু মশক থিহনবা অমদি অকায়বা থোকহনবা ইন্দষ্ট্রি অমবু খুদক্তা লেপহন্নবগী শক্তি পীরি। অসিদসু নত্তনা *ইনবাইরোনমেন্ত প্রোটেক্সন এক্ট* ১৯৮৮ চৎনদুনা লাক্লি। সংবীধানগী আর্টিকল ৪৮ (এ) না অকোয়বগী শক্তম কনবদা ষ্টেটশিংদা অহেনবা শক্তি পীরি হায়বসি খঙবগা লোয়ননা ষ্টেট খুদিংমক্লা জুন ৫ বু ৱার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত নুমিৎ হায়না পালন তৌরি। আর্টিকল ৫১ (এ) গী ফন্দামেন্টল ড্যুতিদা মহৌশাগী ওইবা শক্তম অসিগী মচাকশিং উমং-ৱামং, চীঙ-পাৎ তুরেল লৈবাক লৈহাও হৱা-নুংশিৎ, লম্লক্কী শা-উচেকশিংবু কননবগী হক পীরি। কনাগুম্বা মীওই অমনা ইন্দষ্ট্রি লিংবা তারবদি পোলুসনগী ৱাখল লৈহনবগা লোয়ননা নো ওবজেক্সন সার্টিফিকেট (এনওসি) পীগদবনি। অচৌবা ইন্দষ্ট্রি তৌবশিংগী ওইবা ইনবাইরোনমেন্ত ইম্পেক্ট এসেসমেন্ট (ইআইএ) অমসুং ইনবাইরোনমেন্তেল মেনেজমেন্ট প্লান্টগী (ইএমপি) ক্ল্যারেন্স পীগদবনি। সেন্ট্রেল পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দ (সিপিসিবি) না য়ানখিবা ১৯৯৬-৯৭ ফাওবদা লৈবাক অসিগী ষ্টেট ১৪ দা ইনবাইরোমেন্তা য়ুম্ফম ওইবা ইন্দষ্ট্রিশিং লিংখৎপগী থৌরাং অদুনি মীয়াম্না ঙাইনরিবা!!

হন্দক্তা সুপ্রিম কোর্টনা (১৯৯৭) অচৌবা হোস্পিতালশিংদা ইন্সিনিটর ১/২ শাবগী হুকুম অদু মীয়ামদা কান্নগনি। মসিমক মণিপুরদসু পায়খৎপগী মতম য়ৌরে হায়বসি জুন ৫ গী ৱার্ল্ড ইনভাইরোনমেন্ত ডে অসিদগী মীয়াম পুম্নমক্না নিংশিংদুনা থবক ওইনা পাঙথোকপগী মতম য়ৌরে। মসিদা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি অমসুং ইনভাইরোনমেন্তকী থৌদাংদি য়াম্না চাওই।

# ইনবাইরোনমেন্তেল এডুকেসন অমসুং এনজিও

*ইনবাইরোনমেন্তেল* এডুকেসন হায়বসি হৌজিক্কি মতমদা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমদি শাংনা চৎনগদবা থৌরাং অমনি। শিক্ষা অসিদা মরু ওইনা প্রাইমারী মিডল স্কুলশিং সেকেন্দরী, হায়র সেকেন্দরি অমসুং অরাংবা থাক্কী ছাত্রশিংদা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা শিনফম অমা ওইরকপগা লোয়ননা য়াম্না খণ্ড-হৈরবা ওজাশিংনা মতিক চানা শিক্ষা পীবনি। থৌরাং অসিদা নন-ফোর্মেল এডুকেসনগী অচৌবা থৌদাং লৈ। মরু ওইনা নহারোল, ক্লব, লন্নাই মীওইশিং, সোসিয়েল ৱার্কর অমদি ডিসিসন মেকর কয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ইনভ্রইরোনমেন্তেল এডুকেসন মীয়ামদা পীবদা নন-ফোর্মেল অমসুং ফোর্মেল এডুকেসনগী অচৌবা থৌদাং লৈ। অদুবু এডুকেসনগী কান্নগদবা মীওইশিংদা শিক্ষাগী চপ চাবা হক ফংহনবদি পৈশা লৈজদবা প্রজাশিং ওইবনা অদুমক খুদোংচাদবা লৈ। অদুম ওইনমক নন-ফোর্মেল এডুকেসন অসি মওং অনিদা তৌবা য়াই। অহানবদা, মাস মেদিয়া খবর কাগজ, রেডিও, টিভিনচিংবশিং অসিনসু মতিক চাবদি নত্তে মরমদি মীয়াম পুম্নমক শেন-থুমগী ফিভম ফত্তবনা টিভি, রেডিও লৈবা ঙমদে। অদুবু খরা লৈরিবা অসিসু ঙসিদি এডুকেস্নেল মেডিয়াগী মহুত্তা রিক্রিএসনগী মেডিয়া ওইনা তৌরি মরম অসিনা ভারত অমদি মণিপুরগী ওইনা ইনভাইরোনমেন্তেল এডুকেসন পীবদা মরু ওইবদি নন-গভর্নমেন্ট ওর্গেনাইজেসন (এনজিও) না ওইফম থোকই। NGOs হায়বসিদি মালেম অসিগী মীয়ামগী অমদি গভর্নমেন্টশিংগী মরক্তা থেংনরিবা সমস্যাশিংবু কোকহন্নবা হোৎনরিবা কাঙবুনি হায়বা য়াই। মরম অসিনা পৃথিবীগী চাওখৎলবা লৈবাকশিং শুইদেন, স্কোটলেন্দ, আমেরিকানচিংবদা ইনবাইরোনমেন্তেল এডুকেসন্দা অচৌবা থৌদাং লৌরি। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা NGO অসি আমেরিকাগী গ্রীন পীছকী মেম্বর মিলিয়ন ৪.৫ গী লৈবাক ১৫৪ নি। মথংদা মেম্বর ৬৪,০০০০ লৈবা আমেরিকাগী শিয়রা ক্লবনি। অদুবু ঙসিদি ভারত্তা ইনভাইরোনমেন্তেল এডুকেসনগী মমি খরদি লাক্তবা নত্তে। ইংশোক ১৯৭২ দা ভারত্তা NGO শুপ্নগী ১৮০ খক লৈরমই। ইংশোক ১৯৯২ য়ৌরকপদদি এনজিও মশিং ১০১১ য়ৌখ্রে। ইংশোক ১৯৭২ দা অহানবা ওইনা স্টোকহোলমদা ফমখিবা মীওইবগী সমাজ অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত হায়বদুদা ইনবাইরোনমেন্তেল এডুকেসনগী প্রোগ্রাম অমা

ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা হৌদোকখ্রে। ১৯৭৫ দা ইন্টরনেসনেলগী এডুকেসন প্রোগ্রাম, ইংশোক ১৯৭৭ তা অহানবা ওইনা গভর্নমেন্ট এডুকেসন প্রোগ্রামদা য়ান্নখিবা ইনবাইরোনমেন্তকী প্রিন্সিপালশিং ইংশোক ১৯৮০ দা IUCN গা UNEP অমসুং WWF গী মীফম, ১৯৮৪ দা ভোপালগী মিথাইল আইসোসিয়ানাইড (MIC) গ্যাস য়ুরকপদগী নংখিবা খুদোংথিবশিংদগী ভারতকী মী অয়াম্বনা ইনবাইরোনমেন্তকী NGO লিংখৎপগী মশিং হেনগৎলকখি। ১৯৮৭ মোস্কোদা পাঙথোকখিবা UNESCO, UNEP গী ইন্টরনেসনেল কংগ্রেসনা লৌখিবা ৱারেপতা ইনবাইরোনমেন্ত এডুকেসনগী ট্রেনিংগী মওং অমদি ইংশোক ১৯৯২ গী রাইওগী মীফমশিং নিংশিংবগা লোয়ননা থৌরাং অসিগী মরু ওইবা পান্দম অহুম সোসিয়েল ইনবাইরোনমেন্ত ৫৩% ফিজিকেল ইনবাইরোনমেন্ত ৪০% অমসুং বাইওলোজিকেল ইনবাইরোনমেন্ত ৭%শিং অসি ঙসি ফাওবদা ভারতকী অমদি মণিপুরগী NGO শিংনা কয়া য়াম্না মায় পাক্না পাঙথোক্লবগে হায়বদুদি মীয়ামদা য়ৌহনবগী চাং য়াম্না ৱাৎলি হায়না লৌনরি॥

# ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং উ থাবা

ঙসিগী হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা থেংনরিবা মরু ওইবা সমস্যাদি মীশিং হেনগৎলকপা অমদি ইন্দষ্ট্রিশিংনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম মাংহল্লক্লিবা অসিনি। ঙসিগী শক্তম মাংশিল্লক্লিবা অসিগী মরু ওইবা মরম অহুমদি শ্বর হোননবা অশেংবা নুংশিৎ অনীশুবদা থক্লবা ঈশিং অমসুং চীঙ্গাক পুথোক্লিবা লৈবাক লৈহাওনি। মী য়াম্না কুংনা তাবা মফমশিংদদি নিনখোংবনা অমুক মরু ওইরক্লি।

ঙসিগী খুঙ্গং সহর অনীমক্তা শিজিন্নরীবা গাড়ীশিংনা থাদোরকপা মৈখু চাদা ৬০ না ঐখোয়গী নুংশিৎ শেংহন্দে। ইন্দষ্ট্রিদগী থোরকপা মৈখু চাদা ২০ দগী ৩০ ফাওবনা নুংশিৎ শেংহন্দে। খুদম অমা য়েংলবদি চাকা ২ পানবা গাড়ীথক্তনা পোলুটেন্ট চাদা ৬৯ পুথোকই। জীপ, কার, টেক্সিনা পোলুটেন্ট চাদা ২৪, বস-ট্রক্না পোলুটেন্ট চাদা ৪ গী মৈখু থাদোক্তুনা অকোয়বগী শক্তম্বু মোৎহল্লি। পৃথিবীগী ওইনা য়েংলুরবদি নোংমদা পোলুটেন্ট মেট্রিক টোন ২০০০/২০০০ থাদোকই। মরুওইনা কার্বোন মোনোক্সাইড হায়ড্রোকার্বোন নাইট্রোজেনগী ওক্সাইডশিং অমসুং নুংশিত্তা চাওদ্না লৈবা মচাকশিংনি। ঙসিদি গাড়ী অমদি ইন্দষ্ট্রিশিংদগী থোরকপা মৈখুশিংদা য়াওবা অপুনবা মচাকশিং (টিএসপি) অসি ৱার্ল্ড হেল্থ ওর্গেনাইজেসন (দব্লিউ ঐচ ও) না পীবা চাংদগী শরুক ৫ হেনখ্রে। অদুনা মীয়াম অসিগী অকোয়বগী শক্তম্বু হেন্না শোকহল্লি। থাও শুংবগী মিলদগী

পব্বার হাওসতগী থোরকপা সলফর ডাইওক্সাইডশিংনা শ্বর হোনবা রাহনবা, অমদি মিংকী লায়নাশিং নাহল্লি। খুংশেমগী হারদা য়াওবা হায়ড্রোজেন ক্লোরাইতনা শরুগী লায়না অমদি হকচাং চিকপা নাবগী লায়নাশিং লাকপগী মরম ওই। হিদাক লাংথক্কী ওটোমোবাইলগী ইন্দষ্ট্রিশিংদগী থোরকপা কারসেনোজিনিক হায়ড্রোকার্বোনশিংনা কেন্সর নাহন্নবগী মরম ওই। শিজিন্নরিবা গাড়ী, টেপ, রেডিও অমদি মাইক্কী অহৌবা মখোলনা ডেসিমেল ৬৫ দগী হেনখিবনা থম্মোয়গী লায়না ব্লড হায়পরটেন্সন অমসুং ব্রেনগী লায়নাশিং নারকপগী মরম ওই।

মথক্কী খুদোংথিবশিং অসিদগী খরচ তিংদনা কোক্কে হায়রবদি মালেম অসিগী হান্নদগী লৈরম্বা অমদি অনৌবা উমং-ব্রামং শেমগৎপনি। অদুবু লুরিবদি ভারতকী অপুনবা এরিয়া হেক্টর ৩২৯ গী মনুংদা এরিয়া মিলিয়ন ৭৫ খক্তনা ঙসিগী জঙ্গল ওইরি।

মালেমগী মীওইবা খুদিংমক্না তৌবা ঙমদবা লৈরক্ত্রবা মতম অসিদা খ্বাইদগী কিনরবা অমদি মীশিং হেনগৎলকপা অমদি কলকরখানা কয়াদগী থাদোরকপা অকিবা ফংলবা কেমিকেল কয়াগী মৈখুশিংনা মালেম অসিগী খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইজরিবা পোৎলম অহুম লিথোসফিয়ার, হায়ড্রোসফিয়ার অমসুং এটমোসফিয়ারদা অচৌবা শিংনবা অমা লাক্লিবসিনী। তশেংনা হায়রবদি অশেংবা ঐখোয়গী শক্তম অমগীদমক অশেংবা নুংশিং, অশেংবা ঈশিং অমসুং অঙৌবা অকোয়বগী শক্তম অসি লৈতবা য়াদে। অদুবু ঙসিদি হায়রিবা শক্তম অসি লৈতবা য়াদে। অদুবু ঙসিদি হায়রিবা শক্তম অসিদি ঐখোয়দগী য়াম্না থাপ্লা লৈখীবগুম তৌরি। খুদম ওইনা পেট্রোল ডিজলনচিংবনা চেনবা গাড়ী অং[illegible]না দিল্লিদা চেল্লি। পৃথিবীগী ওইনা য়েংলুরবদি দিল্লিনা খ্বাইদগী হেন্না পোলুটেন্টস পীথোক্নি। নোংমদা পোলুটেন্টস মেট্রিক টোন ২০০০ দি চাং নাইনা থাদোরকই। শিজিন্নরিবা গাড়ীশিংদগী থাদোরকপা মরু ওইবা পোলুটেন্টশিংদি কার্বোন ডাই-ওক্সাইড, হায়ড্রোকার্বোন অমসুং নাইট্রোজেনগী ওক্সাইডনচিংবনি। ময়াম অসিনা মীওইবগী সমাজদা অচৌবা অৱাবা কয়া পীররি। মসিকোক্রবগীদমক উপাই থিরকপদা ফংলবা পোৎশক অদুদি উ-পাম্বীশিংনি।

মরম অদুনা ঙসিদি বন মহাসোব হায়দুনা পৃথিবি গী অমদি ভারতকী মফম খুদিংমক্তা উ-থাবগী নিয়ম অমা পাকতক্না চত্থরক্লি। অদুবু লুরিবদি বন মহাসোবকা মরি লৈননা থাগদবা উ-পাম্বীশিং করম্বা মশা মউ কনবা, মশা মরেং কয়াগী মনা কয়ানা নুংশিত্তা য়াওবা পোলুটেন্টস কয়া চুপশিল্লি। মনা অপাকপ , মতু চোম্বা,য়েরুম মওং মানবা অথোৎপা উনাশিংনা নুংশিত্তা য়াওবা উফুল কয়ামুক চুপশিল্লি। উনাগী পেতাল অমসুং মতুশিংনা অহৌবা খোঞ্জেল কয়ামুক ফা[illegible]নবা ঙমই। মরম অসিনা উ থাবা মতমদা মহৌশাগী ওইবা শক্তমদা কান্নগদবা অমদি সরক্তগী কয়াম লাপ্পা থাগদগে হায়বদু থনবা

তাই। বন মহাসোবকা মরি লৈননা সরক্কি নাকন্দা উ থাবগী চংনবী অসি তৌনৈ। সরক নাকন্দা উ থারবদি সরক্তা চেল্লিবা গাড়ীশিংগী অয়াংবগী চাং য়েংবা দরকার লৈ। য়াম্না য়াঙনা চেনবা গাড়ী চংপা লম্বীশিংদা উ থারবদি সরক্তগী মিটর ১৮ দগী ৩০ ফাওবা লাপ্পা মফমদা মিটর ১৩.৫ থাংবা উ থাবা তাই। মতাং অসিদা ঙসিদি বন মহাসোব ভেগা মরি লৈননা পাংথোক্লিবা উ থাবগী থৌরম অসিদা ত্রাফিক লেন্দগী য়ামদ্রবদা মিটর ১৫ পাকপা অমসুং ত্রাফিক লেন্দগী মিটর ৬তগী ১৫ ফাওবা থাপ্পা মফমশিংদা নিংথিনা অশংবা পার্ক শেম্বগী দরকার লৈ। ত্রাফিক মনাক্তদি মিটর ৪.৫ দগী ৯ ফাওবা থাংবা উ থাগদবনি।

মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি সরকার অসিনা করি করি তৌরীবগে হায়বসিনি। ভারত সরকারগীদি মরুওইনা ইনবাইরনমেন্তগী ইলিমেন্ট অহুমদা য়ুমফম ওইবা নুংশিৎ, অমদি লৈবাক লৈহাওগী মরমদা নিয়ম খরা শেমলে।

- ঈশিং মোৎশিল্লকপা থিংনবা নিয়ম ৱাটর এক্ট ১৯৮১ এমেন্দেড ১৯৮৮
- ইনভাইরোনমেন্তেল প্রোতেক্সন এক্ট ১৯৮৬
- মোটোর ভিহকল এক্ট ১৯৩৮ এমেন্দেড ১৯৮৮
- ফোরেষ্ট অমসুং লমলক্কী শা উচেক কনবগী এক্ট ১৯৮৫

থবক্তা ওহোকপা দরকার ওইরে॥

## মালেমগী মরুওইবা লনথুমশিং

- ঙসি ফাওবা মালেমদা হৌরিবা অশঙবা পাম্বী মশিং ৩,০০০০০ নি।
- তিল কাংশিং অপিকপা জিবশিং (Insect) মশিং ৮,০০০০০ গী মনুংদা মশক খঙলবা তিল ককাঙশিং মশিং ৫৩,৪৩০ নি।
- থরোই কোঙ্গ্রেং হায়বদি মলসক (Molluscs) মশিং ৫০৫০ নি।
- ঈশিংদা লৈবা অমসুং মতম খরখক্তং কংফালদা লৈবা ঙম্বা অপুনবা মশিং ২৩,০০০গী মনুংদা ঙা মশিং ২৫৪৬ কী মশক খংবা ঙমখ্রে।
- উচেক অপুনবা মশিং ৯,৯০০গী মনুংদা ১২২৮ দি মশক মমিং খংবা ঙমলে।
- মবুক্লা শিৎলগা চংপা রেপতাইলগী মশিং ৬৫০০গী মনুংদা ৪৫৬ মশক মমিং খংনরে।
- মখোম থকপা মতু হৌবা মমালিয়াগী কাংলুপ্তগী মশিং ৪,১০০ গী মনুংদা ৩৭২ মশক খংলে।
- বেক্তরিয়া মশিং ২৬৬৪, ফঙ্গস মশিং ২৩,০০০ অলগি মশিং ২৫,০০০

লাইকেন মশিং ১,৬০০ নি।

- ব্রাইওফাইত মশিং ২৬৬৪, টেরিওডোফাইট ১,০২২ মাইক্রোব মশিং খর, চপ চাবা খংদ্রি।
- লৈ শাংগা পাম্বী ১৫,০০০, গী জেনস ২,২৫০ দগী ফেম্নিলি ৩১৫ দি মশক খংবা ওমলে।

মালেমগী অপুনবা স্পেসিমেন্ট ৪৫,০০০ গী মনুংদা চাদা ১২দি মালেমগী য়াম্না মমল য়ান্নবা অমসুং কান্নরবা লন ওইরি। অদুগা চাদা ৩৩ না ইন্দমিক ওই। অমরোমদা হিংবদা শিজিন্নরিবা ওক্সিজেন্ট অসি মথক্কী লনশিং অসিনা পীরিবনি কাওফদে।

মালেমগী অসিগুম্বা মরুওইবা লনশিং অসি কুপ্না য়েংলুরবদি স্পেসিমেন্ট ২৮,০০০ মাংখিবা থেংনবদগী হৌজিকমক নোংমদা স্পেসিমেন্ট চাদা ৭৫ মাংবগী খুদম ফংনরে। অসুম্না মাংশিল্লকপগী চংনবী অসিনা লেপ্তুনা চংথরক্লিবদি মালেম অসিগী খ্বাইদগী চাওনা অমদি চাওখৎনা হিংজরিবা মীওইবগী খুন্নাই অসিবু মাংশিল্লকপা য়াবগী অকিবা লাক্লি। অসিগুম্বা অঙকপা অকিবা অসিদগী কনগে হায়রবদি মীপুম খুদিংনা মালেমগগী লনথুম অমদি মাগী অকোয়বগী ফিভম অসি নিংথিনা ঙাকপীবা দরকার ওই।

মালেমদা লৈরিবা অহিংবা জিবা খুদিংমক ইনভাইরোনমেন্টকী ইলিমেন্ট ঙাক্তনি। মীওইবগী সমাজ কান্নবগীদমক্তা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম কনবা তাই। মলেমগী অশঙবা অমদি অহিংবা জিবা খুদিংমক ঐখোয়গী শেংলবা মরুপনি।

## রিমোট সেন্সিং অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

*রিমোট* সেন্সিং তশেংনমক লমদম অসিগী মীয়াম্না হান্নদগী হৌনা পাম্নরক্লিবা থৌরাং অমনি। মরমদি লৈবাক অমগী নত্রগা করিগুম্বা অকক্নবা মফম অমগী মহৌশাগী ওইবা পোখোকশিং অমদি মফম অদুগী অকোয়বগী শক্তম্মু মশক তাকপা অমদি মহৌশাগী খল কায়হন্দনা থম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা থৌরাং অমনি। অমরোমদনা জাতি অমগী নত্রগা মফম অদুগী মহৌশাগী ওইবা শক্তম কয়া মাঙ তাকনিংঙাই ওইবা অমদি অকিবা থৌদোক কয়া খুদম ওইনা, ঈশিং ঈচাও, ইকং থোকপা খঙহৌদনা নোংলৈ নুংশিং তৌবা, মৈগী চীং পোকখাইবা, য়ুহার হাবনচিংবা কয়াবু মেপিং তৌবা অমদি থোক্লকপা য়াবা অকিবা থৌদোক কয়াবু সেটলাইটকী মতেংনা মশক খঙদৌকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা টেক্নোলোজিগী খুদোল অমনি।

ভারতকী অৱাং-নোংপোক থংবা লমদমগী নেচরেল রিছোর্সতি অতে লমদমশিংদগী ব্রাত্তে হায়বা য়াই। মরম অসিনা লমদম অসিগী নেচরেল রিছোর্সশিং অসিবু

মরম চানা শিজিন্নদুনা লমদম অসিগী এগ্রো-ইন্দষ্ট্রিদা যুম্ফম ওইবা থৌরাং কয়া পায়খত্তুনা লমদম অসিগী হুন্না নুংশিংকা চান্ননা হৌজরিবা হিদাকশিংগী মনা মশিং পুন্নমকপু নিংথিনা য়োকখত্তুনা লমদম অসিগী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎলক্লগনি হায়বসি মীয়ামগী থাজবনি।

অমরোমদনা, রাজ্য অসিগী বিজ্ঞানগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্লা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি অমসুং ইনব ইরোনমেন্ত কাউন্সিলগী মোত্তি করিনো হায়বসি রাহং অমনি। নিংশিংব্রা য়াবদি, রাজ্য অসিগী অমদি লমদম অসিগী মহৌশাগী ওইবা শক্তমগী নেচরেল রিছোর্সশিংবু বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শেমগৎতুনা অমদি লমদম অসিগী মীওইবা সমাজগী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা হোৎনবনা মহৌশাগী খল কাইদনা থম্নবগী মিৎয়েংদা রাজ্যসিদসু ইংশোক ১৯৮৭দা রিমোট সেন্সিং সেন্টর হাংখিবসিমক য়াম্না অর্থ লৈবনি। সেন্টর অসিগী শক্তমদি ইংশোক ১৯৯৬ কী জনুৱারীদগী সেন্টর অসি তোঙানবা ওটোনোমস বোডি ওইখ্রে। লোয়নননা সেন্টর অসিগী সেটলাইটকী মতেংনা অহাঙবা শুন্দ্রংদগী মখারোমদা লমদম অসিগী মরুওইবা তোঙান-তোঙানবা মফম কয়া য়েংশিন্দুনা য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইবা রিছর্স কয়া পায়খৎলকপদা লমদম অসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবা থবক ফংজদ্রিবশিংদা অমদি স্কুল-কলেজশিংগী সাইন্স সেন্টরশিংগী খুথাংদা ছাত্রশিংদা নিংথিনা রিমোট সেন্সিংগী রাহম্বোক অমদি মরু ওইবশিংগী শিক্ষা পীদুনা মোরেল মাংথরক্লিবা ছাত্রশিংবু মোতিভেৎ তৌবগী মতম য়ৌরে হায়বসি মীয়ামগী মোতনি॥

## ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী চীঙ্গাকশিং

*চীঙ্গাক* হাযবসি মালেমগী অহিংবা জীবশিংগী হিঙনবগী অচৌবা মচাকশিংগী মনুংদা অহুমশুবা থাক্তা লৈবা পোৎ অমনি, চীঙ্গাকপু লৈত্রবদি জীবশিংনা কুইনা হিঙবগী রা লৈরম্লোই। অসিগুম্না অহিংবা জীবশিংগী মনুংদসু মরু ওইনা চীঙ্গাক্কী হৌরকফমদি পান্নশিংনা ওই। মরম অসিনা কদিগুম্না মফম অমদা অহিংবা জীবশিং লৈবা য়াগদ্রা হাযবগী রাহং লাক্লবদি পান্বী কয়াম হৌবা ওন্নলগে হায়বা লৈ? পৃথিবীগী মীশিংনা মিলিয়ন দগী বিলিয়ন্দা হেনগৎলকপনা মালমদা লৈরম লৈবক্তবগী অকিবা কয়া লৈরকপদগী পৃথিবীগী বিজ্ঞানিক কয়ানা অতোপ্পা গ্রহশিংদা অহিংবা জীবশিং মী য়াওনা লৈবা য়াগদ্রা হায়বগী থিজিনবা হৌখ্রে। ভেনসকী লৈমায়দা দিগ্রী সেলস্যস ৪৮০° শাবা এসিদকী মবালশিংনা কুপশিনবা থেঙনৈ ঙম্বনা মোত্ত পীনরি অদুগা মার্স অমদি সর্তন গ্রহশিংদা মীথেনগী চাং য়াম্না য়াওবা অশেংবা ওক্সিজেনগী চাংনা হন্থনা লৈজরদসু অপীক-অপীকপা জীবশিং অমদি ব্লু-অলগিশিং লৈবা থেংনৈ হাযনা অখণ্ড-অহৈশিংনা মোত্ত কয়া পীরি।

মালেমগী অহিংবা জীবশিংনা নীওথিনা নুংঙাইনা হিঙনবগীদমক চীঞ্জাক দরকার ওই। চীঞ্জাক খুদিংমক মালেম অসিগী পান্থীশিংদগী ফংঙ্ভী, মসিসু পান্থী অদুনা মীওইবগীদমক হান্না শুংদোক্তুনা থম্বীরবনি। লৈবাক্তগী হৌরকপা পান্থীশিংনা নুংশিৎতা য়াওবা কার্বোন ডাইওক্সাইড ফাজিন্নগা লৈবাক্তগী ঈশিং চুপখৎচরগা নুংশা মঙালদা পান্থী মশাগী মরু ওইবা চীঞ্জাক অমদি মীওইবগী মরু ওইবা কার্বোন হাইড্রেট অমদি গ্লুকোজ শুংনা শুংনা মীওবগী শ্বর হোনবগী অশেংবা ওক্সিজেন পীথোক্তুনা হিংহল্লি। অসুম্না পান্থী মশানা শুংজবা চীঞ্জাক চারগা মশা মতোমতা তপ্না তপ্না চাউখৎলক্তুনা মপুং-মরৈ ফারবা পান্থী অমা ওইরকই। মপুং-মরৈ ফারবা পান্থীশিংনা ওক্সিজেনগী চাং য়াম্না পীথোকই।

মালেমগী অহিংবা জীবশিং পুম্নমক্কী চীঞ্জাকশিং পান্থীদগী ওইরবসু জীবশিংগী মথৌ মওংশিং খেন্নবগী মতুং ইন্না চীঞ্জাকশিং চাবগী মওংসু মান্নদে। কাঙলুপ মান্নজবা মীওইবগী মরক্তফাওবা কাঙলুপ অমগা অমগা মান্নদবা য়াওই। মীশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না অহেনবা চীঞ্জাক দরকার ওইরকপনা মীয়াম অসিনসু অহেননা চীঞ্জাকশিং পুথোক্লবা হোৎনরকপা তাবনি। মতাঙ অসিদনি ঐখোয়গী চীঞ্জাক শেংলক্তবগী ৱাফম নৈনরক্লিবা! মসিগী মরু ওইবা মরমদি বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজি কয়াগী কেমিকেলশিং য়াওবা রসাইলগী হার মখল কয়া পান্থীশিংদা হাপচিন্দুনা চীঞ্জাক্কী মগুণ হন্থহনবতা নত্তনা চারুবা মীওই চা কয়াদা অঙকপা অকিবা লায়না কয়া নাহনবা অনৌবা নত্তে। রসাইলগী হারশিং য়াওনা হৌরকপা পান্থী খুদিংদা মতিক চানা হারশিংদা য়াওরকপা কেমিকেলশিং চারুবদগী মীওইবগী হকচাংদা অঙকপা মখল কয়াগী লায়নাশিং নারকপা য়াওই। মচন শুনা য়াওবা চীঞ্জাকশিংদা প্রোতিন, ফেট, ভিতামিন অমদি মিনরেলশিংগী চাং অদুমক য়াওজে। মচলশিং অসিমক্লা তোঙান-তোঙানবা লায়নাশিংদগী ঙাকথোক্তুনা থম্মী অমসুং মচলশিংগী মরক্তগী অহেনবা অমসুং অৱাৎপা লৈরবসু লায়না অমা নত্রগা অমনা নারকপা য়াওই। জাতি অমগী চাওখৎপা অমদি থৌনা হায়বসি মাগী নেচরেল রিছোর্সকী মখা পোল্লি। মসিসু অমুক জাতি অদুগী মখা পোল্লি। মরমদি অফনা অশেংবা খাওনা খন্নবগীদমক হকচাং ফবা দরকার ওই, হকচাং ফনা থম্নবগীদমক অফবা চীঞ্জাক চানা তাই। অদুবু ভারতকী মীশিং অপুনবা চাম্মগী মনুংদা ৭০ দি অফবা চীঞ্জাক চাবা ফংদে। লোয়ননা মালন্যুত্রিসন থোক্তুনা চহী অমদা অঙাং চা কয়া শিনি।

চীঞ্জাক্লা মীওইবদা মখল কয়াগী পাঙ্গল শক্তি পীদুনা হকচাংগী মথৌ কয়া তৌহল্লি। হকচাংগী তোঙান-তোঙানবা মথৌশিং তৌবগী শক্তি পাঙ্গল পীবনা ফম্না চেননা চোংবা অমদি থবক শুবনচিংবা ঙমহল্লি। খুদম ওইনা মী অমনা ফম্বদা ইনর্জি কিলোরি ১০০, তপ্না চৎপদা ২০০ কম্না চৎপদা ৬০০ অদুগা ঈরোয়বা মতমদনা ইনর্জি কিলোরি ৪০০ দগী ৭০০ ফাওবা দরকার ওই। মসিগী চাং পুম্নমক চীঞ্জাক্লা পীবা ঙাক্তনি। অদুবু কনা ফম্না

খরদি মরুওইবা চীঞ্জাকশিং অসি শা-ঙা খক্তা ওইনা চাবসু য়াওই। শা-ঙাশিংগী চীঞ্জাক্তি পাম্বীশিংনা ওইরি। অদুবু মীওইবগী য়াম্না তোয়না চান-থক্লরিবা চা-কোফি, শিং, য়াইঙং, চেঙ-হন্নাই অমদি শা-ঙাশিংদা কেমিকেলশিং ফ্লোরাইদ , লিদ, কেডমিয়ম অমসুং তিন য়াওই। অদুবু উহৈ-ৱাহৈশিং অমদি মনা-মশিংদদি কেমিকেলগী চাংশিং খরমখৈদি হ্রাংনা য়াওই। হৌজিক্তি খুৎশেমগী হারশিং হাপচিন্দুনা ঐখোয়গী চীঞ্জাক্তা কেমিকেল হেন্না য়াওহল্লি। অসিদসু নত্তনা কারবার তৌবশিংনা শেন্দোং হেন্না ফংনবগীদমক অশেংবা চীঞ্জাকশিংদা পোৎয়ান কয়া য়ানশিন্দুনা অমুক শেংহন্দে। মদুদি, য়াইঙং মসলাদা লিডক্রোমেত হাপচিন্দুনা মচু ফজহল্লি। মীবু পামহল্লি।

নাকল অমরোমদনা, মীওইবনা চানরিবা ইঞ্জাং-নাপী, ফৌ-গেহুনচিংবা কয়াদা চাইরিবা রসাইলগী হারশিংদা য়াওরিবা কেমিকেলশিং অসি লেম্না অমত্তা মাঙখিবা লৈতে। মীঙোন্দা শোকহন্দবা বাইওফর্তিলাইজর শক্তি ষনয়ুংগী হারদি শিজিন্নবগী চাং য়াম্না ৱাংলি। মরম অদুনা চীঞ্জাক্তা য়াওখিবা কেমিকেলশিংনা হকচাং অসুক্কী মতিক শোকহল্লি হায়বসি পুম্নমক্না খঙফম থোকপনি অদুবু খঙশিন্নদে। মনা-মশিংদা য়াওবা কেমিকেলশিং অসি মনা-মশিংদগী লৌথোক্কে হায়বা তারবদি পাম্বীদগী হেক্কবা মতুংদা চয়োল ১৩ দি থম্ব! তাবনি অদুবু অতেকপা মনা-মশিংবু মতম কুইনা থম্লবদি শিজিন্নবা য়াদে পৎতুনা মাঙখি। অদুবু ঙসিদি কেমিকেলশিং য়াওবা মনা-মশিং অয়াম্বা ইশ্বোলদগী হেক্কগা নৎত্রগা কৈথেলদগী লৈদুনা চানে। চরবা মতুং চায়োল ২/৩ গী মতুংদা হকচাংগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা চীকপা নাবা অপোম-অতঙ থোরকপা অমদি ঈ পুরিবা শিংলি উতোংশিং ফুনজিনবা চাথৎপা থুগাইবনচিংবা থোক্তুনা শ্বর হোনবদা অমদি ঈগী ঈচেল লেপহন্দুনা নাকপাক শিথবা শ্বর ফুনগৎপা খোঙ-খুৎ মতেক মতেক চীকপা নাবা তোয়না থোকই। মখল কয়াগী লায়নাশিং নারকপগী মরমশিং অসি শিজিন্নরিবা চাক-ইঞ্জাং অমদি অতোপ্পা অচাপোৎশিং হাপনরিবা ষ্টিলগী পাত্রশিংদগী য়াওরকপা ক্রোমিয়ম কৌবা লংখৎহল্লিবা ইলিমেন্ট অদুনসু চীঞ্জাক্তা য়াওরকপদগী ওইহল্লি। উখোঙ ফম্বী, লুকমায় ফম্বী অমদি লম্বীগী নাকলদা অহাঙবদা হোটেল ফম্বীশিংনা য়োনবা শিংজু-বোরা, কাংহৌনচিংবা য়োম্বা খবরগী চেশিংদগী কার্বোনগী মুক অমদি ময়েক শারিবা মিশিগী চাং খরদি মীয়াম্না মরু ওইনা নহা-পাখঙ-লৈশাবী কয়ানা নুংত্তিগী চানশিনবতা নত্তনা লম্বী-সরক্তা চেল্লিবা গাড়ীশিংদগী থোরকপা মৈখুশিং পাইশিল্লতুনা অচাপোৎশিংদা নপশিল্লিবা ময়াম তোয়না চাশিনবনা হকচাংগী লু-তাং চীকপা নাবা থোকহল্লিবসি ফবা ঙম্লোই। ঙহাক্কী ওইনা ফনবা হিদাক চাবা নৎত্রগা কাপ্পা তৌজরবসু ফবা ঙমদে মফম হোংহনবগী ৱানি। নোংমা-নীনি ফজরবসু মতম খরগী মতুংদা অতোপ্পা মফমদা অমুক নারক্কনি। কুইশিল্লকগা গাউথ ফাওবা ওইরকপা য়াবগী অকিবা লৈ। চীঞ্জাক্তা হান্না য়াওজবা পোলুটে

টশিং খরা পল্লবদি-সোলানাইন, গোশিপোল, ওক্সালিক এসিদ অমসুং য়ুরিক এসিদনি। অদুগা ঐখোয়না শিজিন্নরিবা থাউ নত্রগা ঘী অর্জিমোন, ত্রাইকোসাইল ফোসফেট অমদি তল-বতরনচিংবা শাবদা শিজিন্নরিবা হাইড্রোজেননেটেট ওইল হায়না খঙনবা বনসপতিগী থাউ অমদি হঙ্গাম থাউ অঙৌবনচিংবা শিজিন্নবনসু চীঞ্জাক শেংলক্তবগী মরম ওই। মরম অসিনা চীঞ্জাক্কী পোলুটেন্টশিং মশক খঙদোকপগী তঙাইফদবা লৈরে। খুদম ওইনা হকচাংদা ফ্লোরাইদকী চাং য়াম্না য়াওরবদি কেলসিয়ম অমদি ভিতামিন সি য়াওবা চীঞ্জাক চাবা দরকার লৈবগা লোয়ননা শিং য়াইঙংগী চাং হম্থনা চাবা তাবনি।

মীওইবগী হকচাংদা য়াওবা ঈ গ্রাম ১০০ খুদিংগী মিশি মাইক্রো গ্রাম ৪০ গী মথক্তা য়াওই। য়াইঙংদা য়াওবা লিডক্রোমেটনা হকচাং চীকপা নাবদা নত্তনা থম্মোয়গী লায়নাশিং নাহল্লি। হকচাং মনুংদা কেডমিয়মগী চাং য়াম্না য়াওরবদি কেলসিয়মগী চাং হম্থহন্দুনা শরূ থোৎহনবগী লায়না *ওস্তিমালসিয়া* নাহল্লি। মমৈথংদা ***ইতাই ইতাই*** কৌবা লু-তাং চীকপা ওইরকই। অসুম তৌরক্লবদি ভিতামিন সি য়াওবা অশীনবা পোৎ চানে। ঘী-থাউ, জাম আচার অমদি উহৈ-ৱাহৈ, মনা-মশিং কয়ামুক তিন্না শাবা পাত্রশিংদা হাপ্তুনা কৈথেলদা অমদি য়ুম-য়ুমদা মতম কুইনা লীদুনা থম্মী, মসিনা চীঞ্জাকশিং অদুবু এসিদতা ওন্থোকই। অঙ্গুর মহী, কিহোম, চম্প্রা অমদি কমলা অমদি অতোপ্পা উহৈ-ৱাহৈশিংবু মতম কুইনা তিনগী কৌতাদা হাপ্তুনা থম্লবদি মখুম হেক হাংলুবদা কৌতা অদুগী মনুংদা য়াওরিবা মহী অদুগা মপানগী নুংশিৎকা থেংনবদা কৌতাগী শরুক খরদি হৈ মহী অদুনা তুম্নবা হোৎনৈ। অমদি মহী অদুদা কেমিকেল য়াওরকই। মরম অদুননি হৈ মহী অয়াম্বা লিক্লিগী পাত্র ওইনা শিজিন্নরিবসি। অদুবু লিপশিপ, পেপশি, কোকা কোলাগুম্বা খরদি তিনগী পাত্রদা অদুমক হাপ্পা য়াওরি। অদুবু চা কোফিগুম্বশিংদা চেগী নত্রগা প্লাষ্টিক্কী পেকেট শেমদুনা থম্নে। অসুম্না ঙসিগী ইনবাইরোনমেন্ত অসিদা শিজিন্নরিবা চীঞ্জাকশিংদা কেমিকেলশিং য়াওরকপদগী নিংথিনা খন্দোক্তুনা অশেংবা চীঞ্জাক্কীদমক অশেংবা ইনবাইরোনমেন্ত শেম্বা তঙাইফদে।।

ঙসিগী চানরিবা চীঞ্জাক্তা য়াওবা মরুওইবা টোক্সিক খরা পল্লবদি সোলানিন, গোসিপোল ওক্সালিক এসিদ অমসুং য়ুরিক এসিদনি। সোলানিন হায়বসি চানরিবা চীঞ্জাক অয়াম্বদা য়াওবা টোক্সিক অমনি। মখল অসি অলুদা য়াওরবদি ব্লেক স্পোৎকৌবা লায়না নাহল্লি। অলুদা সোলানিন টোক্সিক পি-পি-এম ৪০০ দগী ৫০০ ফাওবা য়াওরবদি চরুবা মীশিংদা পুক, চাকখাও নাবা অমসুং খোঙ হাম্বগী লায়নাশিং নাহল্লি। গোসিপোলগী টোক্সিক মখল অসিদি চীঞ্জাক্তা য়াওবা প্রোতিনগা ফেনোলগা পুল্লগা শেম্বা কম্পাউন্ড অমনি। টোক্সিক মখল অসি মরু ওইনা মী, ওক, য়াও, য়েন অমসুং ঙাশিংদা য়াম্না তোয়না থেংনৈ। অদুবু শজিক শাইদুনা চাবা শাইগুপ শাইবা শা-যন ইরোয়নচিংবদদি টোক্সিক মখল অসি য়াওদে। ওক্সলিক

এসিদ মখল অসিদি মরুওইনা হৱাই চনাদা মিলিগ্রাম ১৮০ য়াওই। ইস্লাংদা থাক্লরিবা তিলহৌদা মিলিগ্রাম ৪০৭ য়াওবনা তিলহৌ শোয়বদা এসিদ মখল অসিনা মিৎত্র য়েংবদা পি অবা থোকহল্লি। মসিগী মরমদি মিৎকী রেত্তিনাদা য়াওবা মঙানগী শক্তি শিজিন্নবগা অেঙান-তোঙানবা মচু খং দাকপা ওমহল্লিবা রোদ অমসুং কোনবু টৌক্সিক অসিনা তুমহন্দুনা মিৎ উবা ওন্নগী শক্তি হন্থহল্লি। মখল অসি রোদতা হেন্না শোকহনবনা অহলশিংনা অরাপ্পদা লৈবা পোৎশিংবু তশেংনা উবা ঙমহল্লক্তে।

অমরোমদনা, থাও ঙৌবদা থোকপা মৈখুনা ফেক্টরি অমসুং ইন্দষ্ট্রিদগী থোরকপা মৈখুদগী হেন্না থুনা মীওইবদা শোকহল্লি। থাওগী মৈখূনা শ্বর হোনবগী অমদি থবোক্সীদা নুংশিৎ থাদোক থাজিন তৌবা থিংদুনা শ্বর হোনবদা অথিংবা পি। হৈগ্রন্দা টৌক্সিক মখল অসি মিলিগ্রাম ২৯৬ য়াওই অদুনা ওগানিক টৌক্সিকেন্ট য়াওবা চীঞ্জাক চারবদি এসিদ ক্রাম্প অমসুং *হিমোহিলি* কৌবা লায়নাশিং থোকহনবদা নত্তনা শিবা ফাওবা য়াই। মসিদসু নত্তনা টৌক্সিক অসিনা কিডনিদা নুং ওইরকপগী অকিবসু লৈ। খুদম ওইনা রাজস্থানগী মফম অয়াম্বদা কিডনিগী নুং অয়াম্বা টৌক্সিক মখল অসিদগীনি হায়রি। ঐখোয়না অয়াম্বা মতমদা চানরিবা হঙ্গাম থাউ দা য়ুরিক এসিদকী টৌক্সিক য়াম্না য়াওই। মসিনা থাউ ঙৌবদা হাগৎপনচিংবা থোকহন্দুনা শ্বর হোনবগী উতোং ফুনজিনবা থোকহল্লি। মরম অসিনা মীওইবগী হকচাং শোকহনবা টৌক্সিকেন্টশিংবু তেঙান্না খন্দোক্তুনা অনৌবা ইনবাইরোনমেন্ত অমা শাগৎপা হায়বসিনা মীয়ামগী অফবা ওইগনি॥

## মীনা মাঙহনবা ইনবাইরোনমেন্ত মীনা কনফম থোকই

*মণিপুরগী* অপুনবা পাক চাওবা বর্গ কিলোমিটর ২২,৩২৭ অসিগী মনুংদা বর্গ কিলোমিটর১৮০০ না তম্পাক্কী শরুক ওই। অসিগুম্বা তম্পাক্কী মফম অসিবু চীংলোন কয়ামুক্লা কোয়শিন্দুনা থম্মী। চীঙলোনশিংগী ৱাংমদা জিরিবামগী তম্পাক্কী পাক চাওবনা বর্গ কিলোমিটর ২৫০ নি। লমদম অসিগী অপুনবা পাক চাউবগী শরুক তরাথোকপগী মনুংদা শুপ্লগী অমখক্তং চাওবা তম্পাক্কী মফমশিংদা লমদম অসিগী মীয়াম পুম্নমক খুন্দা-লৈতাদুনা হিঙনবা হোৎনৈ। পীকখ্রবা শরুক অসিদা চহী খুদিংগী মীগী মশিং হেনগৎলকপা লেপত্রি। হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিগী নুংঙাইনা অমদি অৱাৎ-অপা লৈত্তনা হিঙবা য়ানবা থৌরাং অমত্তা য়াওদে। মীয়ামগী চৎনবা য়াগদবা আইন অমা চপ চানা লৈতবগুম তৌরি।সিনেমা টিকেৎ ঈন্নবগুম অফং-অফংবা লৌনবী খোপচিন্নবীগী চৎনবী হেনগৎলক্লি। মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী ফিভম ফংচিল্লক্তবনা মখল কয়াগী

লায়নাশিং নাৱগী চাং হেনগৎলক্লি। অদুবু লায়েংবগী খুদোংচাবদি তম্নগী মীওইশিংনা হেন্না ফংবগুম তৌবা, অসিদসু নত্তনা মহে তন্নগী লল্লোন-ইতিক্কী চৎথোক চৎশিন, ঈ-প্যাউ ফাওনবগী শান্নখোৎনবগী কলচরগী খুদোংচাবা অয়াম্বা তম্পাক্তনা অয়াম্বা ওইনা তৌবা অদুসু অমুক শহরদত্তা লৈহনরবগী চৎনবী অদুনসু ওইবা য়াই। অসিগুম্বা খুদোংচাবসি লৌনবা চেনশিন্নরকই তম্পাক্তা শহরদা। নীংতম্লবা ভারতনা লিশাং-শিংনা অৱাং-নোংপোক চিদাইদা চীঙলক্তা লৈবা লম্বী-থোঙ নিংথিনা লৈজদ্রিবা শেন-থুমগী ফিভম ফংদ্রিবা ভারতকী অপুনবা অৱাং-নোংপোকপুসু থৌশাবীরক্তবগুম মণিপুরগী লৈরকখিবা সরকারশিংনা হৌজিক ফাওবদা থৌশাবিদ্রি, তান্নবা চীঙনুং-মান্নুং, লোইয়া-তময়া, মনুং হনজিন্না খুন্দারিবশিংবু অমদি লমদম অদুগী মহৌশাগী ওইবা পোথোক কয়াবু। মফমশিং অদুগী হৱা-নুংশিং অমদি লৈহাওগা চানবা তোঙান-তোঙানবা এগ্রো-বেজ ইন্দস্ট্রিশিং লিংখৎপগী ৱা ঙসি ফাওবা খন্নদ্রি।

য়ামখৎলক্লিবা মীয়াম অসিদগী থোরকপা অমদি পৈশিল্লক্লিবা অমোৎ-অকায় কয়ানা ঈরম-নালা লম্বী ফাওবা ফুঞ্জিল্লকপা ঙসিদি অনৌবা নৎত্রে। হেনগৎলক্লিবা গাড়ীশিংদগী থোরকপা হূ চেল্লবা মৈখুনা নুংশিৎ শেংহল্লক্তবা কয়ানা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অকিবা ফংনা শোকচিল্লকপগী শক্তম ময়েক শেঙনা উনরে। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও (১৯৩৫ দগী ১৯৪৫) ফাওবদা লৈরম্বা মহৌশাগী ওইবা ফজরবা শক্তম অদু ঙসিদি মাঙখ্রে। মতম অদুগী চীঙ ,পাৎ-তুরেল, চহী চুপ্পা কংলা নাইদবা ঈফুৎ কয়া মতম অদুগী তুরেলশিং, শীং উজাউ অমদি ফৌ-চেঙ কয়া হিংগী মতেঙ লৌদুনা অচৌবা ঈচেলদা অচৌবা লম্বী ওইরম্বা পুম্নমক মাঙখ্রে। মতম অদুগী পুখ্রি, পাৎ, তুরেল কয়ামুক চহী চুপ্পা ঈশিং কংলমদে। হৌজিক্তি নোংজু থাদা ঈশিং ঈচাউ থোকপা নোং হেক হাংবগা ঈকং থোকপা পুম্নমক্লা খঙনরবনি। অদুগা নাকল অমরোমদা লোক্তাক প্রোজেক্টকী পোথোক ইলেকত্রিক্লা লমদম অসিগী য়ুমথোঙ খুদিং মৈনা চাক থোংলগনি ইলেকত্রিক্কী পোথোকশিংদগী ইন্দস্ট্রিশিং লিংদুনা নহারোলশিংদা থবক পীরগনি খল্লম্মী। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈরোমদা ঙসিদি লৌফম কয়া ঈশিং থুমজিন্দুনা লৈখ্রে। লোক্তাক্কী অকোয়বগী শক্তম ফাওবা মাঙশিল্লক্তুনা *তাউথবী* কৌবা ফৌ মখল (পাৎকী লমদা য়াম্না থানরম্বা) অদু ফাওবা মাঙশিল্লক্লি। পাৎ-তুরেলশিংদা মরাঙ কায়না ফংলম্বা মখল কয়াগী ঙা অয়াম্না মাঙখ্রে। লম্লক্কী শা-উচেক, পাম্বী কয়া মুৎশিল্লকপগী মওংদা চঙশিল্লক্লি। লমদম অসিগী মমিং লৈরবা শঙাই ফাওবা মুৎখ্রগনি হায়বগী অকিবা ফাওনরি। জীব কয়া লৈবা য়ারক্তবগী শক্তম অমা লাক্লিবা অসিনা মীওইবগী খুনাইদা অচৌবা অকিবগী চৈথেঙনি হায়বা য়ারে।

চীঙদা অচৌবা জঙ্গল কয়া য়াম্থৎপা, পামলৌ উৱা, লাম্মৈগী কারাম চাউবা

মৈনা চাকথোকপদগী চীঙমায় কয়াদি মন্ধ কোকখ্রে। অনৌবা পাকা লম্বী শেমজিনবগী মিংদা শীং-উ-উনিংশাগী কারবারদা মহৌশাগী চীঙমায় কয়া কোকথোকপগী হৈনবীশিং লৈরক্লি। অদুবু মণিপুরগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম কয়া কায়থরবসু লৈরিবা ফিভম অসিগা চুনবা মওংদা থবক খরদি পায়খৎফম থোকই। মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী ফিভম ফনা শোকচিন্নবসু হায়ড্রোলোজিকেল সাইকলগী মতুং ইন্না নোং চুবগী চাংদি হন্থরোই হায়বসু লৈ (প্রোফেসর রোবার্ত লীদ, কার্লিফোনিয়া য়ুনিভর্সিটি)। অদুবু নোং পুখৎকদবা ঈশিংনা মালেমদা লৈত্রবদি অরুবা ওই।

মতম অমদা লমদম অসিদা মমিং লৈরবা ফজরবা পাৎ-তুরেল কয়ামুক লৈরম্মী। অদুবু ঙসিদি অকক্লবা মশিং ২/৩দমক হিংদুনা লৈরি। মসিসু মুৎথিবা য়াবগী অকিবা লাক্লি। মণিপুরদা মমিং লৈরবা পাৎ কয়ামুক লৈরম্বশিংগী মনুংদা-কৈশামপাৎ, পোরোম্পাৎ, রাণীপাৎ, খোঙহাম্পাৎ, অকাম্পাৎ, লৌশীপাৎ পুম্নমক ঙসিদি মমিংদা ঙায়রে উফুল হৌফম ওইরে। মণিপুরগী মশক তাক্লিবা অব্রাং-নোংপোক লমদমগী খ্বাইদগী চাওবা ফ্রেস ব্রাটর লেখ হায়না খঙনরিবা মমিং লৈরবা লোক্তাক পাৎ ফাওবা ৱেত লেন্দ এরিয়া কৌরগনি হায়রি।(রামসার কনভেন্সেন:১৯৯০)

ভারতকী অব্রাং-নোংপোক থংবা মফম অয়াম্বদা ট্রোপিকেল ফোরেষ্টকী উমং-ৱামং মরাঙ কায়না লৈজে। মসিগী মনুংদসু মণিপুরনা অমুক হেল্লি। মফমশিং অসিদা মমল য়াম্লবা ফ্লোরা ফাউনাশিংবু নীংথিনা সাইন্টিফিক ওইনা য়োকখৎতুনা কলচর তৌবীরবদি লমদম অসিগী নেচরেল রিছোর্সশিংগী কান্নবশিং মীয়ামদা য়ৌহনবা ঙমগনি। মণিপুরদা অমদি অব্রাং-নোংপোক্কী লমশিংদা মেলেরিয়াদগী কন্নবগী পম্বীশিং, কেন্সরদগী কনবা ঙম্বা পম্বীশিং, ঈগী লায়নাদগী কনবা ঙম্বা পাম্বীশিং অমদি ঙসি ফাওবা হিদাক পুথোকপা ঙমদ্রিবা তমথিরবা লায়না এইদসতগী ফাওবা কনবা ঙম্বা পাম্বীশিংতা নত্তনা মখল কয়াগী কেমিকেলশিং অমদি আলকালিগী মচাক কয়ামুক লৈরে হায়রি। মরম অদুনা ঙসিগী ইনবাইরোনমেন্ত অসিদা তোয়না থোকপা ব্লদ প্রেসর ফাওবা থিংবা ঙম্বা রিছোর্সশিং মরাঙ কায়না লৈরবনি। তাঙ্গা অসিদা লমদম অসিগী মীপুম খুদিংনা ভাব তানা ঝুমিং কল্টিভেসনগী মহুত্তা এগ্রোবেজ ইন্দষ্ট্রিরোমদা মায় অমুক ওনশিনবগী মতম ওইরে। মতাঙ অসিদা সরকারগী মেছিনরিশিংগী পুকচেল শেংবা য়াম্না থুনা সাইন্টিফিক ওইবা প্রোজেক্টশিং পায়খৎপনা সরকারগী অচুম্বা থৌরাঙ ওইগনি অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত তসু কান্নগনি।

লমদম অসিগী হব্রা-নুংশিৎ, নোংজু নুংশাদি এগ্রো ইন্দষ্ট্রিগা চান্নগনি অদুনা শাইট্রোনেল্লা (নাপী মখল অমা), হাউনা (ই মখল অমা); কোমলা, চম্প্রা, কিংহোম, হৈখা, মালহৈ, চুমত্রেনচিংবা মখল কয়াগী উহৈশিংদা নত্তনা শিং, য়াইঙং, চা-কোফি

থাবক্নী থৌরাঙ পায়খৎপগা লোয়ননা পৃথিবীগী গ্রোভিনীদমক ফাওরিবা চেঙ্গুম থাবগী থৌরাঙশিং মথাঙ চহী খরদা অকাশ বিলদা মাঙ্গ্রবসু অনৌবা থৌরাঙ পায়খৎতুনা এরোমেতিক পাম্বীশিংগী নসরী শেমগৎতুনা অনৌবা অশংবা ইনবাইরোনমেন্ত অমা শেম্বনা হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিগী শেন-থুমগী থিজ্র খরদি শোয়দনা ফগৎকনি। শাইক্রোনেম্নাদগী শুংবা থাউগী কেইগী নাগালেন্দদা মায় শাকখ্রে। প্যাম্বী অসি পাকশন্না থাখ্রে। জাইওসকোরিয়া কৌবা পাম্বীদগী গ্রোপেজেরোল সিম্থেসিসকী হিদাক শুংনবা ত্রিপুরাদা পাক-শন্না থানখ্রে, মায় পাকখ্রে। মণিপুরগীদি কদায়? বাহং অসি লাকপাদা থবক ফংগ্রিবা নহারোল পুন্নমক, সংস্থান পুন্নমক মরু ওইনা সরকারগী বিভাগশিং ফোরেষ্ট, হোর্টিকলচর, এগ্রিকলচর, ইরিগেসন, সোইল কন্সার্বেসন, সেরিকলচর পুন্না চংমিন্নদুনা মীনা শোকহল্লিবা ইনবাইরোনমেন্ত অসি মীনা অমুক্তংদি কনফম থোক্কনি॥

## মণিপুরগী ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং মীয়াম অসিগী চৎনবী

ভারতকী অরাং-নোংপোক্কী চিদাইদা পীক্লা লেয়া লেতিচুদ দিগ্রী ২৩°-৮৩' নোর্থ অমসুং ২৫°-৬৮' নোর্থ লোঙ্গিচুদ দিগ্রী ৯৩°-০৩' ইষ্ট অমসুং ৯৪°-৭৮' ইষ্ট সমুদ্র ঈমায়দগী মিটর ৭৭৫ বাংনা লৈবা, অরাংদা নাগালেন্দ খাদা জিরিবাম নোংপোক্তা ব্রহ্মা অদুগা নোংচুপ্তা আসামনা কোয়শিন্দুনা থন্নিবা মণি পোকপী মণিপুর সনা লৈবাক হায়না খঙনে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি লমদম অসিগী নেচরেল রিছোর্সতগীনি।

চীঙনা ইকোয় কোয়শিল্লগা ময়ায়দা ঈপাক-পাক্লা তম্পাক্কী মফমশিংদা খুঙ্গং-শহর শেমদুনা লমদম অসিবু মশক ফজহল্লি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদগী লাকপা মীরম মচাশিংনা চীঙশাঙ কয়া ফাওদুনা লাক্লগা লৈরল্লিবা মহৌশাগী ওইবা শক্তম য়েংবদা পুক্লিং হূই। মণিপুর তম্পাক্কী লমদম অসিবু কোয়শিল্লিবা অশংবা চীঙশাঙগী পরেং পরেংনা নিংথিনা চেকশিন্না ঙাক্তুনা থম্মী। অদুবু মহৌশাগী ওইবা চীঙশাঙ পরেংগী নিংথিরবা জঙ্গলশিংবু য়াম্লুৎপিবদি তোকত্রি। অকুংবা জঙ্গলনা অশেংবা নুংশিং পীরি। অরাংবা চীঙশাঙ পরেংশিংনা অকনবা নোংলৈ নুংশিংতগী ঙাকথোকই। অমরোমদা অমুক লমদম অসিগী ফোরা ফাওনাশিং পৃথিবীদা মমিং চৎলি। অসিগুম্বা পোখোকশিং অসিগা চান্নবা হবা-নুংশিং লৈবাক-লৈহাও লমদম অসিদা লৈজে। মদুমক্তনা কৌরম্না ওইরম্বসু য়াই **সনা লৈবাক মণিপুর।**

লমদম অসিগী লৈবাক লৈহাওগী মওং অসিসু য়াম্না শাথিনা য়ুহার হাবনচিংবা থোক্কনবা নত্তে। লৈবাক নিকপা নোম্বা খরা তৌবগী হানি মসিবু *জিও প্লেটতেক্তোনিক*

মুভমেন্ট হায়না খঙনৈ। মওং অসিসু তিব্বেতিয়ান প্লেতকা ইন্দিয়ান প্লেতকা কন্না তক্ক বদগী থোকপা মখলনি। মসিনা য়াম্না কা হেন্না অমাঙ-অতা থোকহনবদি য়াওদ্রি। অকনবা নোংলৈ-নুংশিং চঙলকপা চীঙশাঙশিংনা থিংদুনা লমদম অসিগী অহিঙবা শা-ষন মরু ওইনা মীওইবগী সমাজদা অচৌবা কান্নবা পীরি। চীঙশাঙ পরেংশিংদা হৌরিবা মখল কয়াগী উমং-ঝামংশিংনা মীওইবগী শ্বর হোনবগী অশেংবা নুংশিং পীবগা লোয়ননা অহিঙবা জীবশিংগী চীঞ্জাকী বেঙ্ক ওইদুনা লাক্নি। লৈবাক লৈহাও মাঙহন্দে, উগী মচুম ফাজিন্দুনা থম্মী। কুমগী নোং চুরকপদা উগী মশা-মরেং উরাশিংনা ঈশিং চুপশিল্লগা চহী চুপ্পা তুরেল ওইনা চেলহন্দুনা শা-ষন অমদি মীওইবা খুনাইদা অচৌবা কান্নবা পীদুনা লাক্নি। অদুবু ঙসিদি মাঙহনবীরে চীঙশাঙ পরেংগী উমংশিং পামলৌ উশিনবা পাম য়ানবদগী লৈবাক লৈহাওশিং পুম্নমক চীংখক্তদা নত্তে তম্পাকী লৌবুক-লমহাঙশিং চীঙলৈবাক কয়া চেক্ষরক্তুনা তোঙখৎলকপদগী লৌউবা য়াদবা কয়া য়াওরে। খুংশেমগী হার যুরিয়া, ডি এ পি, ফোসফোরস, পোটাশ মখল কয়ানা থোংলবা লৈবাক লৈহাওশিং নুং-চেক্নুম্না কলহন্দুনা পাম্বী হৌবা ঙমহন্দে। মসিনা ইমুং-মনুংগী শেন-থুমগী ফিভম শোকহল্লি।

চীঙশাঙ পরেং-পরেংদা হৌরিবা অশংবা পাম্বী লিশিং লিশিংনা মীওইবগী চীঞ্জাক শুংঙি, মীওইবগী শ্বর হোনবগী অশেংবা নুংশিং ওক্সিজেন থাদোকই। অদুবু ঙসিদি অশংবা পাম্বী কয়া অঙকপা ফংনা য়াম্বৎলি। নোংমদা মী অমনা শ্বর হোনবদা ওক্সিজেন কিলোগ্রাম ১৬ চঙঙি। চাং অসি অমুক মশূং-মরৈ ফারবা পাম্বী ৫ না পীথোকই। ঙসিগী সোসাইতি অসিগী চৎনবীদি উ থাবা নত্তে উ য়ানবনি। উ য়াম্না য়াম্বৎলিবমখৈ অশেংবা নুংশিং লৈতবগী অব্বাবা লৈগনি। ঙসিসু উ য়ানবগী হৈনবী অসি খুদক্তগী তোকত্রবদি নোংমদি শোয়দনা ওক্সিজেনগী কম্পেনী লিংদুনা ক্যু লেপ্তুনা ওক্সিজেন লৈবা য়োনবগী ঝাফম লাক্তদৌরি। মরমদি হৌরিবা উগা চাওখৎলবা সমাজ অসিগী মী মশিংগা মীনা হেনখ্রে। জঙ্গল লৈত্রে। চীঙ-তম অনীমক্তা হৌজিক্তি ঈশিং ফংদবগী অব্বাবা লৈরে। গাড়ীদা ঈশিং হোনবদা অহিং তুমদে, অফবা মখলগী ঈশিংসু নত্তে। অসিগুম্বা ঈশিং অসি শিজিন্নরগা মখল কয়াগী লায়নাশিং নারক্তনি হোস্পিতালদা অনাবগী সমাজ লিংগনি, শেন-থুমগী ফিভম অঙকপা ফংনা শোকহনগনি। অসি ফাওবদা কনামত্তনা উ থাবগী ব্রা নিংশিংলুবা লৈতে। উগী কান্নবা, চীঙশাঙ পরেংশিংগী কান্নবগী ঝারী শানদে, উজাউ য়াম্বৎতুনা চেক্কী বিল্ডিং শাগৎলি। চেক্কী যুমদা অহিং তুম্বা য়াদে ঈশিং থিবা লাক্কই। ঐখোয়গী ঈশিং উমংদগীনি কনামত্তনা নিংশিংলুবা তৌদে, মখুৎতা সনাবুল, তেক, বালতিন পায়দুনা ঈশিং থিবা পরেং পরেং চৎপগী হৈনবী লাকই। অমরোমদনা ইকঙলবা তুরেল পুম্রি নালাশিংদা ঈশিং মচুম খরখক লৈবদু অমাং-অশোয় তৌশিল্লি ফত্ত-হৌদি

চামশিল্লি।

মণিপুরগী তুরেল মখল অনীদা নৈনবা য়াই-অহানবদা বরাক তুরেল অমসুং মণিপুর তম্পাক্কী তুরেলনি। তুরেলশিংগী ঈশিংগী হৌরকফম অসি চহীগী ওইনা হেক্টর মিলিয়ন মিটর ১,৮৪৮৭ ওইবা য়াইথ্যয়না পানরি। ইরঙ,মাক্রু অমদি তুবাই তুরেলশিংনা বরাক্তা তিল্লগা আসামদা চঙখি। মণিপুরগী তুরেলশিং ইম্ফাল, ইরিল, নম্বুল, নম্বোল, সেকমাই, খৌবাল অমসুং খুগানা অব্রাংথংবা চীঙশাঙদগী হৌরক্লগা খা পাংনা চেল্থখিবনা ব্রহ্মারোমদা তিনখি। তুরেলশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পোলুত ওইবা তুরেলদি নম্বুলনি। অতৈ তুরেলশিংনা নোং হেক চুবগা ঈশিং ঈচাও থোকপা য়ুম থুম্বা ফাওবা য়াওই। কালেনগী মতমদদি তুরেল অয়াম্বা কংঙি। মসিগী মরমদি ইপাল থাদা ঈশিংনা পুথরকপা লৈবাক লৈহাওশিংনা তুরেল অয়াম্বা থেনবা হেনগৎলকপা অকোয়বা চীঙশাঙ পরেংগী উমং কোকথোক্লুনা পামলৌ উশিনবনা ইকোলোজিকেল ইম্বেলেন্স ওইরকপনা শাবগী চাং অশুব্বী মতিক হেনগৎলি। য়ামখৎলক্লিবা মীয়াম অসিনা হুন্দোরকপা চেথি-চেরাং, প্লাষ্টিক ময়াম অসিনা শাবগী চাং অমুকসু হেনগৎহল্লি। মসিমক্না মীওইবগী সমাজ অসিদা শাউনিংবগী চাং য়াম্না ব্রাংখৎলকপগী চৎনবী ওইরে। হৌগৎলক্লিবা নহা খুদিংমক অহৌবা খোঞ্জেন্দা হৈনবী লৈরে। অঈংবা অতপ্পগী মফম লৈশিল্লক্তবনা ইমুং-মনুং ফাওবদা কন্না ঙাঙনবা,লাউনবা তোযনা থোকপা ওইরক্লি। লম্বী-সরক্তা চৎলিবা গাড়ীগী মখোল থৌশানরক্তবা মতম লাক্লে। অদুনা অহৌবা গ্যাস হোরোন নৎত্রবদি তাদবগী হৈনবী লাকপনা না তাদবগী লায়নশিং তোয়না থোরক্কনি। মরু ওইনা হৌজিক ঈশিংগী অব্বাবা লৈরবনিনা ঈশিংদগী পোক্লকপা লায়নাশিং জোন্দিস, তাইফোইদ, দাইরিয়া, কোলেরা, ফুরি-ফুরাং, মীৎ নাবনচিংবা মখল কয়াগী লায়নাশিং নারকপগী থাজবা লৈ। মসিগীদমক অফবা ঈশিং লুমদুনা শিজিন্নবা, থক-চাবা অমদি শিজিন্নরিবা কোল-লিকশিং তরু-তনান্না চামথোক্লুনা শিজিন্নবা তঙাইফদবা মতাঙ লাক্লবনি। মরম পুম্নমক অসিদগী ঙসিদি পোলুসন হায়বসিনা মালেম অসিগী মায়কৈ খুদিংমক্তগী য়ৈরকপা অকনবা শাফু অমা ওইররে। মসিনা মালেম অসিদা লৈরিবা অহিঙবা জীবশিংদা মরুওইনা মীওইবগী সমাজদা অকনবা শাফু অমা পীবতা নত্তনা ঙসিগী মালেম অসিদা অচৌবা শিংনবা অমা পুরক্লি।তোঙান- তোঙানবা মরম কয়াদগী থোকহনবা পোলুটেন্টশিংনা ঙসিগী মালেম অসিদা লৈরিবা অহিঙবা জীবশিংগী শ্বর হোনবগী অশেংবা নুংশিৎ অমদি থক্লবা অশেংবা ঈশিং ফংদবা ঙসিদি অনৌবা অমা নৎত্রে। পৃথিবীগী মীওই ১০০ গী মনুংদা ৭৭ তি ঙসি অশেংবা ঈশিং থকপা ফংদবগী অব্বাবা মায়োক্লরি।

অমবোমদা, বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজিগী থাক ঙসিদি অসুব্বী মতিক ব্রাংশ্রে মরমদি অসিনা ঙসিগী মীরোম্না ওটোমোবাইল, ইলেকট্রিক্কী খুৎশু-খুৎলাই, সুপরসোনিক জেৎ অমসুং লোপ্টক্রেফ্‌টনচিংবা অফবা মখলগী হিদাক লাংথক তিল লাঙ হাংদনবা রসাইনগী

হিনক কয়া পুখোক্লে। ঙসিসু অতোপ্পা কয়া পুথোক্লবা হোৎনবা লেপত্রি। মসিগা ইরোইন্না অকোয়বগী শক্তমদসু অচৌবা অহোংবা পুরকখিদবা নত্তে।

তশেংনা হায়রবদি ঙসিগী পোলুসনগী ৱাফমদি অনৌবা নংত্রে। মালেম অসিদা মীওইবা অমদি খরা হেন্না ৱাংবা থাক্কী শাশিংনা খুদা লৈতাবা হৌরকপা মতমদদি পোলুসনগী ৱাফম লৈরমদে হায়বা য়াই। লোয়ননা মহৌশাগী শক্তমসু খল মান্না মতম অদুগী শাশিংগা অদুমক নুংশি চন্ননা হিংমিন্নরমই। মরম অদুনা মতম অদুগী হৱা-নুংশিং লৈবাক লৈহাও অসুবী মতিক শেংজরমই। অদুবু মীওইবনা মৈ শিজিন্নবা হেক হৌরকপদগী পোলুসনগী ৱাফম লাকপা হৌই। মথংদা প্লান তৌরিদবা ইন্দাষ্ট্রিজ কয়াদগী তোক্লিক কেমিকেল কয়ানা পীথোরকপা পোলুটেন্টশিংদগী পোলুসনগী ৱাফম ল্যাকপা হৌখিদুনা ঙসিদি হৱাগাড়ী রেলগাড়ীনচিংবদগী তোক্লিকশিংনা অমুক পোলুসনগী থৌনা হাপ্লি।

ঙসিগী মালেম অসিগী ৱাহংদি পোলুসন করিনো? কদাইদা? করিগী? করম্ন া হায়বসিনি। পোলুসনগী ৱাহল্লোক ওইনা পীরবদি অহিঙবা জীবশিংনা মখোয়গী লৈফম মখোয়গী মশাদা অমদি অকোয়বগী ঈশিং নুংশিৎতা শোকহনবা কান্নদবা মখলগী ফিজিকেল, কেমিকেল অমসুং বাইওলোজিগী ওইবা মচাকশিংনা ঈশিং নুংশিৎ মোৎহল্লক্লিবা অসিবুনি । ঙসিগী মালেম অসিদা ন্যুক্লিয়র পৱার প্লান্ট কয়ানা বিজুলিগী অমদি অতৈ হিরম কয়াদা কান্নবা কয়া পীজরবসু মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম্সু শোকহল্লিবা অমদি কান্নবা কান্নদবা পোলুসন থোকহনবা মচাকশিংবু মচা তানা খুদোকপদি লুগনি। অদুবু বাইওলোজিগী মিৎয়েংদা য়েংলবদি মওং অনীদা নৈনবা য়াই। মদুদি অথুবা মতমদা পোলুটেন্টশিং অদুবু মাংহন-তাকহনবা ঙম্বা (বাইওদিগ্রেডেবল) অমসুং ঙমদবা (নন-বাইওদিগ্রেডেবল) হায়বসিনি। অহানবা মখলগী পোলুটেন্তশিং অসিদি প্রকৃতিনবু ওইরবসু মীওইবনবু ওইরবসু অথুবা মতমদা মাংহন-তাকহনবা ঙমই। খুদম ওইনা মী অমসুং শা- ষনশিংগী অমাং-অশোয় অমসুং মহৈ-মরোং কয়াগী কান্নদ্রবা পোৎচাকশিংবু নত্রগা শহরদগী থাদরকপা ফত্ত-হৌদি কয়াবু তুরেলগী ঈচেলনা লায়না পুথদুনা মাংহনখিবা ঙমই। তৌইগুম্বসুং ঈশিং ঈচেলগী ৱাংমদদি থৌওং অসি তৌবা ঙমদে। ডি ডি টি অমসুং রেদিও এক্টিভ ওইবা পোৎচাক খরদি তপ্পা তপ্পা অহিঙবা জীবশিংদা শোকহন্দনা প্রকৃতিনা মাংহনবা ঙমই। প্লোটোনিয়ম ২৩৯ স্ত্রোনটিয়ম ৯০নচিংবশিং অসিদি চহী চা কয়াদগী হৌনা অহিঙবা জীবশিংদা অদুমক অশোক-অপন থোকহন্দুনা লাক্লি। অদুগা প্লাষ্টিক কুম্বা শিন্থেটিক কম্পাউন্ডশিং অমসুং মরক্যুরি লিড অমসুং মখোয়গী কম্পাউন্ডশিংদি প্রকৃতিনসু মাংহনবা ঙমদে। মীওইবদদি হেন্নদুম শোকহন্নবগী মরম ওই।

মরম অসিনা পোলুসন থিংবা হায়বসি পোলুটেন্টশিংবু প্রকৃতিনা নত্রগা মীওইবনা মাংহনবা য়ান্নবা হোৎনদুনা পোলুটেন্টশিংবু নিংথিনা শিজিন্নবা য়ান্ননবা হোৎনবনা ওইগনি।।

# ঐখোয়গী শক্তম কানবদা আইনগী মতেং

ঐখোয়গী শক্তম অসি তোঙান-তোঙানবা ইকোসিষ্টেমশিংনা শেমই। মসিগী মনুংদা জীবশিংনা হিঙনবা চাঙ্গাক চাই। অশংবা উনা, পাম্বীশিংগী মহে-মরোং কয়াদা ক্লোরোফিল য়াওবনা ক্লোরোফাইটস প্লান্ট হায়না খঙনে। পাম্বীশিংনা ফোটোসিস্থেসিস তৌদুনা কার্বোনডাইওক্সাইডপু রোমেটেরিয়েল ওইনা শিজিন্নে। অদুগা গ্যাস অসিগা চাং চপ মান্নবা শক্তম অসিগী এটমোস্ফিয়ারদা অশেংবা ওক্সিজেন থাদোক্তুনা ওক্সিজেন অমসুং কার্বোনডাইওক্সাইডকী চাং চপ মান্নহন্দুনা থমই। অদুবু করিগুম্বা মরম অমদগী খল অসি মাংখিবা থোক্রবদি শক্তম অসিগী জীবশিংদা শিংনবা লাকই। ফিভম অসিদি মশাগী ওইজবতা থিবা তুংগী খম্ভবা তৌদবা মীওইবগী কাংলুপনা পুরকখিবনি। মসিগী মরমদি মীশিং য়ামখৎলকপা, পৃথিবীগী মীশিং মিনিট অমা খুদিংগী মীশিং ১৩২/১৩২ হেনগৎলি। মীশিং হেনগৎলক্লিবা মখে নেচরেল রিছোর্স হম্থরকপা মশানা তাবনি। ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরী মশিং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না মালেমদগী চহী খুদিংগী শা মখল ১/১ মাংখিবা অনৌবা নত্তে। মীওইবনা ঐখোয়গী শক্তমু কয়াম মাংহল্লবগে হায়বসি ইলাই লায়না খন্দোকপদা খুদোংচাদবা কয়া লৈ। অদুবু ঐখোয়না শ্বর হোল্লিবা নুংশিৎ, থক্লিবা ঈশিংদগী ফংলিবা অমোৎপশিংদগী খঙবা ঙমই। মালেম অসিগী নুংশিৎকী মরু ওইবা মচাকশিংদি নাইট্রোজেন, ওক্সিজেন অমসুং কার্বোনডাইওক্সাইডনি। মখোয়গী মনুংদা মীওইবদা মাংহল্লিবদি কার্বোনডাইওক্সাইডনি। মখল অসি মমাংগী চহী শরদা নুংশিত্তা য়াওরম্বা চাংদগী চাদা ১০/১০ হেনগৎলকপনা ঙসিদি চাদা ২৫ হেনগৎখ্রে। অমরোমদনা, লৌউ-শিংউবনা শিনফম ওইবা লমদম অসিগী লৌমীশিংনা চাথোক হেন্না ফংনবা তোঙান-তোঙানবা রশাইনগী হারশিং, তিলহাৎ হিদাক, ডি ডি টি, এন্ড্রিল, গামেক্সেন অমসুং ফেনোলনচিংবা শিজিন্নবা হেনগৎলক্লি। মসিনা লবুক্তা অমদি চিঙ্গাকশিংদা হুগী মশক ওইহল্লক্তুনা মীওইবগী হকচাংদা শোকহল্লি। ইমুং-মনুং অমদি সিৱেজদগী থোরকপা অমাং-অশোয় ফত্ত-হৌদি কয়া পুখ্রি, পাৎ-তুরেল সমুদ্রনচিংবদা লংথদুনা নেচরেল বাটর মোৎহনবনা হকচাং শোকহনবা লায়না কয়া নাহল্লকপা অমদি ঙা কয়াগী পুন্সি মাঙখিবগী মরম ওই।

ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরী ওটোমোবাইলদগী থোরকপা কার্বোনগী মৈখু কয়ানা লৈবাক লৈহাও অমদি নুংশিৎকী মগুন মাঙহন্দুনা অহিঙবা জীবশিংদা হেন্না শোকহনবা অমদি মাঙহনবা ঙসি অনৌবা নত্রে। ন্যুক্লিয়র চাংয়েং তৌবদা থোরকপা রেডিও এক্টিভ ইলিমেন্টশিংনা ঐখোয়গী শক্তমদা অকায়বা পীরি। য়ুএসএ, হান্নগী য়ুএসএসআর, ফ্রান্স অমদি চিনাগী ন্যুক্লিয়র চাংয়েং তৌবিবদু মালেমগী স্বার্থদা নত্তে। (১৯৯৮)।

পুম্নমকশিং অসি য়েংলুরগা ঙসিদি, লমদম অসিগী মমল য়াম্লবা লন ওইরিবা নেচরেল রিছোর্স য়োকখৎনবা ইরমদম অসিগী মীওইশিংদা ইনবাইরোনমেন্তকী শিক্ষা পীবগা লোয়ননা সরকারগী ওইবা [illegible] আইন [illegible] অমদি [illegible] কোর্ট অমা থম্বগী দরকার লৈ। ঙসিগী মীয়াম্না শিজিন্নরিবা ত্রাফিক ভেহিকলশিংদা কার্বোন মোনোওক্সাইডকী মৈথু য়াম্না থোক্তনবা লিড (মিশি) ফ্রি পেট্রোল শিজিন্নবদা সরকারগী মিৎয়েং দরকার ওই। অমরোমদনা সরক্কী নাকলদা চীঙদা মান্দা তুরেল তোর্ব্বান অমদি লৌবুক লমহাংশিংদা উ-ৱা য়াম্না থাজিন্দুনা অশংবা খুঙ্গং শহর শেমদোক্তুনা অশংবা মণিপুর ওস্থোকপা তঙাইফদে। নেচরেল ৱাটর শেংনা থম্নবা তুরেলগী মপান্দা লুখাকচগুম হাপ্চিদুনা থম্নবা গার্বেজ পিট অমদি কেনেলশিং শেমদুনা ফত্ত-হৌদি পৈশিন্দুনা থম্নগা লোয়ননা মরক মরক্তা তুরেল তোর্ব্বান শেংদোকপদা সরকার অমদি লনাই সংস্থানশিংগী থৌদাং চাওই হায়বসি মীয়াম পুম্নমক খংমিন্নবগী মতম য়ৌরে। মথক্কী ৱাফমশিং অসি থবক ওইনা পায়খৎপদা আইনগী মতেং দরকার ওইবনা ৱাটর এক্ট ১৯৭৪ এমেন্দ তৌবা১৯৭৮ অমসুং ১৯৮৮ ৱাইল্ড লাইফ প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৭২ ফোরেষ্ট কঞ্জার্ভেসন এক্ট, ১৯৮০ ইয়ার এক্ট, ১৯৮১, ইনবাইরোনমেন্তেল প্রোটেক্সন এক্ট ১৯৮৬ নিংশিংবগী মতম থেংলবনি। তাঞ্জা অসি ফাওবদা তুমিন লৈথোক্লবদি অকোয়বগী শক্তম কনবা ঙম্লোই।।

চহী বিলিয়ন ৫ গী মমাংদগী ঐখোয়গী সোলার সিষ্টেমদী নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক অমসুং গ্রহশিং লৈবা হৌরকই। চহী বিলিয়ন ৪ গী মমাংদগী এমাইনো এসিদ অচম্বা মখলগী কার্বোনগী মচাকশিং অমদি ঈশিং মশক খঙলকপদগী ঈশিংদগী এমোনিয়া অমসুং মিথেন পুথোকপা ঙমখি। মথং চহী বিলিয়ন ৩ গী মমাংদা অলত্রা ভাইওলেটকী মঙাল মশক খঙলকপগা লোয়ননা মপুং ফাবা কার্বোন মোলিক্যুলশিং খুদম ওইদুনা গ্লাইসিন, প্রোতিন অমসুং ন্যুক্লিয়র এসিদ মশক থঙবা ঙমখ্রে। মতম অসিদগীদি অরিবা কাঙলুপ্তগী অনৌবা কাঙলুপ (রিপ্রদক্ট) পুথোকপা হৌরে। চহী বিলিয়ন ২ গী মমাংদা মঙানগী মতেংনা মোলিক্যুলর রিপ্লিকেট তৌদুনা ফোতোসিন্থেসিস তৌরগা ওক্সিজেন পীথোরকপা ফরমেন্টেসন তৌদুনা কার্বোন ডাইওক্সাইড পুথোরকপা হৌরে। অসুম্না ওক্সিজেন অমসুং কার্বোন ডাইওক্সাইড পীথোক-পীশিন তৌবনা মালেম অসিদা এরোবিক রেসপিরেসন হৌরক্তুনা ঙসিদগী চহী বিলিয়ন অমগী মমাংদা সেল অমখক লৈবা মখলগী জীবশিং লৈবা হৌরকখি। *হিন্দু ফিলোজোফিগী মতুং ইন্না অসুম্না হায়, মদুদি মীওইবগী কাঙলুপ অসি মালেম অসিদা লৈবা হৌরকপা স্পেসিস ৮৪ গী মতুংদা ইখং খঙহৌদনা ওইরকখিবা শাগী কাঙলুপ অমনি হায়বসিনি।*

ঙসিদগী চহী লাখ ২০ গী মমাংদা মীওইবগী কাঙলুপ অসিনা শা তান্দুনা

চান্নবগীদমক হাৎপা হৌরে। মতম অসি অহানবা নুংগী যুগকী মতমনি। চহী লাখ ১৫ গী মমাংদা হোমো ইরেক্টস হোমোসেপিয়েন ওইরকুনা কোওপরেটিভ মোডেলগী সিষ্টেম (সি এম এস) দা হিঙবা হৌরে। মতম অসি মীওইবনা শা-ষন লোইবা হৌরে। মীওইবগী কাঙলুপনা ইহান হানবা ওইনা য়ুমদা য়োকপা শা মখল অসি হইনি। মতম অসি মীনা রাখল খনবা হৌরকপা মতমনি। মতম অসি ঙসিদগী চহী ১১,০০০ গী মমাংদনি। মথংদা চহী ৯,০০০ গী মমাংদা য়াও, চহী ৮,০০০ গী মমাংদা হায়েং য়োকপা হৌবগা লোয়ননা মখোয়া চীঞাক ওইনা অমসুং মকুনা কিরোল ওইনা শিজিন্নবা হৌরকপদগী ষন-ইরোই, শগোল, উট অমসুং লোলানচিংবা য়োক্কুনা শাদোং অমসুং মখোমশিং চাবা থকপা হৌরকখি। ঙসিদগী চহী লিশিং ১০ গী মমাংদা পৃথিবীগী মীশিং অসি শুপ্পগী লাখ ২০ খক ওইরম্মী। অদুবু ঙসিদি পৃথিবীগী মীশিং বিলিয়ন ৫ য়ৌরকপনা মতম অদুগী অকোয়বগী শক্তমগা ঙসিগী শক্তমগা অসুক্কী মতিক খেৎনরবা পুন্নমক্না খঙনরবা রাফমনি। মালেম অসিগী মীপুম খুদিংমক্না হিঙবদা মরুওইনা চংগদবা মওং অনীখক্রি। অহানবদা কোপরেটিভ মোডেল অমসুং অনীশুবদা কম্পিটিটিভ মোডেলনি।

অহানবগী মওংনা শগুপ শাইবা শাশিংনা নাপী চাদুনা মখোম ক্রোব টন ৫০ পীদুনা মীওইবগী হকচাংদা কান্নবা পীরী (রার্ল্ড ইনবাইরোনমেন্ত ডোকুমেন্ত-১৯৯৪)। অনীশুবগী মওং অসিনা শা-ষনগী শাদোংবু অতোপ্পা শাশিংনা চাই। অদুবু মীওইবগী কাঙলুপ অসিনা হিঙবদা হৌরিবা নাপী, উপাল-রাপাল অমদি শা-ঙাশিংগী অচৌবা থৌদাং লৈবনা উমং নৌহৌনা শেমগৎপগা লোয়ননা জঙ্গলগী শা-উচেকশিং য়োকখৎপগী তঙাইফদবা লৈরে হায়বনিনা মীয়াম্না করি তৌবা তারি??

## থৌরাং তৌরবদি ফগৎকনি

মণিপুরগী অয়াম্বা শকক্না চীঙগী লম ওইজরৎসু তম্পাক্কী দিষ্ট্রিক্ট অয়াম্বদা মী কুংনা তাবা হেল্লি। লমদম অসিগী তম্পাক্কী দিষ্ট্রিক্ট মাপলগী সনুংদসু অমুক খাইদগী হেন্না মী কুংনা তাবা মফম অসি ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্ট অনী, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট অমসুং বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্টশিংনি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা মী কুংনা তাশিনবনা মখল খুদিংগী পোল্যুসন থোকই হায়বসি মশানা চুন্নবা রাফমনি। ইম্ফাল দিষ্ট্রিক্টতা স্কাব কিলোমিটর অমদা মী হংফুতরা নিপালগী চাংদা কুক কুক ইন্নানা তাশিনবনা অহাংবা লমহাং অমদি অশেংবা হরা-নুংশিং অমদি ওক্সিজেন পীথোক্কদবা উ-রা হৌবগী চাং অসুক্কী মতিক রাংলি। অদুবু সবক্কী নাকন্দা খরা থারীবসিসু য়াম্ছৎপা তেকত্রি। ইম্ফাল সহবগী লম্বী মযাই অমদি নাকন্দা তৌবিবা পাম্বী খরা অসিসু গাড়ীগী মৈখু ময়ামদগী

থাদোরকপা কার্বোনগী কম্পাউন্ডশিংনা পাম্বী মনাগী স্থর হোনবগী ট্রৈমেঅশিং ফুনজিনবা অমদি পাম্বীদা য়াওজবা ঈশিংগা নুংশিত্তা য়াওরকপা এসিদ ময়ামগা পুনশিন্নদুনা পেরোক্সি এসিতাইল নাইট্রাইড (পি এ এন) কৌবা কম্পাউন্ডশিং শেমদুনা পাম্বীশিং অদুগী মিঞাক শুংবা ওমহন্দে। মরম অদুনা লম্বী সরক্তা হৌবা নত্রগা থারিবা পাম্বীশিংগী কান্নবম মীয়ামদা খওহন্দে, পাম্বীগী চাউবগী চাং য়াম্না বাংলি। লম্বী সরক্তা থানরিবা পাম্বীশিং অসি লম্বী অদুগী অপাকপা অমদি সরক অদুদা চেল্লিবা গাড়ীশিং অদু কয়াম য়াংনা চেনবগে হায়বনচিংবা চপ চানা খওলবা মতুংদা করম্বা পাম্বী অমদি কয়াম বাংবা পাম্বীশিং থাগদগে হায়বসি হায়না য়েংশিনবা দরকার ওইবনি। অদুবু লমদম অসিমীদি লম্বীদা উ থাবগা ট্রাফিক গাড়ীশিংগা লৈনরিবা মরীশিং অমদি উ পাম্বীনা মীয়ামদা পীরিবা কান্নবশিং অমত্তা খঙদবগুম তৌই। মদুনা ওইরম্বা য়াই কংলা মপানগী উশিং য়াম্থংগ্রিবসি।

ঙসিদি খুঙ্গং সহর অনীমক্তা হেনগংলক্লিবা মীয়াম অসিনা লৈননবা য়ুম, দুকান, বিল্ডিং কয়া শাজিন্নরকপদা নত্তনা পুক্লি খোঙবাল ফাওবা ফুনজিন্দুনা শাজিন্নরিবা পান দুকান ময়াম শাজিন্নরি। অদুগা মীয়াম অসিনা অপাবা মৈশাবু চুপশিনবা ওম্বা উ-বাগী মশিং বাংপনা শাবগী চাং অসি নোংম-নোংমগী হেনগংলকপগী অৱাবদি মায়োক্লরি। উ-বা মরাঙ কায়দবা মফমদা অঙ্গংবা নুংশিৎ লৈবা হৌনদে। অদুনবু নুংঙাইনা ঈংনা হিংননবগীদমক উরম বারম খন্ননবা উ-বা, হৈ-রা থানরিবনি হায়বা য়াই। খুংশেমগী ওইবা হৈ-রা উহৈনচিংবা খরমখৈদি গমলানচিংবা শেমদুনা থানে মাগী মাগী মুমগী অকোয়বদা। মদুমক্তা মতিক চাবদি নত্তে। অদুবু মী কুংনা তাবা সহরশিংদা খুদোংচাবা অসি লৈতে। অদুগী মথক্তা য়াম্নবা মীয়াম অসিনা হোন্দারকপা কার্বোন ডাইওক্সাইডশিং, শিজিন্নরিবা গাড়ীশিংগী মৈখুশিংনা মীয়াম অসিগী মরক্তা শ্বর ফুনবা ফাওবা য়াওরকপা য়াবগী অকিবা লাক্লি। অদুগী মথক্তা হৌজিক শিজিন্নরিবা পেট্রোল অমসুং ডিজলশিংনা চেল্লিবা গাড়ীশিংগী মৈখুগী মনম অসি অসুক্কী মতিক নমথিবা মনম য়াওরকপনা মীওইবগী হকচাংদা কয়া য়াম্না মাঙহল্লকনি? মীপুম খুদিংমক্না খন্থবগী মতম থেংলবনি। অসিগুম্না মনম অসি ডিজলগী গাড়ীশিংদগী অয়াম্বা থোকই। মনম অসি চাক থোংবদা শিজিন্নরিবা গ্যাস অসিগী মনম নম্ননা ব্যুতেন ওইরম্বসু য়ারি। হেনগংলক্লিবা মীয়াম অসিনা শিজিন্নরিবা ইমুং-মনুংগী ফত্ত-হাওদি ময়াম অসিসু নিংথিনা মফম চানা পৈশিন-তাশিন্দুনা থম্বীদবনা পোলুসন থোকপগী চাংসু হেনগংলক্লি। মসিগীদমক মণিপুর তম্পাক্কী লমশিং চাঙগী লম খরা য়াওনা গাড়ীগী মৈখু ট্রাফিক জাম অমদি মীয়াম অসিগী মতম অমদি পৈশাগী খরচ হম্থনবা তম্পাক্কী মফমশিংদা রিঙ রোড ওহোকপগী মতম য়ৌরে। লম্বীগী লিক্রমদি অমুক হন্না পল্লুদ্রবসু ময়াম্না হেন্না কঙনরবা বাফমনি। অনীশুবদা থৌবাল দিষ্ট্রিক্কী মফমশিং খরা পল্লবদি ট্রম্না শুগনু রোদতা চংলিবা অসিসু কবচিং ফাওরগা শেকমাইজিন অরগা ময়াংইম্ফাল লম্বীদগী ইম্ফালগী বাহেং লৈবাই অরকপা, কৈশামপাতগী ট্রম্না শুগনুদা অমুক হন্নকপা

য়াগনি। ককচিংদগী ককচিং খুনৌ, শুগনু, চুড়াচান্দপুরদগী মোইরাং, বাংশু, সমাগু, কুম্বীদগী মোইরাংদা থোরকপা ককচিংদগী পল্লেন, চখেল, চঙশিংলোং, শুগনু, লৈচৈকটিয়া চৌমকপা য়াই। বাংজিংদগী হৈরোক, থোংজোম, তেঙতোম শাগম তেঙ্খা লাংজখেল হৈরোক শনুকম উখোঙলাং নিংজেং চৌরখোং পিত্রা নৈরোংখেল য়াইরিপোক অত্রে কৈথেলমানবী তখেল খুরাই লমলোংদগী ইম্ফালগী ময়েল য়ৌবা ইন্টর স্টেটকী মোটোরেবলগী লম্বীশিংদা রিঙ রোডকী নিয়ম হৌদোকপা তঙাইফদবা লৈরে। তম্পাকী লমশিংদা নত্তনা চীঙগী লমশিং য়াওবা ওসিদি মীশিং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না পল্লেন অহিমোন মচি চন্দেল মোরে সু-সামতাবলদগী উখুল ফাওবগী মোটোরেবল রোডশিং লৈরবনি। মতাং অসিদা সরকার অসিনা পুক্রিং চঙলবদি রিঙ রোডকী প্লান তৌবদা য়ায় শারবনি হায়বসি মীয়ামগী মোতনি। মণিপুরগী মরুওইবা নেসনেল হায়বে অনীমক্তা মথম চাবা তাগাশিংদা বস স্টেসন শাবগা লোয়ননা ইন্টর ডিস্ট্রিক্টকী মনুংশিংদসু মাগী মাগী অপান্ন গাড়ীশিংগী মথম শেমদুনা লম্বীগী নম্বর অমদি গাড়ীগী নম্বর থেতুনা মী কুডনা লৈবা দিল্লিগুম্বদা চংনরিবা ট্রাফিক্কি নিয়ম অসি মণিপুরদসু দরকার ওইরে।

তম্পাকী মথমশিংদা রিঙ রোডকী চংনবী অসি হৌদোক্তুনা চংনরবদি পোলুসনগী চাং খরমখৈদি হত্থগনি। লোয়ননা চংথোক-চংশিনগী খরচ অমদি মতম খরদি শোইদনা কত্থোকপা য়াই। নাকল অমরোমদনা ওসিগী হৌগংলক্লিবা নহারোলশিংনা থৌনরিবা পেট্রোল অমদি ডিজলগী গাড়ীশিংদগী থোরকপা মৈখুগী চাংসু খরদি হত্থগনি। মণিপুরগী পোলুসন অসি দিল্লি, বোম্বে, কলকতানচিংবা মেট্রোপোলিটন সিটিশিংগী নুংশিত্তা য়াওবা কেমিকেলশিংদগী চাং য়ান্না হত্থনা য়াওই। মরমদি লমদম অসিগী অচৌবা ফেক্টরি অমদি ইন্দষ্ট্রিশিং লৈতে। অদুবু মরুওইনা লম্বী থোং নিংথিনা শেম্বীদবা মরম্না লম্বী শরক্তা চংপা গাড়ী অচৌবা অমসুং মচানা পুথোকপা উমুল মকুপশিংগী পোলুসন্না অয়াম্বনি। মখল অসি রিঙ রোড তৌরবদি উমুলগী পোলুসন খরদি ফগনি। মসিগী মথক্তা দিজল পেট্রোলগী মৈখু অমদি গ্যাসশিংগী মনম অসিসু প্রোপেন অমদি ব্যুটেনগী মনম য়ানবা কয়া অমসু য়াওরক্কি। মসিনদি গাড়ীগী থাওদা ওগানিক কম্পাউন্দশিং য়াওরম্না য়াই হায়না চিংনবা ফাওরি। য়াওরম্না থোক্লবদি মীওইবগী হকচাংদা অথিনা শোকহল্লগনি। মীং অংবা শ্বর ফুনবা লু-য়াং চিকপা নাবা কয়ামুক থোক্লকদৌরি। তাঞ্জা অসিদা সরকার য়াওনা মীয়াম হুপ্পা মরী লৈনবা বিভাগশিং সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজি এন্দ ইনবাইরোনমেন্ত অমসুং পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দনচিংবনা থবায় য়াওনা হোংনদুনা গাড়ীশিংগী মৈখু চেক তৌবা, পেলাডিয়ম কেতলিষ্ট শিজিন্নদুনা চীঙ তম অনীমক্তা লৈরিবা মোটোরেবল রোডশিং রিঙ রোড ওন্থোক্তুনা পেসেঞ্জর অমদি মাল পুবগী সার্ভিস অথুবা মতমদগী হৌরবদি মহৌশাগী ওইবা শক্তম অসি খরদি শোয়দনা ফগৎকনি।

***মৈথুনা পুসি তেলহত্নি, মৈখুনা মী হাৎলি।।***

# রেলগাড়ীগী মৈথু

ইংগোক ১৯৮৭ গী মার্চ থাদগী হৌনা ভারতকী অবাং-নোংপোক্কী লমদমশিংদা মরু ওইনা আসাম, নাগালেন্দ অমসুং ত্রিপুরাদা রেলবেগী থবক মায় পাক্না চঙশিল্লকখি। অবাং-নোংপোক জোনগী ওইনা রেলবে লাইন অসি শুপ্পগী কিলোমিটর ২৩২৮ শাংবা অসিথক্তনি। মসিগী মনুংদা কিলোমিটর ২২৯ না আসাম মনুংদা লৈ। অদুগা কিলোমিটর ৩৫ না ত্রিপুরাদা, কিলোমিটর ০৯ অমনা মিটরগেজ ওইনা নাগালেন্দদা লৈরিবা অসিনি। লাইন অসিদা মরু ওইনা চেং, হৱাই, থাও, থুম, য়োং, চিনী অমসুং হায়রনচিংবা পুথোক-পুশিন তৌই। জোন অসিগী হৱাগাড়ী মোটৈরনচিংবা থৌবা য়াবা লম্বী অসি কিলোমিটর ৬১,৫৬৪ শাংবনি। মসিগী মনুংদা কিলোমিটর ৪০৫৭ না নেসনেল হায়বে ওই। কিলোমিটর ৩১৫২ না ষ্টেট হায়বে ওই। কিলোমিটর ৪৭৪৬ শাংবা লম্বীদা নিংথিনা গাড়ী চংপা য়াই।

আসামগী মনুংদা লৈবা ন্যু বঙ্গাইগাওদা ব্রোদ গ্যেজ লোকো ২৬ গী মিটর গ্যেজ লোকো ১৩ গা ব্রোদ গেজ সন্টিং ৪ লৈরিবসিনি। ৱেষ্ট বেঙ্গলগী সিলিগুরীদা মিটর গেজ লোকো ৫৬ লমদিংদা লোকো ৫২ মালডাদা ব্রোদ গেজ লোকো ৪৬ অপুনবা লোকো ২০২ গী গাড়ী পুম্নমক ডিজলনা চেনবনা মখোয়দগী থোরকপা মৈথুনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অটৌবা অমাঙবা পীরি। পুং অমদা গাড়ী অমনা দরকার ওইবা থাও (ডিজল) অমসুং গাড়ীশিংগী য়াংবগী চাংসু মান্নদে। মরম অদুনা থাও য়াম্না চাই, য়াম্না তপ্রা চেল্লি।

রেলগাড়ীগী গ্যার হায়বা অমা লৈতে। মসিগী মহুত্তা **নোটচ** কৌবা মহক মহক হুকপা দাক ৮ থক লৈ। নোটচ অমগী দাকতা থম্বদা গাড়ী চংপা হৌই। অসুম্না চংশদা চঙবা ডিজলগী চাং অসিবু হায় স্পিদ ডিজল ওইল (এৈচ এস দি ও) হায়না খঙনৈ। রেলগাড়ীনা নোটচ অমা চংপদা থাও লিটর ২২ চঙই। নোটচ ২ চংপদা লিটর ৫৪, নোটচ ৩ চংপদা লিটর ১০২, ৪ চংপদা লিটর ১৫০, নোটচ ৫ চংপদা থাও লিটর ২০৯, ৬ চংপদা লিটর ৩২০, ৭ চংপদদি লিটর ৪২০ অরোইবগী ৮ চংপদা লিটর ৪৮০ চঙই। হায়রিবা ফিভম অসিদা গাড়ী অসি খালি ওইবদনি।

অদুবু গাড়ী অসিনা মাল মতিক চানা য়াওরবদি থাও চাবগী চাং অমসুং মৈথু থাদোরকপগী চাংসু য়াম্না হেনগৎলকই। হায়বদি গাড়ী অমনা মাল মতিক চানা য়াওরবদি নোটচ অমা চংনবা হোৎনবদা অমদি চংপা হৌরকপদা থাও লিটর ৭৫ চঙই। নোটচ ২ চংপদা থাও লিটর ১৯৫, নোটচ ৩ চংপদা লিটর ৬৫০, ৪ চংপদা ৯৫০, নোটচ ৫ দা লাক্লবদি লিটর ১০৮৫ চঙই। ৫ অমসুং ৬ তা লাক্লবদি ১৫৭৯ অমসুং ১৯২৫ চঙবগা লোয়ননা নোটচ ৮ দা চংলবদি গাড়ী

অদুগী য়াংবগী চাংদি লোইহরে অদুগা মতম অসিদা চঙবা থাও লিটর ২৪০০ দরকার ওই। অমরোমদনা ডিজল থাও গেলোন অমা মৈ নকপদা কার্বোন ডাইওক্সাইড গ্রাম ১৯৮০ নাইট্রস ওক্সাইড গ্রাম ৯৮০৬ অমসুং অতোপ্পা হ্যুকেন্নবা গ্যাস কয়ামুক শিখোক্তুনা ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা শক্তমদা হেন্না শোকহল্লি। লুরিবদি ভারতকী অবাং-নোংপোক্কী লমশিংদা চৈল্লিবা রেলগাড়ীশিংদি ডিজলগী থাওনা মরু ওইনা শিজিন্নবনা জোন অসিদা হেন্না শোকহন্দুনা লাক্লি। মরম অসিনা জোন অসিগী রেলগাড়ীশিংদা অথুবা মতমদা থাও শিজিন্নবগী মহুত্তা ভারতকী অতৈ মফমশিংদা তৌবগুম্না ইলেকট্রিকী থৌরাং পায়খৎতুনা গাড়ীদগী থোরকপা মৈখুশিং মাওং দুনা ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তম্ নৌহৌনা শেমগৎপগী মতম য়ৌরে। মসিনা লমদম অসিগী মীয়াম পুম্নমক্তা শেন-থুম অমদি মতম শিজিন্নবদা হেন্না খুদোংচাগনি॥

## নুংশিংতা য়াওবা ওক্সিজেনগী মগুন

মালেম অসিবু য়োমশিন্দুনা থল্লিবা নুংশিংকী শরুক চাম্মগী মনুংদা ২১ দি শ্বর হোনবদা শিজিন্নরিবা ওক্সিজেননি। ওক্সিজেন্দি মালেম অসিদা লৈরিবা অতোপ্পা পোৎশিংগা থেংনবদা মওং য়াম্না থুনা হোংগনবা পোৎ অমনি। অয়াম্বা মতমদা ওক্সিজেনগী মওং অসি অদুমক লেংদনা লৈগল্লি। মরমদি মালেমগী পাম্বীশিংনা চীঙাক শুংবা মতমদা ওক্সিজেন অসি ফোতোসিন্থেসিস তৌবদা পাম্বীগী চীঙাক শুংনা শুংনা অদুমক পীথোকই। সমুদ্রগী ঈশিং মনুংদা হৌবা পাম্বীশিংনা চহী খুদিংগী ফ্রি ওক্সিজেন চাদা ৭০ পীথোকই। অদুগা চাদা ৩০ অমনা কংফালগী উ-বাশিংনা পীথোক্তুনা শিজিন্নরি। অদুবু সমুদ্রগী ঈশিং মোৎশিল্লক্লবদি মালেমগী শা-উচেক অমসুং তাইবঙ মীওইবশিংগী পুন্সিদা অকায়বা লাকই। অসিদসু নত্তনা ঈশিং মনুংদা হৌবা পাম্বীশিংদসু অচৌবা অকায়বা পীদুনা পাম্বীশিংনা ওক্সিজেন পুথোকপগী চাং হন্থহল্লি। মসিনা মালেমগী ওক্সিজেনগী খলদা অচৌবা অহোংবা লাকপা থেংনৈ।

মালেম অসিগী স্কার মিটর অমা খুদিংদা ফ্রি ওক্সিজেন গ্যাস মোলেক্যুল ৬০,০০০ না কুপশিন্দুনা থম্মী। সমুদ্রগী ঈশিং মনুং অমদি মপান্দা হৌরিবা পাম্বীশিংনা চহী অমদা স্কার মিটর অমা খুদিংদা ফ্রি ওক্সিজেন মোলেক্যুল ৮/৮ পীরি। মসিদি মফম অদুদা লৈরিবা শা-ঙাশিং অমদি বেক্টরিয়াগী শ্বর হোনবদা শিজিন্নথোকখ্রে। অসুম্না মালেমদা হৌরিবা পাম্বীশিংনা পীবা ওক্সিজেন চাদা ০°০০৪ দি অতোপ্পা য়াম্না পীকপা জীবশিংনা অদুমক শিজিন্নথোকখ্রে। কলম্বীয়া য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর ব্রোকরগী মতুংইন্নদি মালেম অসিগী মীওই খুদিংমক্না হিংলিবসি পাম্বীশিংখক্তনা পীবা অশেংবা ওক্সিজেন্দা য়ুম্ফম ওইবদি নত্তে। অদুবু লুরিবদি মালেমগী মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরক্লবা মীওইবগা তৎনবা য়াদ্রবা

ওক্সিজেন অসি ঙসিগী অকিবা ফংলবা অঙকপা বিজ্ঞানগী পোথোক কয়া হেনজিল্লকুনা অশেংবা ওক্সিজেন কয়াবু হেন্না মোংহন্দুনা য়াঙখিবা য়াবা ফাওবগী অকিবা লাক্লি। অদুবু অখণ্ড-অহে কয়ানা অমুক ওক্সিজেনগীদমক বারুনিংঙাই লৈতে হায়বগী মোংসু অদুমক লীরি। অশেংবা মঙ্গন য়াওবা ওক্সিজেন হেন্না মালেমদা লৈরক্লবগী থি-হন্নগী থবকসু অদুমক চংথরি।

অমরোমদনা, এটমোস্ফিয়রদা য়াওবা কার্বোন মোনোক্সাইড অমদি কার্বোন ডাইওক্সাইডগী চাং হেনগৎলকপা অসিনি। ইংলোক ১৮৬০ দগী ১৯৬০ ফাওবদা শিঙ মৈ চাকপদগী থোরকপা মৈখুদা য়াওবা কার্বোন ডাইওক্সাইড চান্দা ১৪ হেনগৎত্রে। মসিনা *গ্রিন হাওস ইফেক্ট* থোকহন্দুনা খংশায় শাবা খংইং ইংবা অনৌবা নংত্রে। ঙসিগী গ্লোবেল টেম্পরেচরনা চহী খুদিংগী হেনগৎলক্কুনা হিমালায় চীঙদোলগী উনশিং শৌদৌক্কুনা সমুদ্রগী ইমায় ৱাংবা হেনগৎলক্কুনা পৃথিবীগী অচৌবা সহর কয়া ঈশিং মনুংদা লুপখিবা য়াবগী অকিবা ফাওনরি। অসুম্না পৃথিবীগী মমায়দা ইংশিল্লকপা এটমোস্ফিয়রদা শাবা হেনগৎলকপনা অঙৈং-অশাগী খল মান্নদবা ওইরকই। বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজিগী পোথোক কয়ানা ওক্সিজেনগী মঙুন হন্থহল্লি। য়ুএসএগী ওটোনোমোবাইলদগী থোকপা মিশি চহী খুদিংগী পাউন্দ ৫০০/৫০০ ওই। ইংশোক ১৯৯৭ গী হৌরকপদা শুইদেনগী লম্বী নাকলদা কাবা ঈশঙদা মিশি পার্ট পার মিলিয়ন (পিপিএম) ৩০০ দগী ৫০০ ফাওবা থেংনরে। আমেরিকাখণ্ডদা এটমোস্ফিয়রদা মিশি পিপিএম ৩,০০০ দা হেনগৎখিবনা পাম্বী, ঈশিং নুংশিৎ কয়াদা ফাওদুনা মীওইবগী হকচাং য়ৌরকপা অঙকপা নত্তে। মসিনা লায়না কয়া নারকপা অমদি সেপ্তেম্বর থাবু মৈখু থাংবা থা ওইহল্লিবা অসিমক মালেমগী ওক্সিজেনগী মঙুন হন্থরকপননি।

তাঞ্জা অসি য়ৌরবা ফাওবদা মণিপুরগী সাইন্স টেক্নোলোজি অমসুং ইনবাইরোনমেন্তকী কাউন্সিল অমদি মণিপুর পোলুসন কন্ট্রোল বোর্দকী নুংশিংকী পোলুটেন্টশিং ওন্নবগী খুৎলাই শিজিন্নবগী ৱাফম লৈত্রিবসি লৈহন্দুনা গাড়ীশিংগী মৈখুশিং চেক তৌবগা লোয়ননা মীয়াম হৌনা অশেংবা ওক্সিজেন থিমিন্নবগী মতম য়ৌরক্কনি॥

নুংশিৎ হায়বসি মালেম অসিগী খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎশিংগী মনুংদা অমনি। নুংশিৎ য়াওদ্রবদি অহিঙবা জীব খুদিংমক মিনিট অমা ফাওবা হিঙদুনা লৈবা ঙমদে। ঐখোয় পৃথিবী অসিসু মিংনা উবা ঙমদবা গ্যাস কয়াগী মিকচরনা কুপশিন্দুনা থম্মী। অসিগুম্বা মখলগী গ্যাস মিকচরগী অথাবা কুয়োম অসিবু এটমোস্ফিয়র কৌই। অদুগা কুয়োম অসিগী গ্যাসকী মিকচর অসিবুনা নুংশিৎ হায়না খঙনৈ। বিজ্ঞান চাওখৎত্রিঙৈগী মতমদা নুংশিৎ হায়বসি ঈশিংগুম্বা ইলিমেন্ট অমনি হায়না লৌনরমই। অদুবু ১৮ শুবা শতাব্দীদা বোয়েল অমসুং প্রেসটলে কৌবা বিজ্ঞানিক অনীনা নুংশিৎপু চাংয়েং কয়া

তৌবদগী নুংশিং হায়বসি ঈশিং নত্তে অদুবু ঈশিং মনিনদি য়াওই হায়বসি তাকখি। অমরোমদা শোক ১৮৮২ দগী ১৮৯৬ ফাওবগী মনুংদা রাইলেইঘ অমসুং রামসে কৌবা বিজ্ঞানিক অনীনা গ্যাসকী মিকচর নুংশিত্তগী হিলিয়ম নিওন আরগোন ক্রিপতোন জেনোন অমসুং জেডোন কৌবা ইনর্ট গ্যাস ইলিমেন্ট তরুক অমসু পুথোকখ্রে।

মালেম অসিগী মরুওইবা নুংশিংকী মতাকশিংদি নাইট্রোজেন চান্দগী মনুংদা ৭৮.০৩, ওক্সিজেন ২০.৯১, কার্বোন ডাইওক্সাইডনা ০.০৩ ওইদুনা মালেম অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা পুন্নমক্কী নুংশিংকী থক মায়হন্দুনা থম্মী। অদুবু ঙসিদি মীশিং হেনগৎলকপা, প্লান্ট তৌদবা ইন্দস্ট্রি কয়াদগী থোরকপা কার্বোনগী কম্পাউন্ডশিংগী পোত্থোকশিং অমসুং জঙ্গল কোকথোকুনা পামলৌ উশিনবা, মৈ থাদোকপনচিংবা অমদি বস ত্রক জীপ কার স্কুটর মোটোর অমসুং রেলগাড়ী কয়াদগী থোরকপা মৈখুশিংদা য়াওবা কার্বোনগী কম্পাউন্ডশিংনা ঐখোয়গী মহৌশাগী অকোয়বগী শক্তমদা অচৌবা অহোংবা থোকহল্লি। থৌওং অসিনা অদুমক চথরবদি মীওইবগী হকচাংদা অওকপা মখলগী অকিবা কয়া থোকহল্লকখিগদৌরি। অমরোমদা পাম্বীশিংদসু অমাং-অতা কয়ামুক থোকহল্লি। মরম অসিনা ঙসিদি নুংশিংকী পোলুসন অসিনা মালেম অসিগী অহিংওবা জীবশিংদা অচৌবা শিংনবা অমা পীররে হায়বসি মীয়াম পুন্নমক্না খঙবগা লোয়ননা নুংশিত্তা য়াওবা পোলুটেন্টশিংবু মচা তানা খন্দোকুনা পোলুটেন্টশিংদগী ঙাকথোক্রবা হোৎনবদা মীপুম খুদিংমক্না অচৌবা থৌদাং লৌফম থোকই।

নুংশিত্তা পোলুটেন্টশিং য়াওরকপগী মরম কয়ামুক লৈগ্রে। মখোয়গী মনুংদা মরুওইবা খরা পল্লবদি শিঙ মৈ চাকপদা থোকপা মৈখু, শম্থি মৈ থাবদা থোকপা মৈখুশিং, থাও মৈ চাকপদগী থোরকপা কার্বোন ডাইওক্সাইড, কার্বোন মোনোক্সাইড অমসুং ফেক্টরী ফার্মশিংদগী থোরকপা সলফর ডাইওক্সাহড অমসুং অতোপ্পা মাওতাক্লিংঙাই ওইবা গ্যাস কয়ামুক্না নুংশিংকী পোলুটেন্টশিং ওইরকই। পেট্রোল, কয়লা, ডিজল্লচিংবা শিজিন্নবা গাড়ীশিংদগী থাদোরকপা হায়ড্রোকার্বোনশিংনা অশেংবা নুংশিত্তা য়াওবা নাইট্রোজেন ওক্সাইডকা থেংনবদা নুংশা মঙান্না অমুক মতেং পাংদুনা অহিংবা জীবশিংদা হকথেংননা অবাবা পীরিবশিংগী মনুংদা পেরোক্সি এসিটাইল নাইট্রাইড (পি-এ-এন) অমসুং ওজোন্না মরুওই। পেরোক্সি এসিটাইল নাইট্রেড হায়রিবা কম্পাউন্ড অসিনা নুংশিত্তা য়াওরবা কান্দ্ম ম্লিংকী পি য়াম্না তাবা শ্বর হোনবদা অবাবা পোকহল্লি। মিল, ফেক্টরি অমদি ইন্দস্ট্রিগী চিমনি অমদগী থাদোরকপা কার্বোন কম্পাউন্ড অমসুং সলফর ডাইওক্সাইডনা পাম্বীশিংদা হেন্না অবাবা পীরি। খুদমদি, চিমনিদগী থাদোরকপা সলফর-ডাইওক্সাইডনা পাম্বীগী মনাদা য়াওবা অথোৎপা শরুক্কী ঈশিং মনিলগা তিন্নরগা সলফিউরিক এসিদ শেমই। মসিনা পাম্বীগী চীঙ্গাক শুংবদা অথিঙবা পীবগা লোয়ননা

পাম্বীগী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা ক্লোরোফ্লিওবু চপ চানা মাওহল্লি। মরম অসিনা মিলগী মনাক্তা হৌবা অমদি গাড়ী য়াম্না চংপা সরক্কী মাকলদা হৌবা ও পাম্বীশিংনা চাওজন থিগনি মমৈংদা পাম্বী অদু শিখিগনি।

অসিদসু নত্তনা পেট্রোল গেলোন অমা মৈ চাকপদা থোরক্লিবা কার্বোন মোনোক্সাইড গ্রাম ১৩৬০,০৮ নাইট্রিক ওক্সাইড গ্রাম ৬৮০৪,০০ অমসুং হ চেনবা গ্যাসশিং লিড হায়ড্রোকার্বোন অমদি আরসনিক ওক্সাইডনচিংবা কয়ানা মীওইবগী সমাজদা হকচাং চোকথবা মিং শী তাবা মিং মস্তনচিংবা কয়া থোকহল্লি।

# ঈশিং অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

মালেমগী অহিংবা জীবশিংগী খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা পোৎশিংগী মনুংদা ঈশিং অমনি। অমরোমদনা ওসিগী মালেম অসিগী জীব খুদিংমক অসি ঈশিংদগী ওইরকখিবা ওইবনা শিবা ফাওবা অদুমক দবকার ওই। ঈশিংবু য়াওদ্রবদি হিঙবগী থ্বাফম লৈত্রে। চাওখৎপ্রবা লৈবাক কয়াসু ওসিদি ঈশিং ফংদবদগী মাঙখিবা কয়াগা লোয়ননা ঈশিংদগী থোরকপা লায়না কয়ানা মীওই কযাগী থবাই মাওহনখ্রে। ঈশিং হায়বা কম্পাউন্ড অসিদি হিবম খুদিংমক্তা থক্রবা, ঈকজনবা, চাক -ইলাং থোংবদা লৌউ-শিংউবদা, ইন্দষ্ট্রি ফেক্টরী অমদি ইনর্জি পুথোকপদা ঈশিংনা মকওইবা থৌদাং লৌই। লুরিবদি মালেমগী মীশিংদি মিলিয়ন্দগী বিলিয়ন্দা হেনগৎলকপনা পৃথিবীগী লৈবাক ৮০ গী মীওই বিলিয়ন অনীদি অশেংবা ঈশিং ফংদবগী অৱাবা মায়োক্লরি। ওসিদি পৃথিবীগী মীয়াম অসিগী ঈশিং দিমান্ড তৌবদি চহী ২১ খুদিংগী শরুক ২/২ গী চাংদা হেনগৎলক্লি। ঈশিংগী দিমান্ড য়ামখৎলকপা অদুগা ঈশিংগী রিছোর্সনা থ্বাৎশিল্লকপনা মবক মবক্তা ষ্টেটশিং অমদি থংনবা লৈবাকশিংদা ঈশিং মুন্নবগী থৌদোক থ্বাথোক থোক্তবা নত্তে।

পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ঈশিং থ্বাৎপগী অৱাবা মায়োক্লরিবা লৈবাকশিংদি নোর্থ অফ্রিকা, চিনা, সাউথ আমেরিকা, বঙ্গলাদেশ অমসুং মেক্সিকোনি। ভাবতকী ওইনা মহাবাস্ত্রা, গুজরাত, উবিষ্য, অরুনাচল প্রদেশ, বাজাস্থান অমসুং উত্তব প্রদেশনি। ভাবতকী মীশিং চাম্মগী মনুংদা ৭০ দি অশেংবা ঈশিং থকপা ফংদে। অমোৎপা ঈশিং থক্লুবদগী তোঙান-তোঙানবা লায়না কয়া নাবা যাওই। মবম অসিনা ভাবত সবকারনা ঈশিং নিংথিনা অমসুং লিক্লা শিজিন্নবা নিয়ম হাযবদি থ্বাটর (ঈশিং) এক্ট ১৯৭৪ অমসুং ঈশিং থ্বাৎপগী (থ্বাটরলেস) এক্ট ১৯৭৮ গী আইন কযা শেমখ্রবসু সধারোন মীচম প্রজাশিংনদি খল্পবা থ্বাৎশদগী নিয়মশিং অসি ওসি ফাওবদা মশক থঙবা অমদি কান্নবা থবমথৈদি থ্বাৎলি হাযবা য়াই। পৃথিবীগী অচৌবা তুরেলশিং ইজিপ্তকী নীল, নাইজর,

তাইগ্রিস, সিন্ধু, ব্রহ্মপুত্র অমসুং বরাক্রা থংনবা লৈবাকশিং মাওংদুনা চংলিবা মায়শিংবা তুরেলশিং অসিদগী ঈশিং লৌবা হায়বসি মশানা তাজবনি। অদুবু মরক মরক্তা ঈশিং মুন্নবা য়েন্নবগী উংশ্বংনরকপা অদুমক য়াওরকই।

অরাং-লোংগ্লোক লমদমগী মরু ওইবা ঈশিংগী রিয়োসর্স্তি ফ্রেস বাটরনা ওইবনা জোন অসিদা ঈশিংগী অটোবা খুদোংথিবমক্তি থোকত্রি হায়বা য়াই। অদুবু থেক্লকপগী য়াবগী অকিবদি লৈ। জোন অসিগী মরু ওইবা তুরেলশিং ব্রহ্মপুত্র অমসুং বরাক্নি। পৃথিবীগী লৌউ-শিংউবগী অয়ান্বা শরুক্তি ঈশিংনা লৌই। পৃথিবীগী ওইনা য়েংলবদি ঈথে লৌখোঙ নাইনা ইরিগেসন লৈবদি শুপ্নগী চাদা ১৬ খক্তনি। অতৈদি পুখ্রি, তুরেল-পাৎনচিংবগী ঈশিংদগী তৌই। মহৌশাগী ওইবা তুরেল কয়াদা ঈথে-লৌখোঙ পীনবা বিজুলিগী থাওমৈ পুথোক্লবা অটোবা দাম কয়া শাবদগী ঈশিংগী জীব কয়া মাংশিল্লকপা য়াওদবা নত্তে। ইংশোক ১৯৫০ দা দাম ৫০০০ খক লৈরম্মই। অদুবু ঙসি ১৯৯৬ য়ৌবকপদদি দাম ৩৮,০০০ য়ৌরে। মসিনা মহৌশাগী ওইবা শক্তমদা অমদি বাই-ডাইভার্সিটি থোকহনবগী মরম অমদি ওইরে হায়বসি চুমগনি।

মণিপুরগী ওইনা ফ্রেস বাটর মতিক চানা অদুম লৈজরি হায়বা য়াই। লমদম অসিগী ময়োল ওইরিবা ইম্ফাল সহর মনুংদা লৈরিবা মীওই ৭১.৮২ খুদিংগী স্কার কিলোমিটর ১/১ ফংই। মখোয়গী নোংমদা দরকার ওইবা ঈশিং গেলোন মিলিয়ন ১৭ নি। অদুবু মিলিয়ন ১৩দমক ফংই। মফম অসিগী মরুওইনা ঈশিং পীরিবা মফমশিংদি মিনুথোং, নহাবলি, পোরোমপাৎ, কোইরেঙ্গৈ অমসুং কাংচুপকী তেঙ্কশিংনি। হায়রিবা ঈশিং গেলোন মিলিয়ন ১৭ অসিদি নোংমদা দিল্লিগী ফাইভ ষ্টার হোটেল অমনা শিজিন্নৈ। অদুবু মণিপুরদদি অসিগুম্বা হোটেলদি লৈবু লৈত্রি হায়বা যাই। অদুবু মরক মরক্তা ঈশিং থাদোক থাজিন তৌবিবা বিভাক্কী কর্ম্মচারীশিংনা অন্দোলন তৌদুনা চাং নাইনা ঈশিং পীবা ঙমদবনা সধাবন প্রজাশিংদা হেন্না অৱাবা ফংহল্লি। অদুবু ইম্ফালদগী খরা লাপ্পা মফমশিংদদি পুখ্রি, পাৎ-তুরেলশিংদগী মরাং কাইনা ফংবনা অৱাবগী চাং খরদি হন্থে। অদুবু নোংজুথা লাকপদগী ঈশিংগী অৱাবা খরদি কোক্লে হায়বা যাই। অদুবু মতম কুইনা ঈশিং ফংনরুদবদগী নোং খরা চুরকপদা লাযনা কয়া নাবকপা য়াবগী অকিবদি ফাওনৈ। অদুবু থৌশারুবা কনামত্তদি য়াওদে । নোংজুগী চাং নাইরক্তবগী চৎনবী অসিদি চহী খবগী মমাংদগী হৌনা চৎনরকপা ওইবনা মফম খুদিংমক্তা ঈশিং ৱাংশিল্লকপগী মবম কয়া লাকপনা পুখ্রি, পাৎ-তুরেল, টৌটিগী ঈশিং কয়া নিংথিনা মরম চানা শিজিন্নবগী মতমদি য়ৌরক্লবনি। লোয়ননা নোংগী ঈশিং তুংশিন্দুনা থম্নবা চীঙগী লমদা উমং শেমগৎপগী মক ওইবশিং চীঙমী-তম্মী অনীনা পুম্না অটোবা থৌদাং লৌমিন্নবা তাবি।

ঈশিং হায়বসি হায়দ্রোজেন অমসুং ওক্সিজেনগী ইন-ওর্গানিক কম্পাউন্ড

ওইজরবসু মহি ওঁইবা ময়াম্না পৃথিবীগী শরুক চাম্মগী মনুংদা ৭৫ দি ঈশিংনা কুপশিন্দুনা লৈ। পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা লৈবা ঈশিংদা তোঙান-তোঙানবা কেমিকেল অমসুং মিনরেলশিং য়াওই। পুম্রি, পাং-তুরেল অমসুং সমুদ্রদা লৈরিবা ঈশিংবু তোঙান-তোঙানবা হিরম কয়াদা শিজিন্নবনা ঈশিংদা য়াওবা কেমিকেল অমসুং মিনরেলশিং মরুদোকপা দরকার ওইবনা পার পার্ট মিলিয়ন (পি পি এম) কৌবা খুজিং অমা শিজিন্নৈ।

মীশিং য়ামখংলকপা, বিজ্ঞান টেক্নোলোজি, ফেক্টরী, ইন্দাষ্ট্রি কয়াগী মচুম্না ঈশিংদগী তোঙান-তোঙানবা লায়না কয়া থোরক্লি। মরম অসিনা ষ্টেরিলাইজ তৌরবা অমদি এলম (ফিজিত্রি) ($K_2SO_4 (SO_4)_2 24.H_2O$) হাপচিন্দুনা ঈশিংদা য়াওবা ফত্ত-হৌদিশিংবু মপং (Colloid) শেমদুনা পাত্রদুগী মনিংদা ফমথহল্লি। পুম্রি, পাং, তুরেলগী ঈশিংবু লৈবাক লৈতোয়না চুমথোকুনা শিজিন্নবা য়াহল্লি। অদুবু ইমুং মনুংগী ফত্তা হৌদিশিং চামশিনবা অমদি লগুথবদগী শিজিন্নরিবা ঈশিংগী মগুন হুম্হল্লি। খুঙং সহরশিংদা শিজিন্নরিবা ঈশিংদা ক্লোরিন নত্রগা ব্লিচিং পাউদরনচিংবা হাপচিন্দুনা ওক্সিডাইজ তৌদুনা ঈশিংদা য়াওবা মহিক মতাইশিং হাত্তোকই। মসিগীদমক্তা ইনক্রা রে অমসুং অল্ট্রাভাইওলেট রেশিংসু শিজিন্নৈ। লৈবাক খরদদি ওজোন ওইনসু শিজিন্নৈ।

পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ফংলিবা ঈশিংদা য়াওরিবা কেমিকেল অমসুং মিনরেলশিংগী মতুং ইন্না ঈশিংবু কাওলুপ মঙা থোক্লা খায়দোকই মখোয়বু এ বি সি দি অমসুং ঈ হায়না মমিং থোল্লি। ক্লাস এ গী ঈশিংদা ওক্সিজেন পি পি এম ০৬ য়াওই। অদুগা অহিঙবা জীবশিংগী দরকার ওইবা ওক্সিজেনগী চাং বাইওলোজিকেল ওক্সিজেন দিমান্ট (বি ও দি) পি পি এম শুপ্নগী ০২ খক্তং ওই। ঈশিংদা য়াওবা বেক্টরিয়া কোলিফোর্মদি মিলিলিটর (এম এল) ১০০ খুদিংগী ৫০/৫০ য়াওই। অদু ওইরবসু মখল অসিগী ঈশিং অসি ট্রিটমেন্ত তৌদনা থকপা য়ারে। ক্লাস এ গী ঈশিংদা য়াওবা কেমিকেলশিংগী পি পি এমশিংদি লিড ০°১ কেদমিয়ম অমসুং সেলেনিয়ম ০°০১ ক্রোমিয়ম আরসেনিক অমসুং সিয়ানাইড ০°০৫ ফেনোল অমসুং মারক্যুউরি ০°০০১ পি ঐচ ৬°৫ দগী ৯°২ ফাওবনি। ময়াক কনবা ঈশিংদা য়াওবা কেলসিয়ম পি পি এম ৬০০ মেগ্নিসিয়ম ১৫০ য়োং ০°৩ দগী ১°০ ফাওবা মেনগনিজ ০°৫ কোপর ১°৫ ক্লোবাইদ ১০০০ সলফেট ৪০০ ফ্লোরাইড ১°৫, নাইট্রেট ৪৫ অমসুং নাইত্রাইড ১২ জিঙ্ক ১৫ নি। মবম অসিনা ক্লাস এ গী ঈশিং অসি থকপা য়ারে।

ক্লাস বি গী ঈশিংদা ওক্সিজেন পি পি এম ০৫ অদুগা বাইওলোজিকেল ওক্সিজেন দিমান্ট পি পি এম ০৩ য়াওরগা বেক্টরিয়া কোলিফোর্ম ঈশিং মিলিলিটর ১০০ খুদিংগী ৫০০/৫০০ য়াওবনা ইরুজবদি য়াই থকপদি য়াদে।

ক্লাস সি গী ঈশিংদি কেমিকেল হাপচিন্দুনা ষ্টেরিলাইজ তৌত্রবদি থকপা য়াদে। পুম্ম্রি, তুরেল, পাং, খোঙয়াল্লনচিংবগী ঈশিং অসি ক্লাস (সি) গী মনুং চল্লি। অদুগা ষ্টোক তৌরগা কেমিকেল হাপচিন্দুনা পব্লিক ব্রাটর সপ্লাই ওইনা শিজিন্নে।

ক্লাস দি গী ঈশিংদি মীনা শিজিন্নবদি ফত্তে। অদুবু ৱাইল্ড লাইফ অমসুং ফিসরিজদা শিজিন্নরিবা অসিনি।

ক্লাস ঈ গী ঈশিংদি লৌউ-শিংউবা অমদি ইন্দাষ্ট্রিশিং চলাইবদা শিজিন্নে। তুরেলগী ঈশিং অসি ক্লাস ঈ গী মনুং চল্লি।

পৃথিবীগী মীশিং য়ামখৎলকপনা ঈশিংগী রিছোর্স ব্রাংশিল্লকপনা ঙসিদি ক্লাস খুদিংগী ঈশিং শিজিন্নরক্লিবা অসিনা ঈশিংদগী লায়না কয়া নাবা অমসুং নারকপগী অকিবা লৈবনা ঐখোয়গী ঈশিংবু লু-নান্না থমদুনা ক্লাস এ দা ওল্হোকপগী মতম য়ৌরে। ফ্রেস ব্রাটরগী চাং চহী খুদিংগী ব্রাংশিল্লকপনা লৈনুংদগী হুত্তুনা ঈশিং চিংখৎপগী থৌরাং কয়া পায়খৎনরক্লি অদুবু অসিগুম্বা হেল্ড পম্পগী ঈশিং অসি অয়াম্বনা য়োৎকী চাং য়ম্না য়াওবা মরম্না ঈশিংগী মচু লুজরবসু মনম নম্বা অমদি শীজিন্নরিবা মীশিংগী হকচাংদা অমাঙ-অতা থোক্লপগী থাজবা ব্রাঙই খোঙ-খৃত্তা ককই থাঙবা মচু চুবনচিংবা য়াওই অদুগা মীয়াম্না শীজিন্নরিবা ঈশিং লীদুনা থম্বগী মওং অসিসু ঙসিদি য়াম্না চেকশিনবগী মথৌ তারে । মরমদি এলুমিনিয়ম অমসুং ষ্টিলগী পাত্রশিংদা লীদুনা থম্বা ঈশিংদা ক্রোমিয়ম নিকেলনচিংবা কয়াগী রিএক্সন থোক্তুনা কেন্সর নারকপগী অকিবা লৈ । অমরোমদনা ঙসি ঈশিংগী মগুণ হুম্বরকপদগী থক্লরিবা ঈশিং ফাওবা লৈদুনা শীজিন্নবগী হৈনবী লাক্লি অদুবু হাক্লিবা পাত্রা প্লাষ্টিক অদু মাগী গরেন্টি হায়বদি এক্সপিয়ারি ওইবগী মওংদি থন্নদে । হাক্লিবা পাত্র মনুংদা য়াওরিবা ঈশিং অদুগী মতম কম্পনিনা পীবদগী হেল্লবদি ঈশিং অদুদা প্লাষ্টিরাইজেসন থোক্তুনা ঈশিং অদু হু ওইরকপা য়াই । মরম অসিনা শীজিন্নরিবা ঈশিং লীদুনা থম্বগীদমক য়োৎকী পাত্রশিং অমদি লৈবাক্লা শাবা চফুনা খ্বাইদগী হেন্না ফরে । চীঙ্গাক থোং-থাকপদসু এলুমিনিয়ম অমসুং ষ্টিলগী কোল্লিক্তগীদি য়োৎ অমসুং চফুনা হেন্না ফৈ মরমদি মসিনা চীঙ্গাক্কী মচলশিংগা রিএক্সন থোক্তে । খুদম ওইনা পুম্ম্রি তুরেলগী ঈশিংনা থোংবা থাকপা চীঙ্গাক্কী মহাওগা নোংগী ঈশিংনা থোংবা মহাওগা মান্নদে ॥

# পোলুটেন্টশিংদগী ঈশিং ঙাকথোকপা

অহিঙবা জীবশিংদা য়াম্না মরুওইবা মচাকশিংগী মনুংদা ঈশিং অমনি। ঈশিং য়াওদ্রবদি মালেমদা লৈরিবা জীবশিংনা হিঙবদা লুগনি। ঈশিংগী ইমায়বু লিংথিনা শেমজিন-শাজিনবীদবনা অকিবা মখলগী ঈশিং ঈচাও থোকহল্লি। ঈশিংবু অহানবা ওইনা ইংরেজিগী কেমিষ্ট সার হেনরি কেভেনদিসনা নুংশিত্তগী হায়দ্রোজেন কৌবা গ্যাস অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা ফংলকপা পোংথোকনি। মমথৈংদা ঈশিং শাগৎপদা য়াওবা মচাকশিং ফাওবা পুথোকপ্রে।

ঈশিংদি মপঙ মহি অমসুং মনিল গ্যাস ওইনা ফংই। ঈশিংনা জিরো দিগ্রী য়ৌবদা মপঙ ওইবনা উন ওইনা লৌনৈ। আর্টিক রিজনগী মফম খরদা ঈশিংগী টেম্পরেচরনা জিরো ওইবনা অয়াম্বা মতমদা মফম অসিবু উন্না কুপ্পুনা লৈ। অদুগা অমরোমদা পৃথিবীগী ইমায়দা লৈবা পুখ্রি, পাৎ, তুরেল, সমুদ্রনচিংবদা ঈশিংনা মহি ওইনা পৃথিবীগী কুয়োম অসিবুসু ঈশিং মনিলনা কুপশিন্দুনা থমই হায়বা য়াই। মসিগী খুদমদি, ঐখোয়গী এটমোস্ফিয়ারগী নুংশিত্তা ঈশিং মনিল মেত্রিক টন ৫০,০০০ স্কার মাইল অমদা য়াওই। মরম অসিনা ঈশিংদি অহিঙবা অমসুং হিঙদবগী মরুওইবা পোৎচাক অমনি। ঈশিংদা হৌবা পাম্বীশিংদা ঈশিংগী চাং চাদা ৫০ দগী ৯৯ ফাওবা অদুগা মীওইবগী হকচাংদা য়াওবা ঈশিংদি চাদা ৭০ নি। মসিদসু নত্তনা মীওইবগী চীঞ্জাক্তসু ঈশিংগী চাং য়াম্না য়াওই।

অদুবু নাকল অমরোমদনা মালেম অসিগী ঈশিংগী হৌরকফমদি পাৎ, তুরেল, পুখ্রি, সমুদ্র, গিরি-গুহানা ওই। বিজ্ঞান চাওখৎলকপনা ঙসিদি তোঙান-তোঙানবা অকিবা ফংলবা লায়না কয়া ঈশিংনা পুথোরকই হায়বসি খঙনরক্লি। মতাং অসিদদি অফবা অমসুং ফত্তবা ঈশিং মচা তানা খন্দোক্তুনা শিজিন্নবগী তঙাইফদবা লৈরক্লি। মরম অদুনা ঙসিদি ঐখোয়গী ঈশিং লু-নান্না অমদি ঈশিংগী হৌরকফম্বু নিংথিনা শেম-শাদুনা পোলুটেন্টশিংদগী ঙাকথোকপা তঙাইফদ্রে।

ঐখোয়গী ঈশিংগী হৌরকফম নৈনরবদি নোংগী ঈশিংনা খ্বাইদগী হেন্না শেংবা মখলগী ঈশিং ওইগনি। মরমদি পুখ্রি, পাৎ,তুরেল, সমুদ্র অমসুং গিরি গুহানচিংবগী ঈশিংদা নুম্মিৎকী মঙান্না য়ৈবদা মনিল ওইনা পৃথিবীগী মথকলোমদা পায়খৎখিদুনা ঐখোয়গী কুয়োমগী অইংবা নুংশিৎকা থেংনদুনা লৈচিল শেমই। লৈচিলশিং অদুনা অমুক হুমদুনা পুরগা অমগা অমগা তিন্নদুনা নোং ওইনা মালেমদা তারকপনা নোংগী ঈশিংদি শেংদোক্লবা ঈশিং ওইনা লৌবা য়াই।

অদুবু নোংগী ঈশিংনা মালেমদা তারকপা মতমদদি পৃথিবীগী ঈমায় য়ৌরকত্রিঙৈ নুংশিংত্তা য়াওবা তোঙান-তোঙানবা কেমিকেলশিংগী কম্পাউন্দ কয়া খুদম ওইনা ওক্সিজেন কার্বোন ডাইওক্সাইড এমোনিয়া নাইট্রস এসিদ নাইট্রিক এসিদ অমসুং ওর্গানিক কম্পাউন্ড কয়াবু তুমহন্দুনা অশেংবা নোংগী ঈশিংবু অমুক শেংহন্দে। অমরোমদা সহরগী অমোৎ-অকায় কয়াদগী থোরকপা সলফর কম্পাউন্ডশিং খুদম ওইনা সলফর ডাইওক্সাইড হায়দ্রোজেন সল্ফাইড অমসুং সলফিউরিক এসিদনচিংবা কয়াসু নোংগী ঈশিংদা পুনশিনখিবনা ঐখোয়না ওসি শিজিন্নরিবা ঈশিংগী মগুণ হেন্না শেংহন্দে। মসিনা অহিঙবা জীবশিংদা হেন্না খুদোংথিবা কয়া থোকহল্লি।

তুরেলগী ঈশিংদা মখোয়গী হৌরকফম অমসুং লৈফমগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা ওর্গানিক কম্পাউন্ডশিং য়াওই। মখোয়গী মনুংদা সোদিয়ম বাইকার্বোনেট সোদিয়ম ক্লোরাইড, সোদিয়ম, সলফেট সোদিয়ম কার্বোনেট অমসুং পোটাসিয়ম, মেগ্নি সিয়ম অমসুং য়োংকী চাং য়াম্না য়াওই। মরম অসিনা ঈশিং অমদি ঈশিংদা হৌবা পাম্বীশিংদা অচৌবা অকাইবা পীবতা নত্তনা ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী পুন্সিদা অচৌবা অহোংবা থোকহল্লি। মরম অসিনা ওসিগী মণিপুরগী তুরেলশিংদা লৈরম্বা ঙা মখল কয়াগী মশিং হন্থরক্লি।

মরম পুম্নমকশিং অসি য়েংলুরগা খুঙ্গং অমদি সহরগী মীয়াম পুম্নমক নুপী অঙাং পুম্নমক্তা ঈশিংগী মরুওইবা খঙহন্দুনা ঐখোয়গী পুখ্রি, পাৎ-তুরেল, গুহানচিংবগী অকোয়বগী ফিভম ফগৎহন্দুনা অশেংবা অরুবা ঈশিং থমদুনা শিজিন্নবনা অমত্তা ঙাইরবা হকচাং ফনবা পাম্বেনি।।

## নাশিক অমসুং ইনবাইরোনমেন্ত

নাশিক হায়বসি মণিপুরদা খ্বাইদগী হেন্না পাক শন্না থানবা পাম্বীশিংগী মনুংদা অমনি। পাম্বী মখল অসি মহৌশাদগী হৌনা শিজিন্নবা য়াদবা মফমশিংদা অয়াম্বা থানৈ। অদুবু মণিপুরগী ওইনদি অসিগুম্বা ব্রেষ্টলেন্দগী লমদি খরা মখৈ ব্রাংচৈ। অদুবু লমদম অসিদদি নাশিক পাম্বী অসি শোরোক্কী নাকন্দা অমদি য়ুমগী অকোয়বদা থানৈ। মসিগী মরমদি পাম্বী অসি য়াম্না থুনা চাওই অথুবা মতমদা শিজিন্নবা য়াই। য়োন্দুনা শেল তানবা য়াই। মরম অসিনা নাশিকপু কম্মর্সিএল প্লান্ত হায়নসু খঙনৈ।

ইংশোক ১৭৯০ দা ভারত্তা টিপু সুলতান্না পানবা মতমদগী হৌনা নাশিক থাবা হৌরকখি। অদুবু মতম অদুদা লৈরম্বা মীশিংনা নাশিক পাম্বীবু মৈ থাবগী ওইনা থানরমই। মথংদা চাওখৎপগী মমি খরা লাক্লবা মতমদা চে শুঙবা অমদি থাউ শুঙদুনা শিজিন্নবা

হৌরকখি। নাশিক পাম্বীদগী শুঙবা থাউনা হকচাং চিকপা নাবদা তৈদুনা ফহনবদা শিজিন্নরমই। ঙসিসু কনাগুম্বনা নাশিক মনা ফুংলগা হিগা য়েদুনা খাঙ নাবা অমদি কোক্তা ইরুজন্নগা হিক লৈবনচিংবা কোকহনবা ঙমই।

মণিপুরদা ঙসিদগী চহী খরগী মমাঙদগী হৌনা ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্টকী মখাদা নাশিক পাম্বীশিং অসিবু পাক শন্না থাবা হৌরকখি। অদুবু নিংশিংহৌগদবা ব্রাফম অমদি পাম্বী মখল অসিনা য়াম্না থুনা চাওরিবসিগী মতিক লৈবাক লৈহাও অসুক্কী মতিক য়াম্না চুপশিল্লি। পাম্বী অসিগী মরানা লৈবাক মনুংদা মিটর ৩ দগী ৪ ফাওবা লুনা চংখিদুনা লৈবাক লৈহাওদা য়াওবা ঈশিংগী চাং য়াম্না চুপশিল্লি। মরম অসিনা পাম্বী অসিগী মনাক্তা বেক্টরিয়া পুবা নাপী পোঙফাইনচিংবা অমত্তা নিংথিনা হৌবা ঙমদে। অসিদসু নত্তনা নাশিক হৌরিবা মফম অদুগী মিটর তন্থাই অমগী অকোয়বদা অতোপ্পা পাম্বীশিং হৌবা ব্রাংলি। নাশিক পাম্বীনা লৈবাক লৈহাও য়াম্না চুপশিনবা অমদি লৈহাওগী অঙৈং-অশাদা অচৌবা অহোংবা পীবনা নাশিক মনাক্তা লৈবা য়ুম নত্রগা সরক্কী নাকন নমথবা অমদি লমহাংদা লৈক্রক লাকপা মশানা তাবনি।

নাশিক পাম্বীগী মউ অমদি মনা মহৌশাদগী হৌনা মশা নানবা ওইবনা নুংশিত্তা য়াওবা কেমিকেলশিং চুপশিনবগী চাং হম্বে, নিল খোঙবগী চাং ফাজিনবা ব্রাংলি। মরম অদুনা পাম্বী মখল অসিখক থাদুনা মোনোকলচরখক তৌবনদি মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী ফিভমদা পীরিবা কান্নবা খরদি অদুমক ব্রাংলি। নাশিক মনাশিং মনা য়াম্না কেঙ্গরবসু ওর্গানিক মেন্যুয়রগী চাংদি হম্বে। মরম অদুনা নাশিক থাবনা লৈবাক লৈহাওদা কান্নবগী চাং য়াম্না ব্রাংলি। মসিমক মহৌশাগী ওইবা ফিভমদা লাকপা শিংনবনি হায়না লৌনৈ।

নাশিক পাম্বীগা শা-উচেকশিংগা লৈনরিবা মবী ফত্তে হায়না লৌনৈ। মরমদি নাশিক পাম্বীদা উচেক মরাং কায়না তোংবা ব্রাংলি। পাম্বী অসিগী মহৈ-মবোংসু উচেকশিংনা পাম্না চাদে লোয়ননা শা-কৈশিংনা মপাল তাংজগদবা নাপী মবাং কাযনা হৌদবনা ব্রাইল্ড লাইফ যোকখৎপদা নাশিক থানদে। অদুবু নাশিক পাম্বী অমত্তা থারোইদবনি হায়বসি নত্তে। অদুগা হৌবিবা খরা অসিসু লোইনা যাম্থৎকদবনি হায়বসিসু লানগনি। অদু ওইরবদি, নাশিকখক থাদুনা মোনোকলচব তৌবগী মহুত্তা নাশিক পাম্বীশিংগী মরক্তা পুঙদোল থৈবোঙ তৈনৌনচিংবা মনা অপাকপা মউ চবৌ-চবৌ লাওবা পাম্বীশিংগী অপুনবা পোলিকলচর তৌবগী দবকাব লৈবে। মসিগী মবমদি নাশিক্কা চুপশিনবা ঙমদবা নুংশিত্তা য়াওবা কেমিকেলশিং অমসুং অহৌবা খোঞ্জেল কযা অতোপ্পা মনা পাকপা মউ অথাবা পাম্বীশিংনা চুপশিন্দুনা মালেমগী ইকোসিষ্টেমদা অচৌবা মতেং পাঙই। ইংশোক ১৯৮৩ দগী ১৯৮৮ ফাওবা লেপ্তুনা চঙশিল্লকখিবা নাশিক্কী

মোনোকলচরগী মহুত্তা পোলিকলচর তৌদুনা বোলিভিয়া, ইথোপিয়া, সিঙ্গাপুরনচিংবা লৈবাকশিংদদি পোলিকলচর তৌবগী কান্নবা কয়া ফংনগ্রে। অদুবু লমদম অসিদসু পোলিকলচর তৌদুনা হোলটিকলচরদা মিৎয়েং হেন্না থম্বগী তঙাইফদবা লৈরে। মতাং অসিদা মণিপুর সরকারগী ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্টকী মোত্তি করি লৈরিবগে হায়বসি মীয়ামদা খঙহন্নবগা লোয়ননা হীরম অসিদা প্রোজেক্ট অমা তৌবগী তঙায়ফদবা লৈরে ।

# হিংশা অমসুং লান

লান হায়রগা মহাভারতকী রমায়নগী অমদি পৃথিবীগী অহানবা অমসুং অনীশুবগী লান্দা শিনখিবা অমদি হাত্তোক্লখিবা ময়াম অমদি হৌখিবা চহী খরগী মমাংদা শোক্লখিবা গল্ফকী লান পেলিষ্টনিয়নগী লান ইজরেল, সোমালিয়াগী লান্দা হাত্তোক্লখিবা শিনখিবা মীয়াম অদুখক্তবু খঙনৈ। অদুবু ঙসিদি মণিপুরদসু অঙকপা মখলগী লান অদুমক চথরি হায়বা য়াই। যুম মৈ থাবা, ফুদৎনবা, হাৎনবা, কাপ্পবনা নোংম-নোংমগী থৌরমশিং ওইরক্লি। মসিমক্লা চাংচত্তা পারবদি নোংমদা মী ২/৩ দি অদুমক শিবগী হৈনবী লাক্লি।

মসিদা নত্তনা ঙসিগী মালেম অসিগী মীয়াম অসিনা থেঙনরিবা লানগী মশিং অসুক্কী মতিক য়ামই। মদুদি মীশিং হেনগৎলকপদগী চীঞ্জাক য়াৎশিল্লকপা, লৈনবা লম লৈশিল্লক্তবগী অৱাবা, শিজিন্নরিবা পোৎ-চৈ লৈরক্তবগী নুংঙাইতবা, মীগা মীগগী মরক্তা অচৌবা খেৎনবা ময়াম অসিনা সিভিল রাইওট থোরকপা অঙকপা নত্তে। থোইদোক্লা লুরিবদি মীওইবগী সমাজনা মহৌশাগী ওইবা শক্তমদা হুন্ন-হুন্না লেপ্পলৈতনা লান্দারিবা অসিনি। লান্দা নত্তনা লম-লমগী লৈবাক ঙাক্লবা পৈশিন্দুনা থম্নরিবা খুৎলাই কয়া অসিবু কয়াম কুইনা তুমিন্না থম্বা ঙমগনি। খুৎলাইশিংগী চাংয়েংদা ঙসিগী অকোয়বগী শক্তমদা হেন্না শীঙনদুনা হৌজিক্কী মীয়োল অসিবুতা নত্তনা তুংগী মীয়োলশিংবু ফাওবা মরু ফঙনা মুথৎনবা হোৎনবা য়াওদবা নত্তে, ইংশোক ১৯৪৬ কী আগষ্ট তাং ৬ অমসুং ৯ গী জপানগী হিরোসিমা অমসুং নাগাশাখিদা য়ু এস এগী চাংয়েং তৌখিবা এটোম বোমগী অমাঙবা ঙসিসু নিংশিংলি। হায়রিবা এটোম বোম থাদখিবা মফম অদুগী ইনবাইরোনমেন্ত অসি মতম অমগী নাগাশাখি হিরোশিমাগী শক্তমদা হল্লকপা ঙমদ্রি ।

চহী খরগী মমাঙদা গল্ফকী লান্দা থাউগী উতোং কায়বদগী সমুদ্রদা থাউ মচুমশিং চেন্থখিবনা ঈশিংদা লৈবা মখল কয়াগী ঙা কয়ামুক মাঙহনখ্রিবসি মহৌশাগী লন মাঙখিবনি। পৃথিবীগী জাতি খুদিংমক্কী খরচ অসি অঙাংশিংগী অফবা চীঞ্জাক শীবদগী, লাইরিক লাইশু তম্বীবদগী, খুঙ্গং শেমগৎ-শাগৎপদগী, অমদি মহৌশাগী ওইবা খল

কাইদনবা উমং-রামং শেমগৎপদগী, লানগী খুৎজু-খুৎলাই শাবদা থাদবা পৈশানা চহী খুদিংগী ডোলার বিলিয়ন ২০০/২০০ হেন্দুনা লাক্লি। চহী অসিগী বজেৎতা লারিক-লাইশু তম্নীবদা শুপ্পতগী চাদা ৪, অদুগা দিফেন্সতা চাদা ১৪, হেনগৎলি । ঙসিদি মালেমগী মীয়াম অসিদা পোকখাইগনবা নোংমৈ নত্রগা রোম অমমমদি অদুমক থুংনরবনি। রুসিয়া অমদি আমেরিকা খক্তনা মেগাতোন ১০০০/১০০০ গী ন্যুক্লিয়ার ষ্টোকপাইল ৬০০০/৬০০০ পৈশিন্দুনা থম্মরি। মেগাতোন ১/১ না অকোয়বগী শক্তমদা পীরিবা অমাঙ-অতাশিংদি মমাঙগী ইতিহাসনা শাখিনি । পৃথিবীগী শক্তি লৈরবা লৈবাকশিংনা লাম্নীগী ট্রেনিংখক্কী ওইনা চহী অমদা লুপা ডোলার ৮,০০০ খরচ তৌই। অদুগা অঙাংশিংগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী অমদি বেলেন্স ডাইটকী খরচতনা লুপা ডোলার ১০০ ফাওবা য়ৌদে। ভারতসু অদুম মঙাই অঙাংশিংগী লাইরক-লাইশু তম্বগী চীঙাক্কী ওইনা শুক্রগী লুপা চাদা ৪ খরচ তৌই অদুগা লানগী খুৎজু-খুৎলায় অমদি লাম্নীগী ওইনা চাদা ১৪দা হেনগৎখ্রে । মরম অসিনা ঙসিগী হৌরক্লিবা অঙাংশিংদা লাম্নী ওইনিংবগী হৈনবীসু ওইবা য়াই। লোইননা হিংনবগী লান্দা অতোপ্পা লম্বীশিংদা চৎখিবসু অদুমক ওইরিবনি। নিংশিংবা য়াবদি, *বিজ্ঞান য়াওদবা ধর্মদি কান্নদে অদুগা ধর্ম য়াওদবা বিজ্ঞানসু খ্বাইদগী খুদোং থিনিংঙাই ওই।* লানগীদমক খুৎলাই পৈশিনবা লাম্নী য়াম্না থমজনবা য়ুম মৈ থাবা মী হাৎপা ফুনবা হিংশা অমসুং লান হায়বসি চাওখৎপগী খুদম নত্তে। মসিনা শান্তি পুরকখিবা ঙসিগী ইতিহাসতা য়াওখিদ্রি। মসিদি মহৌশাগী লাইরেম্বীদা হেন্না শিঙনবনি। অদুবু বিজ্ঞান্না পুথোকখিবা খুৎজু-খুৎলাই পুম্নমক মহৌশাগী ওইবা শক্তম্নু মাঙহননবা অমদি শোকহননবা পুথোকখিবদি নত্তে। অদুবু লান্নবু শিজিন্নরবদি অস্মাঙবা অদুমক লৈজে। অদুবু বোম নোংমৈবু ফাগী তাহনবদি মীওইবা সমাজবু করেম্নবনি। ইংশোক ১৯৮০ দগী ঙসি ফাওবদা অৱাং-নোংপোক লমদমদা হাৎনরিবা শিনরিবা ময়াম অসিগী এক্স-গ্রেসিয়া অমদি খুৎলাইশিংগী খরচ ময়াম অদুনা লমদম অসিগী মহৌশাগী ওইবা শক্তমগী খল মান্ননবা উমং-রামং অমদি বাইও গ্যাসনচিংবগী থৌরাং পায়খত্নুনা ঐখোয়গী বাইও-মাস ইনর্জিশিং তুশিন্দুনা থম্লম্লগদি অনৌবা শান্তিগী লমদম অম্না শোয়দনা ওইরম্লগনি। ইংশোক ১৯৯৫ দগী ১৯৯৭ ফাওবদা চত্থরকখিবা ইথনিক ক্রাইসিসতা য়ুম কয়া মৈ থাবদগী থোকখিবা মৈখুশিং অদুননি ঙসিগী এসিদকী নোং অমদি শাবগী চাং হেনগৎলক্লিবা। মরমশিং অসিনা মহৌশাগী ওইবা শক্তমদা হিংশা অমদি লান্দাবিবা অসি মীওইবগী সমাজনা ওইরে। মরম অসিনা ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী খ্বাইদগী চাঙবা য়েক্রবদি লেপ্প লৈতনা হেনগৎলক্লীবা মীওইবগী সমাজ অসিনা ওইরে ।।

# মিলেনিয়ম অমগী অশঙবা ইনবাইরোনমেন্ত

মণিপুরগী অয়াম্বা মফম পুন্নমক্কী লৈফমশিংগী মতুংইন্না শিজিন্নবগী মওংসু খেৎনৈ। লমদম অসিগী শাক চাওবা হেক্টর মরিকুনিপাল দশমিক মাপল শুন্নুদি অচৌবা পাম্বী মখল য়াম্না হৌদবা মরমনা রাজ্য অসিগী মী অয়াম্বনা মফম অসিদা কৃক-কৃক ইন্নদুনা খুম দা লৈতাদুনা লৈনরি। অদুগা হেক্টর লিশিং য়াম্খৈমরিগা চামরি কুন্থ্রাদা য়ুম-ইখোল কোয়দুনা উ-ব্রা অমদি মনা-মশিং থাদুনা মফম অদুগী মী অয়াম্বনা অতেকপা মনা-মশিং অমদি উহৈ-বাহৈ চাদুনা হিঙই। অতেকপা মনা-মশিং অমদি উহৈ-বাহৈশিংনা হকচাংদা মচি ওইবা চীঞাক্কী ভিটামিন কয়ামুক পীদুনা হকচাং নুংঙাইনা অমদি কুচু শেংনা লৈহনবতা নত্তনা ঈগী ঈচেল নিংথিনা চাং নাইনা থম্বা ঙমই।

লমদম অসিগী মরু ওইবা শিনফমদি লৌউ-শিংউবনি। হেক্টর লাক্ষ অমগা লিশিং নিফুনিপাল চামঙা হুম্ফুতরানিথোই দশমিক তরুক অনীদি মরু ওইনা লৌউ-শিংউবগী মফমনি। শিনফম অসিনা মরু ওইবা মফম ওইজরবসু মতিক চাবা ঈথৈ লৌখোঙ লৈতে। চহীগী নোংজু লাকপা ঙাইবনা অয়াম্বনি। অসুম্না ঙাইনরিবা নোং অসিসু ঙসিদি চুফম থোকপা মতমদা চুরক্তবনা ইকং থোকপগী অব্রাবা লমদম অসিদা তোইশিল্লকপগী অব্রাবসু লৈরক্লি। ইকং থোকপা হায়বসিমক্তবু নোং চুরক্তবা পুম্রি, পাৎ-তুরেলশিংদা তুঙদুনা লৈরম্বা ঈশিং অয়াবা কংশিল্লকপনা মীয়াম্না ঈশিংগী অব্রাবগী চৈথেং ফংবনি। মমাঙগী চহী খরদা (১৯৯৯) নোং থেংনা চুরক্পদগী খুঙ্গং, সহর অনীমক্তা ঈশিংগী অব্রাবা নঙখি। অসুম্না অব্রাবা তাখিবা অদু মীয়াম্না করিসু নৌহৌনা খত্থরবা তৌনদে। খত্থরবগী মহুত্তা হেন্না কংহল্লক্রবগী মচাক পীবগুম তৌই। মসিগী মরমদি চহী খুদিংগী মীশিং হেনগৎলকপা, শিজিন্নরিবা গাড়ীগী মশিং হেনগৎলকপা, জঙ্গল কোকথোকপগী চাং হেনগৎলকপা, সাইন্স অমদি টেক্নোলোজিগী পোথোক-রেফ্রিজেরেটর, ফোটো কোপি মেছিন, ইয়ার কন্দিস্নরশিং অমদি রেদিও এক্টিভ ইলিমেন্টশিং শিজিন্নবগী চাং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লিবা মেছিন কয়াদগী থাদোরকপা গ্যাস কয়ামুক্না মালেমগী হুব্রা-নুংশিৎ অমদি অঈং-অশাদা অচৌবা অহোংবা থোকহন্দুনা গ্রিন হাওস ইফেক্ট ওইরকপগী মরম ওই।

গ্রিন হাওস ইফেক্ট অসি ব্রাংলিমথৈ মালেমগী শাক্কী চাং হেনগৎলকপা মশানা তাবনি। মফম অমগী হুব্রা-নুংশিৎ অঈং-অশা অমদি নোংজু-নুংশাগী চাং মান্ননা থম্নবা

মহৈ-মরোং থানবা অমদি মফম অদুগী মীপুম খুদিংনা অশেঙবা নুংশিং খর হোনখদা শিজিন্নবা, অঈংবা মালেম ওইহন্নবা উমং-ব্রামং অমদি জঙ্গল মরাং কাইনা শেমগৎপা তঙাইফদে। জঙ্গল মরাং কাইনা লৈরবতদা মালেম অসিগী মহৌশাগী ওইবা খল মান্নবা থম্বা ঙমগনি হায়বসি সমাজ অসিগী মীওই খুদিংনা য়াকম থোকই।

লমদম অসিগী ওইনা হান্নদগী হৌনা লৈজরক্লবা উ-ব্রা মরাং কাইনা হৌরবা জঙ্গলনা কোল্লিবা মফম অসি হেক্টর লাখ অমা লিশিং তরেৎ চামরি তরামরি (ফোরেষ্ট দিপার্টমেন্ট, মণিপুর:১৯৯৮) হৌজিক হৌজিক কন্না শেমগৎলক্লিবা উমংগী পাক চাওবনা হেক্টর লাখ মাপল লিশিং মরিফুতরা তরেৎ চামঙা মরিফুতরা মাপল দশমিক তরুক মঙানি। চাদা পারগদি শুপ্নগী নিফুমরি দশমিক তরুক মাপলনি। অদুগা নাপি হাবুং খরদি হৌরগা শিজিন্নবা ফজনা য়াদবা মখলগী লম পাক চাওবনা হেক্ট লাখ নিপাল লিশিং হুম্ফুমরি চাতরুক তরানিথোই দশমিক নিপাল শুন্যনি। অসুম্না ফংলিবা উমং-ব্রামং অমদি শেমগৎলক্লিবা উমংশিং অসিনা মালেমগী খল মান্নহনবা ঙম্বসু নত্তে।

অমরোমদনা পোৎ-চৈ থাবা য়াদবা অহাঙবা লমহাং কয়ামুকসু লমদম অসিদা মরাং কাইনা লৈবা মীয়াম্না অদুম থেংনরিবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা শিজিন্নবা য়াদ্রবা লমহাং মফমশিংবু শিজিন্নবা য়াবা মফমশিং ওন্থোক্লবা মাপল লৈবাক্তগী নাশিক লৌরুদুনা থানে। অদুবু নাশিক্লা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী ফিভমদা য়াম্না চাওনা কান্নবা পীবদি নত্তে। অদুবু নাশিক্লী শাগৈ ওইজরবসু **একাশিয়া** হায়রিবা পাম্বী মখল অসিনদি ঐখোয়গী ইনবাইরোনমেন্ততা কান্নবা খরদি পী। চবৌ-চবৌ লাউবা মউনা নুংশিত্তা য়াওবা কেমিকেলশিং চুপশিনবা ঙম্মী। মরু ওইনা গাড়ী য়াম্না চেনবা লম্বীগী ময়াদা পাম্বী অসি থাবা কান্নে।

ভারতকী ওইবা মিৎয়েং অমদা মহৌশাগী খল মান্নবা থম্বদা দরকার ওইবা মফমশিংগী পাক চাওবা অসি চাদা পারুরবদি লৈফম থোকপা উমং কুম্থ্রাহুমদোই পারসেন্টনি। অদুবু উমং হুম্বরকপদগী শাবগী চাং হেনগৎলক্লি। মরম অসিনা উমং ব্রামংগা হব্রা নুংশিৎ অমদি অঈং-অশাগা ভেরাইস ইনভর্সিলি প্রপোর্শ্নেল ওইনৈ। অসুম্না ফেক্টর অনীগী নক্লবা মরী লৈনবনা মালেমগী অহিঙবা জীবশিংদা অকনবা চৈথেং অমদি পীরি। জীব খুদিংমক য়াম্না কা হেন্না শাবদা অমদি কা হেন্না ঈংবদা হিঙবা ব্রাজে। অসুম্না মালেমগী হব্রা-নুংশিৎ অমদি অঈং-অশানা চাং নায়রক্তবনা ঙসিদি মালেমদগী মখল কয়াগী মমল য়াম্লবা শা মখল কয়া মাঙগ্রে। হৌজিকসু মাংলকপা য়াবগী অকিবা কয়া লাক্লি। মালেমদগী মখল কয়াগী শা-ঙাশিং মাঙশিল্লকপগী চৎনবী অসিনা অদুমক চথরক্লবদি জীবশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী শিংলবনি হৈরবনি হায়না চাওথোকচরিবা মী হায়রিবা জীব অদুসু নোংমদি শোইদনা মালেমদগী মুৎথ্রগনি হায়না লৌনরক্লি। অসিগুম্বা অকিবা অসিদগী কনবা ঙম্বসি মালেমগী

মীওইবগী কাণ্ডলুপ নত্তনা কনা লৈতে মালেমসিদা। অদুবু শিংই হায়রিবা মীওইবগী কাণ্ডলুপ অসিনা মালেমগী প্রকৃতি ইমাগী করি মতেংদি পাংথোক্লগে হায়বা য়াবা ফাওদে। মীওইবগী কাণ্ডলুপ অসিনা হেক পোকপদগীনা মহাক্র হেক শিবা ফাওবদা মালেমবু ওৎপা নৈবা ঙাক্তনি। তোঙান-তোঙানবা পোলুসনগী মচাকশিং, হায়ড্রোজেন বোম, এটোম বোম, ন্যুক্লিয়র বোমতা নত্তনা তোঙান-তোঙানবা অহিংবা জীবশিংবু খুদক্তা অমদি তপ্না-তপ্না মাঙহনবা ঙম্বা কেমিকেলশিং অমদি এসিদশিং লোং ওইনা উক্তুল ওইনা মৈথু ওইনা লৈচিন ওইনা মালেমসিদা তোইনা লান্দাদুনা ওৎপা নৈবা ঙসিসু তোকত্রিয়া ওপরেসননি। ওপরেসন অসিগী রিএক্সন্দি ঙসিগী মীরোন্না ফংবদগী তুংগী মীরোন্না ফংবনা হেন্না লুগনি হায়বসি নিংশিংফম থোকই। মরম অসিনা ঙসিগী অহানবা মিলেনিয়ম লোইশিল্লকপা অমদি অনীশুবা মিলেনিয়ম অমা হৌরকপবু তরান্না ওকপগা লোয়ননা মিলেনিয়ম অসিগী মরুওইনা হৌরক্লিবা নহারোল, নুপা-নুপী, অহল-নহা খাইদনা মালেম অসিবু উমং-রামংগী অশঙবা মালেম অমা ওহোক্তুনা অশঙবা মিলেনিয়মগী অশঙবা ইনবাইরোনমেন্ত শেমগৎপগী তঙাইফদবা লৈরে। মতাং অসিদা সরকার অমদি মীয়াম অসিগী ফিরেপ্তি করি লৈরি য়েংখিবা তারিব্রা।

*মালেমগী অহিংবা জীবশিং* অমদি মরুওইনা মীওইবগী সমাজ অসিবু তুংকোইনা নুংঙাইনা হিঙনবগীদমক্তা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমবু খল কাইহন্দনা ঙাক্তুনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ।

মলেম অসিগী অপুনবা স্কার মাইল ১৯৬,৯৪০,৪০০ গী মনুংদা চাদা ৩০ হায়বদি স্কার মাইল ৫৭,২৩০,০০০ না কংফালগী লম ওই। অদুগা স্কার মাইল ৫,০০০,০০০ না মরুভুমি (লৈকংলা) ওইদুনা লৈ। স্কার মাইল ১১,০০০,০০০ না চীঙগী লমনি। চীঙ অমসুং লৈকংলা অনিগী মরক্তা য়ামদ্রবদা শরুক তরুক থোকপগী মনুংদা অমদি অহিংবা জীবশিংনা হিংদুনা লৈবা ঙমদে। কংফালগী শরুক স্কার মাইল ৫,০০০,০০০ দা তাইবঙ মীওইবনা খুন্দা লৈতাদুনা হিংদুনা লৈরি। ইংশোক ১৯৯৯গী সেন্সসকী মতুংইন্না পৃথিবীগা মীশিং অসি বিলিয়ন ৬ য়ৌরকপনা মমাংগী চহি ৪০দগী ঙসিনা শরুক অনিদা হেনগৎলকই। ইংশোক ২১০০দদি পৃথিবীগী মীশিং অসি বিলিয়ন ১১ য়ৌরক্কনি হায়না পানরি। ১৯৯০দা পৃথিবীগী মীশিং অসি বিলিয়ন ৫.৩ ওইখি। পৃথিবীগী মীশিং চাদা ৭৭ না চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিং ভারত, চিনা, ইন্দোনেসিয়া ভেনুজ্যুয়েলানচিংবদা খুন্দাদুনা লৈরি। চাদা ৯.২না ইন্দস্ত্রিশিংগী লমদা চাওখৎখ্রবা লৈবাক আমেরিকা, জপান, জর্ম্মনচিংবদা খুন্দাদুনা লৈরি। ভারত্তদি পৃথিবীগী মীশিং শরুক তরুকথোকপগী মনুংদা অমতমক খুন্দাদুনা লৈরি। চাংচৎ ওইনা য়েংলবদি স্কার কিলোমিটর খুদিংদা মী ২৫৭/২৫৭না খুন্দা লৈতাদুনা লৈ। অদুবু দিল্লিগুম্বদদি স্কার কিলোমিটর অমা খুদিংগী মীওই ৬৩১৮ না কৃক কৃক ইন্নদুনা খুন্দাদুনা লৈরি।

এরিয়া বর্গ কিলোমিটর ২২,৩২৭ চাওবা মণিপুরগী মীওই ১৮,২৬,৭২৪ (১৯৯১ গী সেন্সস) না কৃক কৃক ইল্লদুনা লৈরি ইম্ফাল খত্তদা স্কার কিলোমিটর ১দা মীওই ৫৭৫ না ইল্লদুনা লৈরি। থৌবাল দিস্ট্রিক্টতা স্কার কিলোমিটর খুদিংদা মী ৪০৫ লৈরি। হায়রিবা ফিবম অসিদি ঙসিসু হেনগৎলকপগী থাজবদি ৱাংই। লুরিবদি হেনগৎলক্লিবা মীশিং অমদি শিজিন্নরিবা মহৌশা লাইরেম্বীনা পিবা পোথোকশিং অসিগী চাং অমদি চিঙ্গাক ৱাংশিল্লকপা অসিনি। ঙসিদি অচৌবা সহর খরদদি মী অমনা স্কার ফিট ২০ ফাওবা ফংবা ৱাশিল্লকপা থেংনরে। অসুম্না হেনগৎলক্লিবা মীগী মশিংগী লৈফম লৈশিল্লক্তবনা অহাংবা শুন্দ্রংদা ফাওবা মী লৈনবা বিজ্ঞানিকশিংনা কন্না হোৎনরি। অদুনা ঙসিসু বিজ্ঞানিক কয়ানা ক্রিওন থাদোক্তুনা গ্রহশিংদা অহিংবা জীবশিং খুন্দবা য়াগদ্রা হায়না য়েংলি। অদুবু মার্স অমসুং ভেনসতা ওইথোকপা য়াবদী লৈরে অদুবু মিথেন গ্যাস হেন্না লৈবনা ওক্সিজেনগী চাং খরা ৱাংপগী খুদম ফংখি। (NASA ১৯৮৬)

অদুবু করিগীদমক মীনা মী য়ামহল্লিবা অদুগা করিগী অকোয়বগী ফিভমদা শিংনরিবা হায়বা ৱাহং অমা ওইনা হংলবদি অহেনবা পাম্বগীনি হায়বা য়াই। অহেনবা পাল্লবদি ৱাবা তাই অদুগা নুঙাইবা পাল্লবদি পোক্হেন্সকপা দরকার লৈ মরম অসিনা হাংলবা মালেম অসিদা লৈরিবা অকোয়বগী শক্তম অসিদা নুংঙাইনা হিংনবগীদমক মীয়াম পুম্নমক পেম্থোক্তুনা শক্তম অসিবু কনবদা অমদি কংফালগী লমশিংদা লৈবা শা-ঙাশিং নিংথিনা ঙাক শেনবীবগা লোইননা ঈশিংগী জীবশিংবু য়োকখৎনবা অশেংবা অশংবা মালেম অমা দরকার ওই।

## নীন খোংবা অমসুং লাঙবা

খোঞ্জেল হায়বসি অহিংবা জীবশিংগী খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবা অমসুং মরু ওইনা মীওইবগী কাংলুপ অমসুং উচেকশিংগী মক ওইবা অমসুং দরকার ওইবা মচাক অমনি। মসিবু য়াওদ্রবদি অফ-ফত্তগী ৱাখল খনবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌরিবা ব্রেনগী মথৌ তৌবা ঙমদে। অদুবু অহেনবা খুদিংমক্কী অমাংবা খরদি অদুমক লৈবনা তাবা নুংঙাইতবা তানিংদবা মখোনগী খোঞ্জেনবু নিনখোংবা লাংবা হায়না খংনৈ। অমরোমদনা নীন-খোংবা হায়বসিদি মালেম অয়াম্বগী খোঞ্জেল নত্রগা মখোল হায়বসি খোঞ্জেল থোরক্লিবা অদুগী অশেংবা শুবগা লোয়নরকপা মশাগী চপ চাবা ইথক ইপোমগী ফ্রিকেন্সি অযমসুং মেপ্লিচুট য়াওজরবা চাং নাইনা ইথক ইপোম য়াওবনা তাবা মতমদা নংঙাইবা অমদি নুংঙশাইতবা কয়া ফাওদুনা মী অমগা মী অমগগী মরক্তা ঈ-পাও কয়া ফাওনদুনা মালেম অসিদা লৈরিবা মরোল থোকপা জীবশিংনা ৱারি শানদুনা, নুংশিবা ঈশৈগী শুরদা অমদি মুনিগী ধ্যান অমসুং ওজাশিংগী লেকচর কয়ানা অৱাবা নুঙাইবা কয়া কাওথোক্রে। অদুবু

নাকল অমরোমদানা মসিগী ওয়-তৈনবদা অশেংবা খোঙ্খোক কয়াগী তোঙান তোঙানবা ইথক ইশোম ময়ামগা পুনশিন্নরগা মওং মরিল নাইদবা খোঞ্জেলগী মখোল অমনা নকোংদা য়ৈরবদি নিখোংবা অমসুং লাঙবা হায়বা য়ারে। অসিগুম্বা মখলগী মখোল অসিনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অশাওবা কয়া পিরি।অসিগুম্বা মখলগী নিখোংবা অসিদি মী কুংনা লৈবা সহরগী মফমশিংদা অমদি ইন্দষ্ট্রিগী মফমশিংদা অয়াম্বা মতমদা থোকই। অদুবু ঙসিদি খুঙ্গং সহর অনিমক্তা মীশিং হেনগৎলকপা হেনগৎলক্লিবা মীয়াম্না চখোক-চৎশিন তৌনবা পেট্রোল দিজলগী গাড়ি মশিং নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপনা মরু ওইনা নীন খোংবগী চাং হেনগৎলক্লি। অসিগগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা শিজিন্নরিবা মাইক, টেপ রেকোর্দর কয়ানা অমুকসু ঙসিগী নীনখোঙবা হেনগৎহল্লি। অসিদসু নত্তনা ঙসিদি গাড়িগী ব্রেক ফাওবাদা ইলেক্ট্রোনিক্কী মখোল পুথোক্তুনা নীনখোঙবগী চাং হেনগৎহনবদা মতেং পাংলি।

নিংশিংবা য়াবদি, ঙসিগী চহি ৫০গী মমাংদা থংনবা লাপনবা খুঙ্গংশিংগী মীশিংনা নুমিদাংগী মতমদা কৌনবা ঙাংনবশি তানরম্মী। নুংশিরবা খোঞ্জেলগী মেংলবা খোম্থাংনা অইংবা নুংশিংকী শাউমগা লোইননা চৎলি। অদুবু ঙসিগী মীওইশিংদি মরুওইবা হৌরক্লিবা নহাশিংদী মমাগী খোইজি খাদগী হৌনা অদুমক নীনখোংবা হৈনরকপনা অতম্না অইংবাগী খোঞ্জেল শুকতামক তানদ্রে হায়বা য়ারে। মরম অদুনা ঙসিদি অনকপদা খোংবা অকনবা অহৌবা খোঞ্জেল ফাওবা তাবা ঙমলক্তবা ঙসিগী নহা খুদিংমক্তা লৈরে। অসিগুম্বা ঙসিগী অমদি তুংগী মরোন্দা থেংনরক্কদবনা তাদবগী অকিবা কয়াদগী কলহৌবা হায়বসিনা অচৌবা থৌদাং ওইরক্লি। মরম অসিনা ঙসিগী মহৌশাগী ওইবা অকোয়বা শক্তমদা অচৌবা অহোংবা কয়া পীরি। অদুনদি ঙসিদি মরম চাদনা গাড়ি ঙংদুনা থম্বা অরেম্বদা মৈখু পুথোরকপা পুম্নমক মীপুম খুদিংনা মসা মসানা ভাব তানা নীনখোংবা অসিদি মীয়াম পুম্নমক্কা ইরাই লাইনা থিংবা ঙমগনি হায়বসি মীয়ামগী থাজবনি। মরু ওইনা নীন খোংবা অমদি মৈখুশিংগী চাং হম্বুহনবদদি ঙসিগী গাড়ি থৌরিবা ড্রাইভরশিংগী অচৌবা থৌদাং লৈ।

নীলখোংবা অমসুং খোনজেলগী চাং অসি সাউন্দ মিটর, নোইজ ডেসিমিটর অমসুং ফ্রিক্কেন্সি এনালাইজরশিংগী মতেংনা ইরাই লাইনা ওনবা ঙমই। খোঞ্জেল কহায়রবসি মীওইবদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা ফংই। ব্রেনগী মথৌ তৌই। অসিদসু নত্তনা মীওইবগী বুধি লৌশিং অমসুং নুং-পালগী ৱাখললোন্দা অচৌবা থৌদাং লৌই। নুমিৎ থা শুরক্লবা নুপিশিংদা মীরোনবা থা ৬ শুরকপা মতমদগী হৌনা য়াম্না ইংবা তম্না নুংশিবা নংঙাইবা ইশৈশিং কয়া তাহন্দুনা অঙাং অদুগী মমা অদুবু ৱাখল নুংঙাইনা থম্বগী মথৌ তাই। অসুম তৌরবদি অঙাং অদুসু ৱাখল নুংঙাইনা থম্বগী মথৌ তাই। অসুম তৌরবদি অঙাং অদুসু অফবা ওইগনি মমাসু মশা ফগনি (ইদুকেসন সাইকোলোজি)

নীলখোংবা অমসুং খোনজেলগী চাং য়াম্না ৱাংজরবসু নোংমগী মনুংদা অকক্কবা চাং অমদি অদুমক লৈজে। চাং অসিবু ডেসিবেল কৌবা খুজিং অমদা ওল্লি। খুজিং অসিদি তশেংনমক কনাগুম্বা মী অমনা তাবা ঙম্বা অমসুং তারিবা খোঞ্জেল অদুবু মজনা খঙবা ঙম্না হায়বসি খোঞ্জেল অদদুগী ইনর্জিনা ৱাট ১° দগী ১৬ ফাওবগী মনুংদা লৈ। মী অমনা খোঞ্জেল অমা তাবা ঙম্বগী থ্রেসহোল্দ কেপাসিটি অসি জিরো ডেসিবেলদনি। নুংশিং শিংপা উনা লেংবদা ডেসিবেল ১° ওই। ব্রোডকাসতিং তৌবা মতমদা থোক্লিবা খোঞ্জেল অসি ডেসিবেল ২০ নি। ফমুংদা তুম্বা মতমদা ৱারি শানরিবা অসি ডেসিবেল ৬০নি। চাংচৎ অমদা মীয়াম্না খোংনরীবা রেড়িও, টেপ রেকোর্দর অমসুং টিভিগী খোনজেলগী ভোলুম অসি ডেসিবেল ৭০ নি। অদুবু কাহেন্না হৌদবা লম্বীগা গাড়িশিংগী মখোলগী ডেসিবেল ৭৪ না ওই। অদুগা ফেক্তরিগী মখোন অমগী ডেসিবেলনা ৯০ ওইবনা নীনখোংবা লাংজরগতা নংঙাইবা ওইবনা তৌই। ঈশৈ নোংমাইগী মরুওইবা মচল অমসু ওইরিবা ওরকেষ্ট্র অমনা পুথোক্লিবা খোঞ্জেল অসি ডেসিডেল ১০০ য়ৌবনা রোক বে দগী ডেসিবেলদি ১১০ য়ৌরে। অদুগা এরোপ্লেন অমনা গ্রাউন্দগী মথক্তা পাইখৎনবা হোৎনবদা পুথোক্লিবা খোঞ্জেলগী ডেসিবেল অসি ১২০ য়ৌই। নোংমগী মনুংদা ডেসিবেল ৪০বু পুং ৮ফাওবা, ডেসিবেল ৯০ বু পুং ৪ ফাওবা ডেসিবেল ১০৫ বু পুংখাই অমদা, অদদুগা ডেসিবেল ১১০ বু মিনিট ১৫ ফাওবদি পৃথিবী লৈবাক অয়াম্বদা চৎনৈ। অদুবু নোংমদা ডেসিবেল ১১৫ দগী হেল্লবদি মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা অচৌবা অহোংবা লাকপানা মখল অসিগী নীলখোংবদি অথিংবা লৈ।

মরম অসিনা মরম লৈতনা মাইক টেপ, রেডিওনচিংকবা কন্না অমসুং হৌনা খোংবা অমসুং দরকার লৈতনা গাড়িগী ইঞ্জিনঙংদুনা থম্বাল খুদক্তগী তঙাইফদবা লৈরে।

## বাইওগ্যাস ইনর্জি

*বাইওগ্যাস* হায়বসি মহৌশাগী অকোয়বগী শক্তমবু নিংথীনা তরু-তনান্না থম্নবা অমদি ইন্দষ্ট্রি ফেক্তরিদগী থোরকপা মৈখু গ্যাস অমদি ঙসিগী য়াম্লবা মীয়াম্না শিজিন্নবদগী হন্দোরকপা ফত্ত-হৌদি ময়াম অসিবু নিংথিনা মফম চানা শিজিন্নবা য়াম্না বিজ্ঞানিক ওইবা টেক্নিকেলগী ওইবা থৌরাং অমনি। থৌরাং অসি শা-ষন, মী অমদি মনা মশিং কয়াগী ফত্ত-হৌদি কয়াদগী লৌথোরকপা ইনর্জি মখল অমনি। থৌরাং অসিগী কাম্নবা ময়াম অমা ফংবনা ইংশোক ১৯৮১ দগী নেসনেল প্রোজেক্ট অমা ওইনা হৌদোকখিবনি। থৌরাং অসিদগী লমদম (ভারত) অসিগী মীওই মিলিয়ন ২.২ দা কাম্নবা ফঙহনবগা

লোয়্নননা ঙসি ফাওবদা চহি খুদিংগী শিঙ মিলিয়ন তোন ৭/৭ কনখোক্নুনা লাক্লি। অমরোমদা থৌরাং অসিনা মেগাৱাট ১০০০ গী ইলেক্ট্রিক পিবা ঙমই। মসিনা ঙসিদি ঊ (শিঙ) মিলিয়ন তোন ২৮ বু কন্দুনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা হেন্না কান্নবা পীরি হায়বা য়াই। মরম অসিনা ঙসিগী মালেম অসিগী অকোয়বগী ফিভম কনবদা উ-ৱাশিংনা লৌরিবা থৌদাং মীয়াম পুন্নমক্না খঙনরবা ৱাফমনি। খুদম অমত্তং পাল্লবদি মশা-মউ ফবা মী অমনা নোংমদা শ্বর হেন্দোক হোঙ্গিন তৌবগী মশিং অসি লিশিং কুন্নিথোই (২২,০০০) রোমনি। কনাগুম্বা মলেম অসিগী মীওই অমনা উ পাম্বী খরা য়াল্লবদি মহাক্না মালেম অসিগী কনাগুম্বা মীওই অমবু শিবগী বার্তোন তৌরবনি হায়বা য়াই।

ঙসিগী মালেম অসিগী হেনগৎলক্লিবা মীশিংগা চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞান অমদি টেক্নোলোজিগা চপ মান্ননা অদুমক চৎমিন্নে। মীশিং হেনগৎলকপা অমদি জঙ্গল কোকথোকপগা লোইননা উমংগী উশিংবু শিঙ ওইনা শিজিন্নবনা লমদম অসিদগী শিঙ মেট্রিক তোন ১৬৬ চহি খুদিংগী মাঙই। অমরোমদা মীশিং য়াল্লিমখৈ চিঙাক অমদি অতৈ অতোপ্পা পোৎচৈ কয়া শিজিন্নবগী চাং হেনগৎপনা অরেম অখাক কয়া হুন্দোকপগী চাংসু হেনগৎলকই, মসিনা মালেম অসিদা এমোনিয়া গ্যাসশিং মরাঙ কায়না পুথোকই। ইম্ফাল সিটি খক্তনা নোংমদা গারবেজ ক্যুবিক ফিৎ ৩,০০০ পুথোকই (ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিতিগী রিপোর্ট ১৯৯৯)। অদুগা পিকথ্রবা ষ্টেট অসিনা মৈখু থোকপা পেট্রোল ডিজল্না চেনবা গাড়ি কয়ানা পীথোরকপা গ্যাস অমদি মৈখুনা তোঙান তোঙানবা লায়না কয়া নারকপা মীয়াম্না খঙনরবা ৱাফমনি। অমরোমদনা অনাবা লায়েংফম ওইরিবা লমফেল অমদি জৱাহরলাল নেহরু হোসপিতালগী ফত্ত- হৌদি ময়াম্বু নিংথিনা ড্রেনেজ শেমজিন্দুনা থম্বীদবনা মনম নমথিবা গ্যাস কয়া পিথোরকপদগী অনাবা কয়া য়াওদবা নত্তে। অসিগুম্বা কান্নদ্রবা মহি অমদি মপংশিংদগী ইনর্জি পুথোক্তুনা কান্নবা মওংদা ওহোকপগী মতম য়ৌরে। লোক্তাক প্রোজেক্টতগী পুথোক্লীবা মৈ মেগাৱাট ১০৫ গী মনুংদা মণিপুরনা ফংফম থোকপা মেগৱাট ৫৫ দগী ৬০ ফাওবা ফংবা ঙমদে। শুপ্নগী মেগৱাট ৩৩.৩৫ ফংদুনা লমদম অসিগী ইন্দস্ত্রিদা শিজিন্নবদি লাইরদুনা লমদম অসিগী কঞ্জুমরশিংদা ফাওবা মৈ চাং নাইনা পিবা ঙমদ্রি।

নোর্থ ইষ্ট রিজনগী মরুওইবা শিনফম লৌউ শিংউবনা ওইজরবসু লমদম অসিদা অতোপ্পা ষ্টেটশিংদগী চেঙ হৱাই থাওনচিংবা লৌশিন্দুনা শিজিন্নরিবা মীয়াম্না খঙনরবা ৱাফমনি। জোন অসিদা লম্বী থোঙগী খুদোংচাদবা কয়ামুক লৈবনা টেক্নোলোজিগী লমদা অৱাংপা কয়ামুক লৈরি।মরু ওইনা চীঙগী লমদা এগ্রো-ইন্দষ্ট্রি তৌদুনা হোরতিকলচর, এফোরেষ্ট্রেসন এনিমেল হসবেন্ডরীগী ফার্ম কয়া তৌদুনা কান্নদ্রবা মহি অমদি মপঙগী ফত্ত-হৌদিশিংবু নিংথিনা শিজিন্নদুনা চীঙগী লমশিংদা বাইও গ্যাসকী প্লান্ট নিংথিনা তৌবগী মতম য়ৌরবনি

হিরম অসিদা সরকারনা পুকচেল লেংনা থবক কয়া পাইখৎপদা লমদম অসিগী মীয়াম্মসু অঙঙ্বা মতেং পাংবা চুম্লগনি। মসিতনা লমদম অসিদা বাইও-মাসশিংদগী ইনর্জি য়াম্না পুথোক্তুনা মখল কয়াগী ইন্দস্ত্রীশিং পাইখৎপদা কায়গনি। লোইননা লমদম অসিগী লাইরিক-লাইশু হৈরবা নহা কয়াগী থবকসু শিবা ওমগনি হায়বসি সেন্ট্রেল গোভর্নমেন্টনসু খঙই অদুবু হিরমসিদা মুন্না য়েংশিন্দুনা থবক ওইনা পাইখৎপগী চাংদি অদুমক হাংলিবা অসিনা লমদম অসিগী নহা কয়ানা সেন্ট্রেল গোভর্নমেন্টগী অনিংবগী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈরোমদা হেক হেক লাক্ত বা নত্তে। মরম অসিনা লমদম অসিদা চান্নবা মখলগী অপীকপা হায়বদি স্মাল স্কেল ইন্দস্ট্রিশিং লিংবা ওম্লবা য়ুম-য়ুম খুদিংদা বিজলিগী মৈ পীবা ওম্লবা কাম্লব্রবা মপং অমদি মহিশিংবু রিসাইক্লিং তৌদুনা ইনর্জি ওস্থোক্লবা হোংনবদা ষ্টেট অসিগী অমদি থংনবা ষ্টেটশিংগী অফব্বা ওইগনি হায়বসি সরকারগী ফিরেপ ওইফম থোকই।

ইনবাইরোনমেন্ত অসিগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা পৃথিবীগী মায়কৈশিংদগী মতেং পিরিবশিংগী মনুংদা ৱার্ল্ড ৱাইল্ড লাইফ ফন্দ (WWF) ইনবাইরোনমেন্ত কেম্প ফোর কঞ্জভেসন এৱারনেস (ECCA) ফোরম ফোর ইনবাইরোনমেন্ত প্রিজার্ভেসন (FEP) অমসুং কুইমেন ইন ইনবাইরোনমেন্ত (WE) গী স্কুলশিংদা পীরিবা মতেংশিং নিংশিংবগা লোয়নননা লমদমসিদসু মসিগী পরা তম্বগী মতম থেঙলবনি।।

# মালেমগী ওজোন কুয়োম কনবা নুমিৎ

সেপ্তেম্বর তাং ১৬ অসি মালেম অসিগী ওজোনগী মরোল কনবা নুমিৎ নত্রগা ৱার্ল্ড ওজোন ল্যার ডে হায়না পালন তৌনৈ। ইংশোক ১৯৯৫ দা ইউ এন ও দা তান্নখিবা ৱারেপ অমগী মতুং ইন্না পালন তৌনগদৌরিবা নুমিৎ অসি পৃথিবীগা ওজোনগী কুয়োমগী মরু ওইবা অমসুং মসিগী পাথবা হেল্লকপনা মালেমদা হিঙদুনা লৈরিবা জীবশিংগী পুন্সিদা চাওনা লাকপা য়ারিবা অমাঙ-অতা কয়াগী মরমদা মীয়ামদা ভাব তাহন্নবগীদমক্তনি।

ঐখোয়না খঙগদবদি লৈমায়দগী চখৎখ্রগা চাংচত্তা কিলোমিটর ১৫ দগী ৩০ ফাওবগী মনুংদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা ওজোন কৌবা গ্যাস অসিগী কুয়োম অমনা পৃথিবীগী গৃহ অসিবু য়োমশিন্দুনা লৈ। মসিনা নুমিত্তগী লাকপা মাগু ক্তাক্লিঙাই ওইরবা অলট্রা ভাইওলেট রেডিয়েশনগী অয়াম্বা শরুক চুপশিনবিদুনা পৃথিবীগী লৈমায় য়ৌহল্লক্তে। মদুনা মরম ওইদুনা মখল মখা অয়াম্বা জিবশিংনা মালেমদা হিঙবা ঙম্মী। মরু ওইরবা ওজোনগী কুযোম অসি লৈরমদ্রবদি মালেম অসিদা জীবশিংগী পরিং নাইবা য়াওল খোঙচৎ লাকপা

ঙন্নল্লোই অমসুং অতৈ গ্রহ অমদি উপগ্রহ কয়াগুম্না জীব অমত্তা লৈতবা সৌর জগৎকী মকম অমগ্না শাংখক ওইরমগনি। তশেংনমক ওজোন কুয়োম অসি পৃথিবীগীদি লাইফ জেকেটনি হায়বা য়াই।

অদুবু ঙসিদি চাওখৎপগী মিংদা মীওইবনা শুংদুনা শিজিন্নরিবা নত্রগা মহাক্কী থবক থৌওং কয়াদগী থাদোরকপা কেমিকেল খরনা নুংশিত্তা তিনখিদুনা মথকলোম্নদা পাইখৎপ্রগা মরু ওইপ্রবা ওজোনগী কুয়োমসিবু তপ্লা-তপ্লা চাথৎলক্লি। মসিনা মীওইবা জাতিদা মীপাইবা পোকহনবা হৌরক্লি। ইং ১৯৯২ গী সেপ্তেম্বর থাদা পৃথিবীগী খা থংবা তংখাইগী মথক্তা ওজোনগী কুয়োম অসি খাইদগী চাওনা পাথরকপগী খুদম ফংখি অমসুং হায়রিবা এরিয়া অদু বর্গ কিলোমিটর মিলিয়ন ২৩ ওইগনি হায়না পানে। ইং ১৯৯৩ গী ফেব্রুয়ারি থাদা অব্রাং থংবা পৃথিবীগী তংখায়দা নোংপোক থংবা অটলন্তিক্তগী উরল চীঙশাং ফাওবদা লৈরিবা লৈমায়গী মথক্তা ওজোনগী কুয়োম অসি হান্নদগী চাদা ২০ ফাওবা পাথরক্লে হায়না উনখি। পুম্নমক অসি অমেরিকাগী নিম্বস ৭ কৌবা বেদর সেটলাইটনা, ইং ১৯৯১ দা অমেরিকা অমসুং রুসিয়া অনিনা পুম্না থাগৎমিন্নখিবা টোটেল ওজোন মেপিং সেটলাইট স্পেক্ত্রোমিটর অমসুং অতৈ লৈবাক কয়াগী সাইন্টিফিক বেলুনশিংদগী ফংবা ডাতা কয়া নৈনরবা তুংদা খঙনরকপনি।

ওজোন চাথৎপা ঙম্বা খুৎশেমগী কেমিকেল < .াগী মনুংদা খাইদগী মরুওইরিবদি ক্লোরোফ্লেরো কার্বোন অশঙ্খীদা সি এফ সি অদুগা ইচম চম্না মীয়াম্নদি ফ্রিওন হায়না খঙনবা কেমিকেল মখল অসিনি। মখল অসিদি রেফ্রিজরেটর অমসুং ইয়র কন্দীশনরশিং চলাইবদা, ফোর্ম প্লাষ্টিক অকে অমৌগী থাওকাপশিং শুংবদা, কম্প্যুটরগী মাইক্রোচিপ অমসুং সর্কিট বোর্ড শেংদোক চামথোকপদা অমদি এজমানা নাবা মী অমনা শিজিন্নবা ইনহেলর অমসুং অতৈ এরোসোলশিং কামথোকহনবগী মচল ওইনা ঐখোয়না ফ্রিওন শিজিন্নে। মসিগী মথক্তা ফাইয়র এক্সটিংগুইশর ওইনা শিজিন্নবা হেলোন কৌবা মচল অমসুং হম্বাগাড়ী, এরোপ্লেন অমদি রোকেটনা কামথোরকপা মৈখুদা য়াওরকপা নাইট্রোজেন ওক্সাইডশিং ,মরু মরাং তিল চাদনবা মনিল ওইনা কাপনবা মিথাইল ব্রোমাইড অমসুং ক্লোরিন,ব্রোমিনবু লাইনা মনিল ওলহনবা কম্পাউন্ডশিংনা মথক্লোমদা পাইখৎপ্রগা পৃথিবীগী ওজোন মরোন্দা চাওনা অকায়ব্বা থোকহল্লি।

অহেনবা অল্ট্রা ভাইওলেট রেদিয়সন্না পৃথিবীগী লৈমায়দা য়ৌরকপগী ফল ওইনা অশিকপা জীব কাঙলুপ কয়া অমদি হিঙবা ঙম্লরোই। হৌজিক ফংলিবা মহৈ-মরোঙ ৩০০লোমগী শরুক ৩ থোকপগী ২ রোমগী চাথোক হত্থরক্কনি। ইমাইদগী মিটর ২০ লোমগী মনুং ফাওবদা লৈরিবা ঈশিংগী জীব কয়াগী পুক্নিদা চাওনা অমাঙ-অতা কয়া লাক্কনি। মীওইবনা মীৎতা ঙৌদোং কাবা অদুগা মরুওইনা কুচু ঙৌবা জাতিগী মীওইশিং

গী মরক্তা কার্সিনোমা অমসুং মেলানোমা হায়বা শাথিরবা উনশাগী কেন্সর মখলশিং নাবগী চাং হেনগৎলকনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা পৃথিবীগী হান্না লৈরম্লিবা ঈশিং নুংশিংকী ফিভমদসু অহোংবা কয়া লাকপা য়াই হায়না থাজনৈ।

তৌবদদি মোন্ট্রিয়েল প্রোটোকোলগী মতুংইন্না ইং ২০০০ ফাওবদা ক্লিওন মখল খুদিংমক শুংবা অমসুং শিজিন্নবা লেপ্পবা হায়না পৃথিবীগী লৈবাক পুম্নমক্কা য়াম্নপ্রবনি। অদুবু কোসমেস্তিক অমদি ক্লিওনশিং থাদোকপগী চাংদি হেনগৎলক্লি।।

# পেট্রোলিয়মগী মহত্তা প্রোপেন?

পেট্রোল অমসুং প্রোপেন ইঞ্জিন পানবা গাড়িশিংবু নিংথিনা লু-নান্না চেনহন্নবা অমদি মৈখু থোকপগী চাং হস্থহন্নবা ঙসিগী চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা য়াম্না মরু ওইনা শিজিন্নরিবা হায়ড্রোকার্বোনগী থাও মখল অমনি। অসিগুম্বা থাও মখল অসিনা মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমদা পীরিবা অমাঙ-অতাগী চাং য়াম্না রাংপনা থাও মখল অসিবু পৃথিবীগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংনা হেন্না শাম্নরক্লি।

হন্দক্তা ভারতকী চেম্বরস ওফ কমর্স অমসুং ইন্দষ্টীশিংগী NGO গী কাঙলুপ অমনা অকোয়বগী ওইবা শক্তম মাঙশিল্লক্লিবা মরু ওইনা মালেম অসিগী অহিঙবা জিবশিংদা হেন্না শোকহল্লিবশিং অসিগী মরমদা ইংশোক ১৯৯৬ কী লোইশিল্লকপদা থিজিল্লুবদগী দিল্লি, মুম্বাই, কলকতানচিংবা মফমশিংদা লৈরক্লিবা পোলুটেন্টশিং অসি নোংমদা মেট্রিক তোন ২০০/২০০ লেপ্তুনা থাদোরকপা থেংনখি। মসিগী মরুওইবা মরমদি শিজিন্নরীবা গাড়ীশিং ইন্দষ্ট্রিশিং অমদি মৈশা পুথোক্লবা থৌরাংশিংগী থবক্তগীনী (থর্মেল পন্নারস)। মসিগী মথংদা যুম-যুমদা শিঙ-মৈ থাবদগী থোরক্লিবা মৈখুশিং অসিনি।

সর্ভে অদুদগী খঙবা ঙমখিবদা পোলুটেন্টশিং অদুদগী খ্বাইদগী চাং য়াম্না য়াওবা অসি কার্বোন ডাইওক্সাইড ($CO_2$) নি। তোন্দা পারগদি নোংমদা মেট্রিক তোন ১০৬৩ য়ৌই। নাইট্রোজেন্ট ডাইওক্সাইড নোমদা মেট্রিক টোন ৩২৫ নি। অদুগা তোঙান তোঙানবা হায়ড্রোকর্বোনশিং অমসুং সলফর ডাইওক্সাইডকী কম্পাউন্ডশিংনা নোংমদা মেট্রিক তোন ৩২০ অমসুং ৯৭০ দা য়ৌরক্তুনা ঐথোয়গী এটমোসফিয়ারবু মোংহল্লি। অমরোমদনা নোংমগী মনুংদা থাদোরক্লিবা পোলুটেন্টস মেট্রিকতোন ১৮৭৮ গী চাদা ৬৪ দি গাড়ীগী মৈখুদগীনি। মথংদা থর্মেন পন্নারস অমসুং ইন্দস্ট্রীশিংদগীনি। অদুবু মণিপুরগী ওইনদি অচৌবা ইন্দস্ট্রীশিং লৈতবনা ইন্দস্ট্রীশিংদগী পিথোরকপা পোলুটেন্টশিংগী চাং খরদি অদুমক ব্রংলি। অদুবু ট্রাফিক ভেহিকুলারশিংদগী থাদোরকপা কার্বোন কম্পাউন্ডগী চাংদি অদুমক রাংজৈ। অসিগুম্বা ভিহকুলার পোলুটেন্টশিং অসিবু স্টেট পোলিসি অমগী মখাদা লৈজরিবা

সাইন্স টেক্নোলোজি অমসুং ইনবাইরোনমেন্তে অমসুং মণিপুরগী পোলুসন খিংনবা কাণ্ডলুপশিংনা রিমোট সেন্সিংনচিংবগী মতেং লৌদুনা চাং নাইনা ওনবগী মতম য়ৌরবনি। লোয়নন ডিজল পেট্রোলগী গাড়ীশিংদা প্রোপেনগী থাও হাপ্লবা থৌরাং তৌবা য়ারবনি। ত্রাফিক ভেহিকুলারশিং,বস, কার, জীপ, ট্রক অমসুং ওটোরিক্সানচিংবগী খোরক্লিবা মৈখুগী চাং অসি হেন্নমনবদগী ভারত সরকারনা পোলুসন খিংননবা পেট্রোল পম্প অমসুং স্বার্কসোপ ১২০ দা পেট্রোল অমসুং ডিজলগী গাড়ীশিংদগী খোরক্লিবা মৈখু চেক তৌনবা শক্তি পীখিবগা লোইননা পোলুসন য়ুনিট কনট্রোল (P.U.C.) গী সার্টিফিকেট ফাওবা পীরে। মরম অসিনা ইংশোক ১৯৯০ দগী ১৯৯৬ ফাওবা চহি ৬ কী মনুংদা ট্রানসপোর্ট ডিপার্টমেন্টনা মৈখু য়াম্না থোকপা গাড়ী ১,৭০,৫৪৭ চেনবা য়াহনখিদ্রে।

মরম অসিনা ঐখোয়গী ওসিগী মহৌশাগী ওইবা অকোয়বগী শক্তমগী নোংজু নুংশা অমসুং অইং অশাদা অচৌবা অহোংবা কয়া লাক্লিবা অসিগা কার্বোনগী পোখোক পেট্রোল অমদি ডিজলনা চেল্লিবা গাড়শিংগা য়াম্না নক্লবা মরি লৈনবনা পেট্রোল অমসুং ডিজলগী মহুত্তা প্রোপেনগী থাও শিজিন্নবগী দরকার লৈরবনি।প্রোপেনসু কার্বোনগী পোখোকনি অদুবু মহৌশাগী ওইবা অকোইবগী শক্তম্ সু মশক থিহনবদদি মৈখু য়াম্না থোক্তবনা ডিজল অমসুং পেট্রোলদগী চাং য়াম্না হন্থে। থাও মখল অসি মমল খরা তাংজরগসু মহৌশাগী ওইবা শক্তমদদি কা-হেন্না মাঙহন্দবনা সুপ্রিম কোর্টমক্লা ফাওবা অসোমদা মীৎয়েং চঙশিন্নক্লি। মীয়াম্না হেন্না খঙনরিবা অমদি চাক থোংবগী গ্যাস অসি প্রোপেনগী মরুওইবা মচাক অমনি। হৌজিক হৌজিক ভারত্তা প্রোপেন মেট্রিক তোন ১,৩২,০০০ লৈ (ONGC-1999) মসিগী মনুংদা মেত্রিক তোন ৪০০ অমদি হান্নদগী হৌনা গাড়ীশিংদা শিজিন্নবা হৌগ্রবনি ।।

লৈবাক অসিগী অচৌবা ইন্দস্ট্রী ১৫৫১ গী মনুংদগী ইন্দস্ট্রী ১২১০ দি পোলুসন থোকহনবগীদমক এক্সন লৌখৎখ্রে। অমরোমদা, ইন্দস্ট্রি ১১ না পোলুসন য়াম্না থোকহনবগীদমক্তা পুরা পুরি থিংজনখ্রে।ভাবতকী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না পোলুসন থোকহনবা ইন্দস্ট্রিশিংদি মরুওইনা টামিলনাদুদা ৭১৪, উত্তরপ্রদেশতা ৩৭২ লৈ। অতৈদি অদুক হাক্লা মাঙ তাকহনবদি ওইদ্রি অদুবু অতোপ্পা পোলুসন য়াম্না থোকহনবা মফম ২২ দসু সেন্ট্রেল পোলুসন কন্ট্রোল বোর্ডদা এক্সন লৌনবা থৌরাং কয়া তৌরি।মণিপুরগী ওইনা য়েংলবদি কেমিকেল পোলুসনগী চাং খরা-মখৈদি স্বাংলি হায়বা য়াই। অদুবু সলফর ডাইওক্সাইড পি পি এস (পর পার্ট মিলিয়ন) ৩৫ দগী ৪০ য়ৌশিন্নক্লি।লমদম অসিগী অয়াম্বা লমশিং লিতাল ওইবনা গাড়ীগী উফুলগী পোলুসন্দী অদুমক লৈ। নুং তকখাইবগী ক্রসিং মেছিন খরা লৈরিবা অসিনা থাদোরক্লিবা নুঙকুপ উফুল অসিসু মিটর ১০০ ফাওবদদি নুংশিত্তা পোলুসন থোকহল্লি হায়বা য়াই। দিল্লীদা শিজিন্নরিবা গাড়ী ময়াম অসিনা

লোয়না পেট্রোল লিটর লাখ ৩.২২ শিজিন্নে। ডিজল লিটর লাখ ১.০১ শিজিন্নরি। মরম অসিনা দিল্লি, মুম্বাই, কলকত্তানচিংবদা নুমিদাংবাইদ্রম য়ৌরকপদা অৈখুগী লৈচিন থাবা অোইনা লেইনে।

# ইম্ফাল অমসুং মসিগী অকোয়বদা

মীওইবগী চাওখৎপগী চাংনা বাংখৎলক্লিবা মখে পোলুসনগী চাংসু হেনগৎলকপা অসি মালেমগী মীওইবগী খুনাইদা করিগুম্বা অশোয়বা অমদি লৈরম্বা য়াই হায়না লৌনরি। পোলুসন হায়বসিদি মতেক নাইবা য়াদে পৃথিবীগী মফম অমদা মহৌশাগী থল কায়রবদি, মণিপুরদসু মদুগী ফল থরদি অদুমক ফংগনি থেঙবা ঙনবনা অতোপ্পা বাফম অমনি। মরম অসিনা পোলুসনগী চাং বাঙখৎলকপগী মমি মণিপুরদসু অদুমক তাই। চাউরাক্লা লমদম অসিগী মীশীংগী চাদা ৭৮দি ইম্ফালগী স্কার কিলোমিটর অমদা কৃক কৃক ঈন্নদুনা লৈশিল্লি। ময়োল ওইরিবা ইম্ফাল সহরগী অকোয়বগী ঈরম-নালা অমত্তা মতম নাইনা শেংদোকপগী বাফম লৈতে। মরম অদুনা করিগুম্বা মতমদা অবাং দুকান, থাঙ্গাল বাজার, পাউনা বাজারগী ড্রেনেজশিংগী মচুম্না খাই বাজারদা চেম্থরকপা য়াম্না তোয়না থোকপা পুম্নমক্কা থেংনরীবা বাফমনি। অদুবু বাজারগী ম্যুনিসিপালিতি অমদি মীয়াম্নদি করিমত্তা খম্থরুবা তৌদে নাতোল মেল্লগা অদুম চৎনখি, কয়াম কুইনা মেনগনি খল্লুবা লৈতে। ইম্ফালদগী হাইদোকপ্লগা খুঙ্গংগী লমশিংদা য়ুমগী অকোয়বদা ঈরম-নালা শেমদে নীংথিনা খোঙহাম্ফম ঈশিং চৎ ফম নিংথিবা মওংদা লৈতে, য়ুমগী ইমুং-মাঙ্গোলদা ফাওবা মনম নমথীবা য়াওই। অরু-অনানগী বাফমদি বিঞ্জান্না চাওখৎলবসু য়াম্না বাৎলি হায়বা য়াই। ইংশোক ১৯৯১ দগী ঙসিগী ২০০০ য়ৌরকপা ফাওবদা মণিপুরগী মীয়াম অসিগী লায়না অয়াম্বা ইনবাইরোনমেন্তেল পোলুসনগা মরী লৈনৈ। তোঙান-তোঙানবা লায়না ১০০/১০০ খুদীংগী ০.৭৫ দি নুংশিৎ শেংলক্তবদগীনি হায়রি। অদুগা ০.৭ না ঈশিংদগী ওইরকপা লায়নাশিংনি হায়রি। পুম্নমক অসি মীয়াম অসিসু অদুমক খঙনরবনি। অদুবু মসিদগী করম্না ঙাকথোক্কনি হায়বদি ঙসি ফাওবা লুনা খম্থরুবা তৌনদ্রি। মসিগী মথক্তা অনৌবা অমা ওইনা মনা-মশীংশিংদা খুৎশেমগী কেমিকেলগী হারশিং হাপ্পগী চাং হেনগৎনরক্লি। তীলহাৎ হীদাকশিং শীজিন্নবগী চাং হেনগৎনরক্লি। মসিসু মহীগা মপংগী পাঙ্গলগা মান্নদে। মপংদগী মহীনা ১০০দা১০০ মপাঙ্গল হেল্লি। তীল হাৎপা ঙম্বা হীদাক অদুনা মীবুসু হাৎপা ঙম্বা তাবনি। ইনবাইরোনমেন্তেল পোলুসন্না মীওইবগী খুন্নাইদা লান্দাদুনা শোকহল্লিবা অসিদি ইমান মান্নে। ইম্ফাল মনুংদা উ-বা মরাঙ কায়না লৈতবনা অশেংবা অঈংবা নুংশিৎ মরাং

কান্না ফংবগী চাং খরদি য়াংলি। সোরক্তা থারিবা উ পাম্বী খরা অসিসু চাউবা ওমদে মরমদি পাম্বীগী খোঙ্‌ভোসিঙ্‌খ্রেসিং তৌবা ওমদে। উনাগী স্বর হোঙবা মখুল তোমেতা শিং গাড়ীগী লৈমুনা য়েলশিন্দুনা থম্মী। লৈবাক্কী চুপথংলকপা ঈশিং খরা অদুসু নুংশিংতগী কার্বোন ডাইওক্সাইড অমসুং অতে অতোপ্পা কম্পাউন্ডশিংগা পুনশিন্নদুনা পেরোক্সি এসিতাইল নাইত্রাইদ শেমদুনা চীঞ্জাক শুংহন্দে। মরু ওইবা তম্পাক্কী তুরেলশিং ঈরীল, ইম্ফাল, নম্বুল ঈচেল লৈপক্ত্রে (নোংজুথাদা পাখোকপা নত্তনা)। পুম্রী পাং মরাণ্ড কায়না লৈতে ঈশিংগী অবাবা ওইরি। মসিমক্তি ওসিদগী চহী ২০গী মমাঙদা ওইরমদবা মওং অমনি। পুম্রী তুরেলগী মখাদা খজিক্তং লৈরিবা ঈশিং অসিসু শীজিন্নবা য়াবগী য়াংমদনি। নম্বুল তুরেলগী ঈশিংদি অমুক হূগী মাশক্লি। তম্পাক্কী তুরেল অয়াম্বগী নাকল নাকন্দা তারিবা মীয়াম অসিনা চহী চুপ্পা ইমুং-মনুংগী ডুকানগী ফক্ত-হৌদি চাং নাইনা হুম্বগী হৈনবী লৈরি। অদু ওইরবা ফাওবদা লমদম অসিদা অচৌবা কল-কারখনা ফেক্তরী লৈতবনা তুরেলশিংগী ঈশিংদা কা হেন্না কেমিকেলশিং য়াওরকপদি লৈত্রি। অদুবু ইরোইশেম্বরোমদগী হৌরক্লগা মনাক নকপা মফম কয়াদগী মথং মথং থাদরকপা ফক্ত-হৌদিগী দ্রেনেজশিংনা নম্বুলদা তারকপা অমদি লাঙ্গোলদগী থাদোরকপা দ্রেনেজনা লম্ফেলগী হোস্পিতাল ফাওরকপদা ফক্ত- হৌদি কয়ামুক পুদুনা লাক্লগা শামুশঙ, উরিপোক ফাউরগা নম্বুল তুরেলদা তাশিন্দুনা হম্প ব্রিজ মমাঙদগী ঈশিংগী মগুণ মাজুনা পোলুসন থোকই, লৈরম্বা ঙা মখলশিং মাঙশিল্লকপা অমদি ফংলিবা ঙা ফাওবা চাবা য়াদবা ফাওবা য়াওই। খুঙ্গং শহর অনীমক্কী মীয়াম পুম্নমক গর্বেজ পিত নীংথিনা শেমদুনা ফক্ত-হৌদি থম্বগী হৈনবী লৈতে। ম্যুনিসিপালিতিগী মফম অয়াম্বদা নীংথিনা গর্বেজ পিত লৈতে। য়ামদ্রবদা খ্বাইরম্বন্দ বাজার মনুংদা লৈরিবা ইমুং অমনা নোংমদা ফক্ত-হৌদি গ্রাম ৫০০ হুন্দোকই, পোং-চৈ য়োম্লকপা অমদি য়োমখিবনা নোংমদা কেজি ১.১ গী চাংনি। চাকচা-হৈজানবা উৎসব-মেলা, দেব-কর্ম য়াওরবদি নোংমদা ফক্ত-হৌদি হুন্দোপগী চাং অসুক্কী মতীক য়াংঙি। ইম্ফাল মনুংগী মীওই চাদা ৬৬.৪ না ম্যুনিসিপালিতিগী গর্বেজদা ফক্ত-হৌদি থম্বগী চংনবী লৈ অদুবু মওং তানা থম্বা নত্তে। মীওই ২৩.৬ না দুকান মমাঙদা য়ুমগী নাকন্দা পঙলং লংথোকপগী হৈনবী লৈ। অদুগা চাদা ১০ না সোরক্তা নালাদা লংথোকপনি। মসিনা শাগৎপগী চাং হেনগৎলি। ইম্ফাল বাজার মনুংগী ফক্ত-হৌদিশিং মেনেজ তৌবা মতীক চাবা য়াংলি। ডুকান মমাঙদা গর্বেজপিত ডষ্টবিন লৈতবনা অমোংপনা য়াম্লক্লবা মতমদা মৈ থাবগী চংনবী ওইরি। মসিনা ইম্ফাল মনুংদা অমদি মসিগী অকোয়বদা ফুগ্রী থাংবা তোয়না থোকই। মিনুথোং, হাপ্তা, চেক্কোন, শিংজমৈ, চীংঙা, ইরাবোত ড়োদগী চঙফম্ন চিংবদা থাদরিবা ফক্ত-হৌদি মরু ওইনা প্লাস্তিক ময়াম অসিনা শহর অসিবু মশক থীহল্লি

মলম নম্থীহল্লি। পোলুসন থোকহল্লি। নুংশিং শেংহন্দে। ভারতকী অমদি অচৌবা স্টেটশিংগী গুসি ফাওবদা শিখিবা মী অয়াম্বনা নুংশিং শেংলক্তবগী ওই। অদুবু মণিপুরদদী মসিগী মদুগী থাক্তি য়ৌদ্রি। অদুবু শীজিন্নরিবা থাওনা চেনবা গাড়ীগী মশীংনা নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপনা ঐখোয়গী নুংশিং মোৎশীল্লকপগী অকিবা লাক্তি। ইম্ফাল শহরখক্তদা চেন্নরিবা গাড়ী অয়াম্বা ইঞ্জিন চেক তৌদবনা শহর অসিগী নুংশিংতা কেমিকেলশিং য়াওরকপা থেংনরে। নাইট্রোজেন ডাইওক্সাইদ ৩০ গী মথক্তা য়াওবগা লোয়ননা অতোপ্পা কেমিকেলশিংগী মচাকশিং ৫০ দগী ১০৫ গী চাং ফাওবা য়াওবা থেংনরে হায়রি। হৌজিক ফাওবদা ইন্দিয়ান স্টেন্ডর্ড ভেল্যু ফাওবদি য়ৌদ্রি। য়ৌরকপা য়াবগী থাজবদি বাংঙি। মরু ওইনা ইম্ফালগী অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিংকী পোলুটেন্তশিংদি লম্বী নীংথিনা শেম্বিদবদগী লৈঙোই লৈতালশিংগী উফুলনা অয়াম্বনি। অদুগা নুং তকখায়বগী মেছিনদগী থোরকপা নুংকুপ মকুপ ক্যুবিক মিটর অমা খুদীংগী গ্রাম ১০ দগী ১২ ফাওবগী চাংদি কিলোমিতর ১০০ লাপ্পা নুংশিংনা পুদুনা চংলি। চেক্কী ফার্মশিংদগীসু সলফর ডাইওক্সাইড পুথোক্নুনা নুংশিং শেংলক্তবগী মরম ওই। হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অমসুং গাড়ীশিংগী মখোল অসি গুসিদি ডেসিবেল ৭৫ য়ৌরে অদুগা শিংজমৈ, লম্লোঙ, বি তি রোড, কৈশাম্পাৎ, বাহেংবম লৈকায়নচিংবা মী অমদি গাড়ী য়াম্না কৃওবা মফমশিংদা ডেসিবেল ৮০ য়ৌরকপা য়ারে হায়না পানরি। তাঞ্জা অসি য়ৌরক্লফাওবদা লমদম অসিগী মীয়াম পূন্না ভাব তামিন্নদুনা মরু ওইনা সরকারগী মেছিনরী ডিপার্টমেন্টশিং, সাইন্স এন্দ টেক্নোলোজী ইনবাইবোনমেন্ত দিপার্টমেন্ত, মণিপুর পোলুসন কন্ট্রোল বোর্ড ফোরেস্ট ডিপার্টমেন্ত অমদি লনাই সংস্থানশিং অমদি দ্রাইভর এসোসিয়েসন্নচিংবা পুন্না ফম্মিন্নদুনা হিরম অসিগী মতাংদা কুপ্না খন্নবগী মতম য়ৌরে।

## লোক্তাক অমসুং মাগী অকোয়বদা!

লোক্তাক পাৎ ইম্ফালদগী কিলোমিটব ৪৮ লাপ্পা লৈবা অশেংবা ঈশিংগী খ্বাইদগী চাওবা অমসুং খ্বাইদগী ফজবা পাৎ অমনি। মসিগী ময়াইদা পীক্তক তৌবা চীঙ মচা শেন্দ্রনা অমুক হেন্না পাৎ অসিগী ফজবা হেল্লি। ঈশিং ময়াইদা তাউদুনা লৈবা ফুম মথক্তা শারিবা শঙ মচাশিংনা পাৎ অসিগী শক্তম ওইরি। পাৎ অসিগী খা মৈরম পাংনা কিলোমিটর ৫ চৎলগা স্কার কিলোমিটর ৪০.৫ চাওবা অথাবা ফুমথিদা হিংলিবা পৃথিবীগী মমিং লৈরবা শঙাইনা পাৎ অসিগী মগুন অমুক হেনগৎহল্লি। অদুবু ফুমথিগী থাবগী চাংদি অসুম-অসুম হুম্থরক্লি। শঙাইগী অতোপ্পা মগুন অমনা ফুমদা নেৎপদা মাগী মখোঙ অসি মশানা

অদুম্ব কন্দোকচে অদুবু অকঙবা লৈবাক লৈহাওদদি যন্দোকপা ঙমদে। মরম অসিনা শা মখল অসি অতোপ্পদা হিংবা ঙমদে।

মণিপুরগী চপচাবা অশেংবা ইনবাইরোনমেন্তদি লোক্তাক্তা লৈরম্ই। পাৎ অসিগী পাক চাওবা বর্গ কার কিলোমিটর ২৮৬ অসিগী বাইওডাইবরসিটি অমসুং সমাজ অসিগী শেল থুমগী লমদা অচৌবা কান্নবা কয়া পীরি। অদুবু ইংশোক ১৯৯০ গী রামশার কনভেন্সন্না পাৎ অসি ইন্টরনেসনেলগী বেৎলেন্ড ১৯ গী মনুংদা য়াওহনপ্রে। মতম অমদা মণিপুরদা পাৎ ৪৫ রোম লৈরম্ই অদুবু হৌজিক্তি শুপ্নগী পাৎ ২/৩ দমক ঙাইরে।

ইংশোক ১৯৬৭ তা মণিপুর সরকারগী পব্লিক বার্কস ডিপার্টমেন্টনা লোক্তাক মল্টিপর্পজ প্রোজেক্ট অমা কেন্দ্র সরকারদা পীখৎখি। প্রোজেক্ট অসি মরুওইনা মণিপুরগী সমাজ অসিগী শেনথুমগী ফিভম ফগৎনবা, অমদি অকোয়বগী ফিভম শোকলক্তনবগী পান্দমদা অমদি ইমুং খুদিংদা মৈ থান্দুনা চাক ফাওবা মৈনা থোংলগনি হায়বগী পান্দমদা লে-আউট অমথক্লা তৌখিবা ওইগনি। শিঙনা চাক থোংলরোই মৈথু থোকপগী চাং হন্থহনগনি হায়বসিসু য়াওরমগনি। মদুগী মথাদা ইংশোক ১৯৭০ গী নবেম্বর থাদগী কেন্দ্রা সরকারনা থবক ওইনা পায়খৎপা হৌখি। প্রোজেক্ট অদুগী মরুওইবা পান্দমদি,

(ক) লোক্তাক হায়ড্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্ট;

(খ) লোক্তাক লিফ্ট ইরিগেসন স্কিম;

(গ) শুগনু হম্প ফ্লদ কন্ট্রোল স্কিম;

(ঘ) কে-ভি ১৩২ গী ট্রান্সমিসন লাইন স্কিমনি।

(ক) *লোক্তাক হায়ড্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্টঃ-*

প্রোজেক্ট অসিনা বিজলি মেগাবাট ১০৫ তাক্কক নাইনা অনীথোক্লা পুথোকপনি। অদুবু ১৯৮৫ গী মার্চ থাদগী মেগাবাট ৬৫ দগী ৭০ ফাওবদমক পুথোকপা ঙম্লি।

(খ) *লোক্তাক লিফ্ট ইরিগেসনঃ-*

থৌরাং অসিগী মথাদা লৌ হেক্টর লিশিং কুনহুমদোই (২৩,০০০) দা লৌরোক ২ দগী ৩ ফাওবা লোকপা যানবা ঈশিং পীদুনা মণিপুরগী মীয়াম্না চাবা ওকপদগী লেম্না ফৌ পুথোক্কনি হায়বনি। থৌরাং অসি ১৯৭১-৭২ দগী হৌদ্রবসু ঙসি ফাওবদা পান্দম অদু শরুক চাদা য়াঙ্খে (৫০%) য়ৌবা ঙমদ্রি। অদুবু পবার চেনেন্দগী নম্বুল তুরেল ফাওবা তৌদুনা পুরীবসিনা অনেম্বা লৌফম খরদি ঈশিং পীবা ঙম্মী।

(গ) *শুগনু হম্প ফ্লদ কন্ট্রোল স্কিম ঃ-*

থৌরাং অসিনা ইম্ফাল তুরেল খোঙনুং ইথায় বেরেজ মথাদা তৌথোক্লগা ঈশিং চিংথোক্লগা লোক্তাক পাত্তগী মৌথৎলকপা ঈশিং ইমায় হন্থহন্দুনা লোক্তাক খোঙবানগী লৌ একর লিশিং হুম্ফু (৬০,০০০) বু শিজিন্নবা য়াহনবগা লোয়ননা ইম্ফাল তুরেলগী

ঈশিং ইচাও নেমথহন্নবনি। লোয়নন্না ইথায় বেরেজগী মখাদগী খোরদাক মৌনা চেম্ত্রিবা মরিলগী মরক্তা চীং নাপোম মচাশিংনা খণ মরুম শ্যাদুনা থংলিবা ঈচেলবু লুনা, চুম্না তিংনা তৌথোক্লগা ঈচেল অসি চেম্থখিলবা মৌরাংনি। মসিগীদমক কেন্দ্র সরকারনা মতিক চাবা শেনফম কাইথোকপ্রবসু কান্নবদি খওগ্রি অদুগা লোক্তাক থোঙবাল্না লাজরিবা খুঙ্গাশিংগদি হায়নিংঙাই লৈত্তনা অমাবা নংগরি।

(ঘ) ট্রান্সমিসন লাইন স্কিমঃ-

স্কিম অসিগী মখাদা কে-ভি ১৩২ ট্রান্সমিসন লাইনগী থৌরাং লোক্তাক পরার হাওসতগী মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা য়োহন্নবদগী হেন্দোকুনা অসাম নাগাল্যান্ড ফাওদুনা বিজলি পুনবা তরা তিংবা লোইখ্রে অদুবু মৈ ঙানহন্নবদি ঙমদ্রি হায়রবা তাই।

ইথায়দা শারিবা মিটর ১০.৭ ৱাংবা বেরেজ অসিবু মপুং ফানা থিংগৎলবদি ঈশিংনা কুপ্পা লোক্তাকী ইমায় অসি লৌ হেক্টর ৪৯,৪৬৯ ওইগনি অদুগা ফাত্তোকখিবা মতমদনা হেক্টর ৫৫৬৮.৫ ওইনি হায়না প্রোজেক্ট রিপোর্ট অসিনা পল্লি। অদুনদি থিংগৎপা অমদি ফাত্তোকপদা মাঙহনগদৌরিবা লম অসি হেক্টর ৪৩৯০০.৫ নি হায়বসি রিপোর্ট অসিনা তাকচরে। ময়াম্না খওনরিবদি লোক্তাকী ঈশিং অসি কুমগী নোং চুবদগী অমদি পাৎ অসিদা তারিবা তুরেলশিংনা চেম্বরকপদগী তুঙদুনা লৈবনি। মরম অদুনা চহী চুপ্পা তুরেল অয়াম্বা ঈচেল কংদনা চেম্বরকপা দরকার ওই। মণিপুরগী লম শরুক ১০ থোকপগী মনুংদা শরুক ৯না উমংনি। অদুবু লমদম অসিগী অপুনবা মীশিং চাদা ৩০ না পাম্লৌ উনবা জঙ্গল কোকথোক্লি খরনা য়ুম কৈ শানবা, লম্বী থোঙ শেম্নবা শিঙ ওইনা শিজিন্নবা উ য়াম্থৎলি। মরম অসিনা নোং চুরকপা মতমদা ঈশিং চুপশিনবগী চাং ৱাংপনা তুরেল অয়াম্বা কালেন্দা কঙবনা লোক্তাক্তা ঈশিংগী ঈমায় হুম্বরকই। অমরোমদনা ইকং পাম্বদা য়ৌরক্লিবা ঈশিং অসিদসু ফত্তা-হৌদি লংশিনবা, সহর ফাওদুনা চেল্লিবা তুরেল কয়াগী ইরম নালাদা অমোৎ-অকায় থাদশিনবা অমাং-অশোয় তৌশিনবা তুম্না ঙমদবা পোলিথিন বেগশিং চেথি-চেরাং অমদি লিক্লি প্লাসনচিংবা লংথবা লৌমীশিংনা রসাইলগী হার হেন্না শিজিন্নবগী মচুম মরাং কয়াম্নুক পাৎসিদা তাশিন্দুনা ঈশিংগী মগুন মাংহল্লি। অসিদসু নত্তনা পাৎকী অকোয়বদা লৈরিবা খুঙ্গং ৫৫ গী মীওই লাখ কয়াগী ইমুং মনুংগী ফত্তা-হৌদিশিং অমদি ঈশিং মথক্তা অতাওবা ফুম মথক্তা শারিবা য়ুম মচা ৬৮৮গী মী লিশিং কয়ানা থাদরকপা ফত্তা-হৌদিশিংগী মনুংদা লিক্লি, চেথি-চেরাং প্লাসতিক্লচিংবা অসি চহী অমদা য়ামদ্রবদা টোন ২৫,৭৪,০০০ রোমদি ওইগনি হায়না পানৈ।

লোক্তাক পাৎকী অকোয়বগী শক্তম অসিদা চাওথোকচরিবদি অফবা ঈশিং পীরি। লৌউ-শিংউবগী ঈথে লৌখোংশিং পীরি। বিজলি শক্তি পীরি। লমলক্কী শা-উচেক কয়াগী চাক্তাফম পীরি। মণিপুরগী মরু ওইনা ঙা মখল কয়া পীরি। মীওই কয়াগী জীবিকা ওইনরি।

অশেংবা নুংশিং পীরি। অইং-অশাগী চাং লেপ্পদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। সহিত্যগী লনঙ্গৈ ওইরি। পাং অসিগী অপুক মঙ্গল য়ামন্না নমদমসিগী মীয়ামদা পীরিবা খুদোলশিংগী মনুংদা বাইও-ডাইভরসিটি পৃথিবীগী অতোপ্পা মফমশিংদগী তোঙাল্লি। অসুক কজন্নবা পাং অসিগী অকোয়বগী ফিভম অসি নোংম-নোংমগী শোকচিন্নকপা তায়বরা হান্নবগী অকিবা ফাওনরি।

নাকল অমরোমদনা, মিটর ১০.৭ ফাওবা বাংবা ইথায় বেরেজগী সন্তয়না মিটর ৭ থক বাংনা থিন্নংপদা লোক্তাক খোঙবানগী লৈহাও চেন্নবা লৌ পরি লিশিং কুন্থামঙা (৩৫,০০০) বু শোক ১৯৮৪ দগী হৌনা লৌ পানবা য়াহন্দ্রে। বেরেজ অসিগী ঈশিংনা শোকহন্নিবা মফম অসি মণিপুর অপুন্বনি হায়বা য়াই। মদুদি বিষ্ণুপুর জিলাগী ঈশিংনা শোকহন্নবা খুঙং ২৮ ইম্ফাল জিলাগী খুঙং ১১ থৌবাল জিলাগী ১৬ তা হিঙজরম্বা মীওই লিশিং কুন্থামঙারোম হেনবগী ইমুং-মনুংগী হিঙবগী অথিকায় মাঙহনবীদ্রে। মসিমক পাং অসিগী অকোয়বগী মঙং কাইথরকপগী অচৌবা খুদম অমনি।

পুম্নমক অসিনা মীওই লাখ কয়াগী শেঙ্থোক লম্বীশিং থিংজিনদ্রে হায়বা য়াই। হিঙনবগী লানফমদা হান্না লৈজরম্বা মাল-চাং মচেং মকায় ফাওবা কায়দুনা শাথিবা অৱাবা ফিভমদা হিঙবা য়াওররে। শিনফম মুনবীদ্রবা মীওইশিং অসিগী ইমুং থাকপা ওন্নবা অতোপ্পা শুফম নোংফমগী থৌরাংশিং সরকারনসু পায়খৎলকপা উদ্রি। মসিমক পাং অসিগী অকোয়বগী ফিভম শোক্লকপদগী ওন্থোক্লা লাইবক থিবনি।

য়েলহৌঙেদগী শাগোন্নদুনা লৈজরক্লবা, চাক্তাংবা মতমদা মণিপুর শিনবনা চাক্কী মহুং শিন্দুনাফাও চাজবা, হাওরবা মথেল ঙামোক-অমসু ওইরিবা লোক্তাক্কী হৈকক, য়েন্সাং ওইনা শিজিন্নরিবা হৈকক য়েন্না অমদি থঙজিং ঈশিংগী ঈরেপ্পা বাংবিবদগী ফংবদা য়ারে। পাম্বীশিং অসিনা হিঙবদা চঙগদবা নুংশাগী মৈশা মন্তাল ফংবা বাংপদগী পুম্নমক মাঙথিবা য়াবগী অকিবা লৈরে। মসিদগী হিঙজনবা হোংনজরম্বা মীওই কয়াগী শিনফম মাঙহনবীদ্রে।

ঈশিং কঙবা মতমদা নুংশাগী মৈশানা লৈবাক কঙহন্দুনা ঈনৌ লাকপদা ঙানা মচীঙ্গাক ফংজবা মতমদা মরুম কোক্তুনা ঙায়াম অম শন্দোক্লম্বগী মতৌ অদু পাং অসিগী ফিভম খঙহোং হোংলকপদগী ঙাগী ঙাথোক্কী চাং শাথিনা হন্থরে। ঙানা পীরম্বা অঙকপা মথলগী প্রোতিলশিং লৈশিল্লকত্রে। অতোপ্পা মফম ব্রহ্মানচিংবদগী হিদাক শিজিন্নরগা ফাবা মনম নম্বা ঙাশিং শিজিন্নবা হৌরক্লে। লমদম অসিগী য়েলহৌঙেদগী চান্নরম্বা ঙাশিং মাঙথিবা য়াবগী অকিবা লৈরে। লোয়নবা সরকারগী শেম্ফংগা লোয়নবা লিংখৎখিবা ফার্মশিং অমসুং ফিশিং কো-ওপরেটিভ সোসাইটিশিং ঈশিং মনুংদা লৈথিবনা থবক অমত্তা পায়খৎপা য়াদ্রে শেল কয়ামুক মাঙদুনা লৈরে।

লোক্তাক অসি পাং ওইজরবসু থাঙ্গগী চীঙলক অচৌবদা চহী চুপ্পা ঈচেল নাইনা চেঙ্খদুনা ইম্ফাল তুরেল তন্নগা খুগা তুরেলগা পুন্দুনা শুগনু তম্মা চেঙ্গরম্বনি অদুবু অচেনবা ঈপাক অদু থিঙখিবনা মরম ওইদুনা ফুমথি অমদি কবোকংনা থাগৎলক্কুনা ঈরিরবা ঈশিংদা তিন-কাঙ কয়াগী চাগোকফম ওইরে লোইননা মসিদগী খোঙহাম্না ইতোন কায়বা, জোন্দিস, হেপাতিটিস, ঈশিংগী লায়না অমদি কাঙগী লায়না কয়া শম্দোরক্লি। কাঙ চিকপগী চাংসু অঙকপা ফংনা হেনগৎলক্লি। মসিনা লমদম অসিগী শেন-থুমগী ফিভম কা হেন্না

পৃথিবীগী অতে মফমদা লৈবগা পুমতোপ তোপ্পা শা মখল কৈবুল লমজাউগী শঙাই ঈশিংগী চাংনা ৱাংমনখিবনা হিঙবদা হৈনদবা পোক্লক্লে। হৌজিকমক য়েংশিনহৌদ্রবদি ঙম্মা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈরে। পাং অসিগী ঈশিংনা অসুম-অসুম থেনগৎলক্কুনা মণিপুর তম্পাক তংখাই অমা পাং ওইরকপা য়াবগী অকিবা লৈরে। পাং ওইজরবসু ইথায় বেরেজনা থিঙ্গত্রিঙৈদদি ঈপাক ঈচেল ওইনা চহী চুপ্পা শুগনুয়োমদা চেনখিবনা চীঙদগী তুরেল কয়ানা পুরক্লিবা লৈঙোই, ফোলি কয়া লোক্তাক ঈরোম্নুংদা পম্খদুনা ঈরৈ লৈরমদে। হৌজিক থিংজিন্দুনা ঈশিংনা ঈরিরবনিনা অমত্তা চিথদনা লোক্তাক ঈরোম্নুংদা ফমজিল্লক্কুনা থেনবগী চাং হেনগৎলক্লি। হায়দ্রো ইলেকত্রিক পৱার্স কায়দনা পীবা য়াননবা ঈশিংগী চাং চানা থম্লবা হোংনবদা লৌফমশিং অসি ফাওবা পাং ওনথ্রগনি ইংখোল কয়ামুক ঈশিং মনুংদা লৈরক্লগনি হায়বগী অকিবা লৈরি।

মহৌশাগী খল কায়হন্দুনা শাখিরবা অৱাবা নঙহল্লক্লিবা অসিগী চাং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্কুনা তমথিরবা থাক অমা য়ৌরকপা য়ারি। মতম অদুদদি মীয়াম্না অশা থমদুনা শাগৎলুরিবা প্রোজেক্ট অসিসু খাঙুথক্তা মুংখিবা য়ারি। মরম অসিনা মণিপুরগী মীয়াম পুম্নমক্তা তারগদৌরিবা অৱাবা খুদোংথিবশিং অসি খঙনা মীয়াম হৌদুনা থেঙনবা লড়াই তৌবা লোয়ননা লৌমী-শিন্মী, ছাত্র-ছাত্রি, নহারোল রাজনীতি দল, ভলুন্টরি ওর্গেনাইজেসন পুম্নমক পুন্দুনা জাৎ-ধর্ম্ম, লৈফম পার্টি খেন্নবা খুদিংমক থাদোক্লরগা মণিপুরগী অমত্তা ঙাইরবা মতম অমগী ইতিহাসকা শাগোন্নজরিবা নুংশিরবা লোক্তাক্কী শক্তম অমদি শোকহল্লবা মীয়ামগী পুন্সি কন্ননবা অমত্তা ওইনা থেঙনবগী তঙাইফদবদু মাঙদা তারবনি।।।

# লৈবাক লৈহাওগী পোল্যুতেন্স

হৌজিক হৌজিকমক মালেমগী স্কার কিলোমিটর ১ দা মী ৭৮না যুম কৈ শাদুনা হিংঙি। অদুবু য়ামখৎনক্লিবা মীয়াম অসিনদি মী অমনা ফুট ২০ ফাওবা ফগুবা য়ারকপা য়ানা লৈ। মসিনা মহৌশাগী ওইবা খল কায়থরকপগী মরম ওই। খাইদগী হেন্না মরু ওইরিবা সমস্যাদি লৈফম লৈরক্তবতা নত্তনা চাঞ্জাক্কী পোৎথোক য়াৎশীল্লকপা অসিসু অমনি। অরাংপ্না হায়রবসি লাকপদা পুন্সিগী সমস্যা ওইবা হৌরকই। চাঞ্জাকী পোৎথোক য়াৎশিল্লকপগিমক লৈবাক লৈহাওগা মরী লৈনৈ। গঙ্গা তুরেল তোর্বান্দা চহী খুদিংগী লৈবাক লৈহাও মিলিয়ন তোন ৬,০০০ মাওঙ্কি হায়রি। ভারত সরকারগী লৌউ-শীঙউ বিভাগকী ষ্টেতেষ্টিকেল ডাতাগী মতুং ইন্না লৈবাক অসিগী লম হেক্তর মিলিয়ন ৩০৪ গী মনুংদা হেক্তর মিলিয়ন ১৭৫ গী পোৎথোক চহী খুদিংগী হস্থরক্লি হায়রি। লৈবাক লৈহাওদা হৌরিবা মনা মশিংদা শীজিন্নরিবা পেষ্টিসাইদ, হারবিসাইদ অমদি রসাইলগী হার কয়াদগী থোরকপা রেডিও এক্তিব ইলিমেন্টশিংনা হু ওল্লক্তুনা লৈবাক লৈহাওশিং পাতক-ইত ক্লা মাঙথরক্লি। য়াম্না মরু ওইবা অমনা মীয়াম পুম্নমক্লা ইফোং ফোঙনা থেঙনরিবা খরদং পল্লবদিঃ

-ইন্দাষ্ট্রি, ফেক্তরিশিংদগী ফত্ত- হৌদি, মচুম-মরাংশিং পওলং লওথোরকপা গর্বেজ পিত শেমদবা,

-চাওখৎলে খঞ্জরিবা বিজ্ঞানগী যুগ অসিগী মীরোল অসিনা লমহাও-তুহাওদা অমাও-অশোয় তৌশিনবা,

ইমুং-মনুংগী ফত্ত-হৌদি অমোৎ-অকায়, লীক্লি, গ্লাস, প্লাস্তিক পুম্নমক মফম-মরাও খওদনা পওলং লওথোকপা, অসিনচিংবনি।

অমরোমদনা নাপী হাৎনবা শীজিন্নরিবা হারবিসাইড, তীন-কাও হাৎনবা পেস্তিসাইড শীজিন্নবগী চাং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। ময়াম অসিদা য়াওরিবা মরু ওইনা ডি ডি তি (ডাইক্লোরো ডাইইথাইল ত্রাইক্লোরোইথেন) ডি ডি ই, ডি ডি ডি ডাই ইন্দ্রিল অমসুং হারবিসাহডশিংগী মনুংদা ২,৪,৫,(২,৪ ডাইক্লোরো ফেনোক্সি এসিতিক এসিড) নচিংবা কয়া তোয়না শীজিন্নবনা ইকোসিস্তেমদা কন্তামিনেত তৌদুনা ত্রোপিক্কী মফম অয়াম্বদা উচেকশিং রিংবেল গলস, অমদি রোবিন্নচিংবা কয়াগী রিপ্রডক্তিবকী ওর্গানশিং শোকহন্দুনা উচেক মশীং হন্থহল্লি। মীওইবগী হকচাংগী ডি এন এদা অমাও-অতা কয়ামুক থোকহল্লি। নুপীগী চাবোকপদসু খুদোংথিনবগী মরম ওই হায়না অখও-অহৈশিংনা মোৎ কয়া পীরি। হকচাংগী তিসুশিংদসু কেন্সর ওইরকপা য়াবগী অকিবা লৈ।

ইউ এস এ অমসুং ভিয়েতনামগী লান্দা উমং চাদা ৫০ মাঙহনখি। মানগ্রোব উমং চাদা ১০ মাঙহনখি। [illegible] কাও মশীং [illegible] কয়া হাংখি।

লৈবাক লৈহাওদা য়াওবা কেমিকেলশিংগী মচুশিংনা ঈশিংদা অমুক য়ৌরকপা মতমদসু ঈশিংদা লৈরম্বা ওাশিংতা নত্তনা জীব কয়ামুক মাঙশিন্নরি। চাওখৎলক্লিবা ভারততুম্বা লৈবাক্তদি ফত্ত-হৌদি অমোৎ-অকায়শিং মরু ওইনা প্লাস্তিক, লীক্লি অমদি তিননা শাবা কৌতানচিংবা অমদি চগুম-চগাই ফত্ত-হৌদি ময়াম অসিনা খুল্লুং সহর অনীমক্তা পুমচাই চাইখাইরকপদগী ওইনা তৌই। মণিপুরগীসু অদু মওায় য়ুমথোঙ হল্লা লীজিন্নরিবা ফত্তা-হৌদিশিং পোৎ-চৈ লৈবা-য়োনবদা পুথোক পুশিনতৌরিবা অমদি অচাপোৎ য়োন্নকপা প্লাস্তিকশিংবু মফম চানা য়ুম-য়ুমদা পৈশিন্দুনা থম্বগী চৎনবী লৈতে। খ্বাইরম্বদগী লম্বী মতাইদা গর্বেজ পিত মতীক চানা লৈতে। লম্বীদা ভুকানশিংগী অমোৎ-অকায় পঙলঙ লঙথোকপনা লম্বী চৎফম ফাওবা লৈরক্তবগী অত্থাবা লৈরগনি। মসিগীদমক মতীক চানা মফম চাবা য়েঙদুনা গর্বেজ পিত শেম্বগী দরকার লৈ। লীক্লি গ্লাস অমদি প্লাস্তিক নত্তবা অতে ফত্ত-হৌদিশিংদগীদি অফবা মখলগী হার ফংই। কলকতা সহরদগী নোংমদা হুন্দোরকপা ফত্ত-হৌশিংদগী হার তোন ২০০/২০০ পুথোকপ্রে। অতোপ্পা সহরশিংদসু ক্লিন সিতি গ্রিন সিতি হায়বা খোল্লাউগী মখাদা থৌরাঙ কয়া পায়খৎপা হৌরে।

হৌজিক্কী মতমদা পোৎ-চৈ য়োন্নকপা লৈবাক্তা লায়না তুম্না ওমদবা প্লাস্তিকতুম্বা কয়া লম্বীদা লমহাঙদা পঙলঙ লংথোকপনা নুংশা মঙাল অমদি নুংশিংনা হুমদুনা কোয়পাই পাইরগা লৌবুক-লমহাঙদা তাশিন্দুনা লৈবাক লৈহাও কয়ামুক মাঙহন্দুনা তৈঁ-শীঙউবদা অচৌবা অমাঙ অতা থোকহল্লি। য়ু ফাওবা লীক্লিদা হাপ্পদ্রে প্লাস্তিক খাউদা য়োন্নগা থকপা লোইরগা লৌবুক-লমহাঙদা পঙলং লংথোকপগী চৎনবী লৈরে। মসিনা টাঙ-তম অনীগী লৈবাক লৈহাওদা পাম্বীশিংনা মনীং তৌনা হিঙবা ওমদে। হৌগৎলক্লিবা পাখঙ-লৈশাবী লীশিং কয়ানা শীজিন্নরিবা কোসমেটিক কয়াগী পেকেট লীশিং লীশিংনা য়ুম খুদিংগী অকোয়বদা মশীং লাকওমদনা চাইদুনা লৈবা অনৌবা নৎত্রে। মসিগী চৎনবী অসিনা অসুম চৎথরবদি নোংমদি ইথোলগী লৈবাকশিং অসি প্লাস্তিক্কী মরোলশিংনা কুপশিন্নকপা ফাওবা য়ারি।

অমরোমদা, চাওখৎলবা বিজ্ঞানগী য়ুগ অসিগী রেডিও এক্তিব ইলিমেন্টশিংনসু লৈবাক লৈহাওদা অমাঙ-অতা কয়ামুক থোকহল্লি। অসুম্না থাদোরক্লিবা ইলিমেন্টশিং অসি খরনা মেরিন ইকোসিস্তেমদা, খরনা লৈবাক লৈহাওদা, খরনা পাম্বীদা হাকথেঙননা চঙলক্তুনা শক্তম অদুদা লৈ। খুদম ওইনা, মেনগানিজ-৫৪, আইরন-৫৯, কোবাল্ট-

৬০, জিঙ্ক-৬৫ না কোলোইদ ওইনা লৈহাওদা য়াওই। পেরাশেডোডাইমিয়ম-১৪৪, [illegible] অমসুং রেডিয়ম -১০৬ কী অয়াম্বা শরক্রা লৈবাক অমদি পাম্বীশিংদা তিনখি। ষ্ট্রোনসিয়ম কেলসিয়ম ১৩৭কী অয়াম্বা শরক্রা লৈবাক অমদি পাম্বীশিংদা তিনখি। হায়রিবশিংসিগী মনুংদা চেক্রুম অমদি লাইকেন্দনা চাং হেন্না য়াওই অদুবু কা হেন্না শোকহনবদি নত্তে। ষ্ট্রোনসিয়মনা শক্তোম অমদি মনা-মশীংদা য়াওরবদি হকচাংদা য়াওবা কেলসিয়মগী চাং মায়না মন্থা অকায়বা লৈ।

মণিপুরগী ওইনদি চহী শুদিংগী সোং মরাও কায়না চুই। গুনবা থেগুবনা অমনি। নোংজু চাং নাইদে, অকনবা-অচৌবা নোংলিক্রা খুদক্তা চুশিনবা, খুদক্তা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং তৌবনা তম্পাক্কী লমশিংদা লৈগোই হাক্তিনবা, চীঙমাইদা অখুবা অরুবা লোকলচিংবা শেমদুনা লৈবাক্কী চাং য়াম্না চীঙখোঙদা পুথরক্তুনা তম্পাক্কী লৌশিং লৌ উবা য়াহন্দে। মওং অসি মরু ওইনা তমেংলোং, কাংপোকপী, উখ্রুল অমদি চান্দেলগী লমশিংদা অয়াম্বা সোইল ইরোজন থোকহল্লি। তম্পাক অমদি চীঙগী লমশিংদা শীজিন্নরকপনা লৈবাক অয়াম্বা নুং-চেক্কুম কনশিল্লকপনা লৈবাকশিংদা এসিদকী চাং হেনগৎলকপা অলকালিগী চাং হম্বরকপা তোয়না থেগুনরিবা ওাক্তনি।

## মণিপুরদা ইনবাইরোনমেন্তেল ইন্দষ্ট্রি

লেপ্পা নাইদনা তপ্না তপ্না চাওখৎলক্লিবা মীওইবগী সমাজ অসিগী হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী তঙাইফদনা দরকার ওইবা পোৎলমশিংদি ইন্দষ্ট্রিনা ফঙহল্লি। সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্দষ্ট্রি হেন্না খুমাঙ চাওশিল্লকই। মসিনা মীওইবগী সমাজদা কান্নবা কয়া পীরি। মীয়ামগী শু-নোম্বগী খুদোংচাবা হেনগৎহল্লি হিঙবগী থাক রাওখৎহল্লি। ইনবাইরোনমেন্তকী মশক থোকহল্লি। মহৌশাগী ওইবা লন-থুম্ম (নেচরেল রিছোর্স) হায়বদি উমং-ব্রামং অমদি লৈনুংদগী কংবা পোৎলমশিং, লৌউ-শিংউবগী পোৎলম অমদি শা-ঙাগী পোৎথোক কয়া ইন্দষ্ট্রিগী মচাক ওইনা শিজিন্নৈ। অদুবু বিজিলি শক্তি মরাও কায়না ফঙদ্রবদি ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবা য়াদে। থবক্তা হৈশিংবা মীওইশিং, অফবা লম্বীথোঙ অমসুং কৈথেলগী খুদোংচাবশিং লৈতবা য়াদে। ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহন্নবগীদমক সরকারগী মরিক চুম্বা ইন্দষ্ট্রিয়েল পোলিসি অমসুং প্লান চপ চানা লৈফম থোকই। মসিগীদমক মীয়ামগী স্বার্থদা থবক ঙম্বা ওইবা তাবনি।

পৃথিবীগী ইন্দষ্ট্রিদা চাওখৎখ্রবা (ডিভলপ) লৈবাকশিং আমেরিকা, ফ্রান্স, জর্মন,

ইতালি, জপান মতম অমগী সোভিয়েৎ রুসিয়াবু ফার্স্ট ৱার্ল্ড কন্ত্রি কৌই। ভারত, চিনা, বেনুজুয়েলানচিংবা ইন্দষ্ট্রিদা চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংবু সেকেন্ড ৱার্ল্ড কন্ত্রি (ডিভলপীং) অদুগা ইন্দষ্ট্রিদা চাওখৎপা ঙমদ্রিবা লৈবাকশিং নেপাল, ভুতান, বঙ্গলাদেশনচিংববু অহুমশুবা লৈবাক (অন্ডরডিভলপ্) কন্ত্রি কৌই। ভারতমা নিংখা তন্নবা মতুংদগী লৈবাক অসিদা ইন্দষ্ট্রিশিং লিঙবা হৌরকখি। অদুবু ইন্দষ্ট্রি অম্নাম্বা কেপিতেলিজমগী লম্বীরোমদা শেঙ্গাও পায়বা থরগী মতোল ওইবা, মশিং য়াম্লবা মীয়াম্না হিঙবদা হেন্না ৱাশিন্নকপা, থবক ফংদবা, পোৎ-চৈ তাঙবা, মথল কয়াগী করপশন অমসুং ক্রাইম চাওখৎ-খোঙথাংদা লম অমগা লম অমগা ষ্টেট অমগা ষ্টেট অমগা শাথিনা থোং মান্নদবা কয়া থোকহল্লি। মসিনা মহৌশাগী খলদা অচৌবা শিঙনবা লাকই। মরম অসিনা ঙসিদি চাওখৎখ্রবা লৈবাকশিংনা চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংদা মহৌশাগী খল কম্নবা শেলগী মতেং থাদরিবা অসিগী মরমদি অশেংবা ওক্সিজেন লৈরক্তদুনা অশেংবা নুংশিংকী লম্বী থিরকপনি চাওখৎত্রিবা লৈবাক অদুবু নুংশিদুনা পৈশা পীবা নত্তে। ইন্দষ্ট্রি চাওখৎতবা লমশিংদা উ মরাং কায়না হৌবা উমং য়াম্না লৈরি। অদুবু ভারতকী নোংপোক চিদাইদা, চীঙলক্তা লৈবা ষ্টেট অসিগী মশাগী লন-থুম (রিছোর্স) মরাঙ কায়না লৈজরবসু ইন্দষ্ট্রিদা খ্বাইদগী তুং শোথহৌরি।

মসিগীদমক্তা য়াম্না দরকার লৈবা বিজিলি শক্তি পুথোক্নবা লোক্তাক প্রোজেক্ট ইংশোক ১৯৭০ দগী হৌরগা ১৯৭৫ দা লোইগনি হায়জরগসু চহী ১০ থেঙথনা ইংশোক ১৯৮৫ দগী মৈ পীবা ঙমখি। পুথোক্লিবা মৈগী চাং অসিনা ইন্দষ্ট্রি চলাইবদি লাইরদনা মণিপুরগী মীয়ামদা থুংনবা পীবা ঙমদ্রি। কল-কারখানা চাওখৎনবগীদমক মরুওইবা লম্বী-খোঙ শেম্বগী ৱা লৈতে। অদুবু ১৯৮৯ দগীদি মণিপুরদা রেল লম্বী য়ৌরকপগী ৱাফম লাকখি। লমদম অসিদা লম্বী-খোঙগী খুদোংচাদবা লৈরি। চীঙ অমসুং তমগী খুঙ্গংশিং অমসুং পোখোক পুথোক্লিবা মফমশিং ফাওদুনা চংপা অঙবা লম্বী লৈতনা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎপা ওইথোক্তে। মণিপুরগী মীশিংদি ইংশোক ২০০১ দদি লাখ ২২.৭৪ য়ৌরকপা য়াই হায়না পানরী। অপুনবা মীশিং শরুক অহুমগী মনুংদা অনীনা পীকখ্রবা তম্পাক্কী লমদা কৃক কৃক ইন্নদুনা লৈরি। শরুক অমনা পাকখ্রবা চীঙগী চীঙলৈবাক্তা লৈরী। তম্পাক্তা লৌ উবা য়াবা লম হেক্টর লাখ অমা হেন্না লৈ। মসিসু মীশিং য়ামখৎলকপগী মতুং ইন্না অসুম অসুম পীকশিল্লক্লি। পাক চাওরবা চীঙগী লমশিংদা লৈরিবা উমং-ৱামং নিংথিনা শোমগৎপগী মহুত্তা জঙ্গল অথাকপা লৈতনা পঙকোক কোকথোকপগী থবক চখরি। মসিনা মরম ওইদুনা নোংগী ঈশিংনা চীঙগী লৈহাও মাঙবনা অমসুং চীঙ নিংখাইরকপদগী তম্পাক্রোমদা লৈঙোই হাজিনবগী চাং অমসুং ঈচাওগী খুদোংথিবা হেনগৎলক্লি। মসিনা লৌউ-শিঙউবদা অশুক্কী মতিক খুদোংথিহল্লি। মসিনা রাজ্যসিগী মীয়াম চাবা কোম্নবা

চীজাক পুথোকপা ঙমদ্রে। ইন্দষ্ট্রিগী মচাকশিং হায়বদি লশিং, চু, চুজাক, কোফি, কিহোম, কোমল্লা, চশ্রানচিংবা কয়াসু মরাং কায়না পুথোকপা ঙমদে।

তত্তনা হেনগৎলক্লিবা মীয়াম অসিগী মনিং থুংনা চহী চুপ্পা শেল্হোক লৈনা শুকম্ম ফঙদে। মহৈ-মশিং তম্মুরগা থবক ফঙদবা নহারোল লাখ কয়া থবক শুকম্ম খঙহন্দে। মথোয়সু হয়াট কলম জোব নত্রবদি তৌনিংদে। সমস্যা কয়া থোকহল্লি। মীয়াম অসি মখল কয়াগী অরাবা নঙহল্লে। হিঙবগী থাক লেমহল্লি। পুম্নমক অসিদি মহৌশাগী ওইবা লন-থুম নিংথিনা কলচর তৌদবা অমদি নিংথিনা শিজিন্নবীদবগা লোয়ননা ইনবাইরোনমেন্তা শিংনরুবগী ফলনি হায়বা য়াই। অদুবু খুদোংথিবশিং অসিদগী কন্নবা লমদম অসিগী রিছোর্সশিংগা চান্নবা ইন্দষ্ট্রি মখল কয়া পায়খৎফম থোকই।

অদুবু লুরিবদি, ইংশোক ১৯৭৮ মার্চ থাদা লিঙখিবা লোইতাং খুন্নৌগী স্পিন্নিং মিল য়াথোক্কী মিল ওইরি। সরকারগী হিসাবতা য়োংখম লাখ ৩গী শরুক ৪ থোকপগী অময়োমদা কান্নগদবা লংচাক ২৫,২৫০ পানবা মিল অসিনা ষ্টেট অসিগী মফম কয়াদা লশিং থাবা মীওই লাখ ২ গী মথক্তা কান্নবা ফংহনগনি হায়খিবনি। লশিংগী ইনবাইরোনমেন্ত ওইহনগদবা মিল লিংখৎখিবা চহী কয়া হৌদ্রে লশিং বেল অমা ফাওবা পুথোকত্রি।

চীঙগী লমদা লৌউ-শিংউ তৌবা, শা-ঙা য়োকপা হৈ-রা থাবা জঙ্গল নিংথিনা য়োকখৎ শেমগৎনবা লম্বী-থোঙ অমদি দরকার লৈবা মচাক মথুম অমদি অখঙ-অহৈ কয়া থমদুনা ইন্দষ্ট্রিগী মচাকশিং (রো মেটেরিয়েল) মরাঙ কায়না পুথোকফম থোকই। মসিগী মহুত্তা মশিং য়ামদবা, হৈশিংবা য়াৎপা লন্নাই মীওইশিংদা লোন খরা, পাওতাক খরা পীবনদি পোথোক মরাং কায়না পুথোকপা ঙম্লোই। চীঙদা এম এল আর এক্ট ১৯৬০ চৎনহন্দুনা সরকারগী অচৌবা লৌ পরি ৫০০ দগী ১০০০ ফাওবা ফার্ম লিংখত্তুনা চীঙমী তম্মীশিংগী থবক পীবগা লোয়ননা অশঙবা চীঙমাই ওইহন্দুনা ইন্দষ্ট্রিগী মচাক মখল কয়ামুক পুথোকপদা কান্নগনি।

লুপা লাখ ১৭ চঙনা লিংখৎখিবা নোংমদা চু তোন ৬০ চপখাইবা ঙম্বা য়াংবলগী খাম্নারি চিনি ফেক্টরি চু মতিক চানা ফঙদবদগী কান্নফম খঙদ্রি। নোংমদা চু তোন ১২৫০ চপখাইবা ঙম্বা কবোয়াকচিংগী চিনিগী ফেক্টরি ইংশোক ১৯৮০ নবেম্বর তাং ২৬ তা যাত্রা হৌনখিবনি। ৬ শুবা প্লানগী মনুংদা লুপা লাখ ২৩০ কাইশ্লবনি। মচি লেংদ্রি মমিং ফাওবা কাওনবা য়াওরে। চুদি মপান্দগী পুশিল্লকপা য়াবদি নত্তে। চুগী পোথোক ফগৎপা য়াবা লৈবাক লৈহাওশিং লমদম অসিগী চীঙগী লমদা লৈবনা বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা চীঙশিংবু শেমগৎপা তাবনি। চুদগী চিনিদা নত্তনা চুহিদগী শুংবা রম্না খাইদগী ফবা হেল্লি হায়রি। মসিমক থবক্তা ওন্থোকপা ঙম্নবদি লমদম অসিগী শেল্হোক লৈগনি চীঙগী

ইনবাইরোনমেন্ত খরদি ফগংকনি। চীঙগী লমদু য়াম্না পুথোক্তুনা লাকোইদগী য়ু শুংবগী ইন্দষ্ট্রিশিং মায় পাক্লা চথবা ঙম্লগনি। চুগী মনা অমসুং মত্তোন্দগী বাইও মাস ইনর্জি মতিক চানা কঙবা ঙমগনি।

ইংশোক ১৯৮০গী নবেম্বর তাং ১২দা যাত্রা হনখিবা ফেক্টরি অদু মণিপুরগী ডিঙ তম অনীমক্তগী চুজাক্তগী নোংমদা চনাং অকংবা মকুপ (ষ্টার্চ) অমসুং গ্লুকোজ তোন ৬০ পুথোক্কনি হায়খি। ৬-শুবা প্লান্দা ফেক্টরি অসিগী লুপা লাখ ২০০ কায়বা য়াম্রবনি। চহী কয়াদি হৌখ্রে চনাং পুথোকপদি লৈত্রি। তমেংলোং অমসুং চুরাচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্ট অনীগী মরুওইনা বরাক খোঙবান্দা বর্গ কিলোমিটর ১৫০০ দা হৌরিবা বাদা যুম্ফম ওইবা চেগী মিলনা চে পুথোকপা ঙমদ্রি। মণিপুরগী অপুনবা জঙ্গলগী লম বর্গ কিলোমিটর ১৫,১৫৪ গী মনুংদা বা হৌবা লমহাং বর্গ কিলোমিটর ১৪৬ বু বাগী কলচর নিংথিনা তৌরবদি রাজ্য অসিগী ইনকম হেনগৎপদা নত্তনা থবক ফংদবগী সমস্যা কোকহনবদা খরদসু মতেং ওইগনি লোয়ননা বাগী মউ অমদি মনাশিংনা অশেংবা ওক্সিজেনগী চাং য়াম্না পীথোক্কনি। ইনবাইরোনমেন্ততা খরদি কান্নগনি। অসিদা নত্তনা সেনাপতি, উখ্রুল অমসুং চান্দেল ডিষ্ট্রিক্টশিংদা হৌরিবা উচান্দগী নোংমদা তোন ২৫ পুথোক্কনি হায়রম্বা ইন্সুলেটেড পেপর মিল অমা কারোংদা তৌনি হায়না তাখি মনিলদি মাঙখ্রে। মরাঙ কায়না লৈখ্রবা জঙ্গলগী লম অসি মরিক চুম্না, বিজ্ঞানিক ওইনা শেমগৎপীরবদি লমদম অসিগী ইনবাইরোনমেন্তসু ফগনি মিলগী পান্দমসু মায় পাক্কনি। অদুবু অরেম্বা ওইবা তারবরা হায়না হঙনরি।

ইংশোক ১৯৭২ গী জিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়াগী রিপোর্ট মতুং ইন্না সিমেন্ত শাবদা শিজিন্নবা শুনু নুঙ মিলিয়ন ৬.৪ উখ্রুল জিলাদা ফংই হায়বদগী নোংমদা সিমেন্ত তোন ১৫০ পুথোকপা ঙম্বা ইংশোক ১৯৮০ গী জনুয়ারী তাং ৮ দা হুন্দুংদা সিমেন্ত ফেক্টরী যাত্রা হুনখি; লুপা লাখ ১০০ কায়খ্রে সিমেন্তদি পুথোক্কদবা খাংদগী য়াম্না হন্থনা পুথোক্লি।

হায়রিবা ইন্দষ্ট্রিশিং অসি মপুং ফানা লৈহন্নবা দরকার লৈবা ইনফ্রাষ্ট্রকচরশিং অমদি মসিগীদমক চপ চানা তুংগী মীরোলগীদমক নিংথিবা মখলগী ইনবাইরোনমেন্ত অমা শেমগত্তবা য়াদবগী মতম য়ৌরে। চেদা কলম মচিল্লনা তেবলগী মালেমদা অঙৌবা চেৎপাংগী লৈহাওদা উ থাবনদি য়াররোই। মসিনা মতম য়াম্না চঙহল্লে শেল মাঙহল্লে; লম্লাই ফুরিংখাওদা পৈশা পাম্বী হৌবা য়াওরে ইন্দষ্ট্রিনা ফেল ওইহৌরে।

মরম অসিনা মণিপুরগী পাক চাওরবা মওং তানা শিজিন্নবীদ্রবা চীঙগী লমদম পুম্নমক নিঙথিনা সাইন্তিফিক ওইবা মওংদা শেমগত্তুনা জঙ্গলগী পোথোক হেনগৎহন্নবা এগ্রিকলচর, হোর্তিকলচর, সেরিকলচর অমসুং শা-ঙাগী পোথোক মখল কয়া মরাঙ

কায়না গুথোক্লবা মণিপুর সরকার অমদি শীয়াম অসিনা হোৎনখিবা লৈতে। রো-মেটিরিয়েল হান্না লৈহন্নবা হোৎনজগ্রিঙৈদা, ইন্দষ্ট্রিশিংগী ইনবাইরোনমেন্ত লেমগৎত্রিঙৈদা ইন্দষ্ট্রীগী যাত্রা হনজিনবদি লৈকংদা ঈল হুনবগা মান্নগনি, শগোল মমাঙদা গাড়ী পুন্নবা চেলহনগনি হায়বগী পোলিসি অসি মায় পাকপা য়াগনি।

হৌজিক ফাওবদি মণিপুরদা অচৌবা কল-কারখানা য়াম্না লৈত্রিবনা নুংশিত্তা অমোংপা পংয়াও য়াওদবা অমদি সমুদ্র ইমায়দগী মিটর ৮০০ দগী খাইদগী ৱাংলবদা মিটর ৩০০০ ফাওবা ওইবনা ইলেকত্রোনিক্স ইন্দষ্টিসু চান্নগনি। মরম অসিনা কম্প্যুটর, টি.ভি অমদি লমদম অসিগী মীয়াম্না শিজিন্নরিবা সাইকলগী ইন্দষ্ট্রি পায়খৎপা দরকার ওই।

হিরম অসিদা লমদম অসিগী ছাত্র-ছাত্রি খুদিংমক্তা ইনবাইরোনমেন্ত অসিগা চান্নবা ইনবাইরোনমেন্তেল ইন্দষ্ট্রিশিংগী শিনফম অমা নত্রগা অমদা হৈ-শিংলবা নহারোলশিংবু মশা-মশাগা চানগদবা অমসুং লমদম অসিগা চুনবা ইনবাইরোনমেন্তেল এড্রুকেসন পীবগা লোয়ননা শেন্থং, লম, খুজু-খুৎলাই, শিনশঙ, অতাবা মমলদা পোৎচাক (রো-মেটিরিয়েল), পোথোক্কী কৈথেল কয়ামুক্কী খুদোংচাবশিং পীদুনা অথুবা মতমদা ইনবাইরোনমেন্তেল ইন্দষ্ট্রি চাওখৎনবা হোৎনবদা নিয়ম চুয়া থম্মোয় শেংবা সরকার অমদি দরকারনি॥

## লাইয়েঙশং অমসুং ইনবাইরোমেন্ত

হোসপিতাল হায়বসি ঙসিগী চাওখৎলবা কমপ্যুটরগী যুগ অসিদদি অসুক্কী মতিক মরুওইবা অনাবশিংগী থবাই কন্নবা যুম অমনি হায়না লৌবা য়াই। হোসপিতাল অমগী অকোয়বগী শক্তম করম্না মওংদা থমগদগে হায়বসি ময়াম্না খঙনরবা বাফম্নী। লুরিবদি মনিপুরগী হোসপিতালদি করম্না ফিভমদা লৈরিবগে হায়বসিনি। ইনবাইরোনমেন্ত হায়বসিদি মফম অদুদা লৈরিবা মীশিং অদুগী য়াম্না চাওবা থৌদাংশিং লৈ। মীওইবগী লায়না অয়াম্বা মাগী অকোয়বগী শক্তমগী মখা পোনবনা শক্তম অদুগী মমি তাই। মরম অদুনা “ৱার্লদ হেলথ ওরগানাইজেসনগী” রিপোর্টতা অসুম্না হায় Health is state complete physical , mental and social well being and not merely the absence of deseases or infirmity , হায়বসি হোসপিতালগী অর্থোরিতি অমদি মরি লৈনরিবা বিভাগশিংনা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবগুম ঠোই। খুদমদি মনিপুর তম্পাক্কী লমদা খাইদগী হেন্না মরুওইবা অমসুং অচৌবা লাইয়েংশঙদি লম্ফেলগী রিমস হোসপিতাল, পোরোমপাৎকী জে এন হোস্পিতাল অমসুং চীঙমেরোংগী তি-বি হোস্পিতালনি ।অমরোমদনা খুঙং সহরদা লৈরিবা মী অয়ামবনা কিনরিবা মতম অমদদি কনবা ফাওবা ঙমলমদবা অনাবা *মাইক্রোবেক্তেরিয়ম টিউবরকুলোসিস কৌবা* বেক্তেরিয়া

মখল অমনা নাহনবা টি বি হায়না খঙনবা লায়না অসিগী লাইয়েংকম অসিগী ইনবাইয়োনমেন্ত অসি খবা হেন্না ফহনবদা অনাবশিংগী অনাবশিংগী ম্রাখল নুংঙাইনবগীদমক্তা থোইদোক হেন্দোক্লা মকম চাই হায়বদি হোস্পিতালগী নাকলদা লৈখিবা চীঙ মচাশিংগী অশঙবা উ-ৱাগী দৃশ্যদা অনাবশিংগী মীৎ নুংঙাইগনি, অঙংবা ম্রাখল খনগনি। মবম অসিনা চীঙয়াদা শাখিবনি। হৌজিক্কী ইনবাইবোনমেন্ত অসিদি খনখিবা অমদি পান্দম য়ৌবা ঙমদ্রি॥



